# অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ

কী

# অপনব খোর্জৈ

অহানব শরুক

কংশ বধ

মোইরাং থোইবী

ভাগ্যচন্দ্র

মণিপুর সরকারগী ইডুকেসন দিপার্টমেন্টগী মতেংগ লোয়নন ফোঙদব।

অফোঙব :

অরাম্বম সমরেন্দ্র

সগোলবন্দ মৈনোলৈরক

ইম্ফাল—৭৯৫০০১।

অহানব থৌনম :

দিসেম্বর, ১৯৮৭ ইং।



মমল লুপা ১৩০/-

প্রথম শেকপ :

শ্রীলাইশ্রম কনিন্দ্র সিংহ



নমখম :

ভাগ্যবতী কার্য্যালয়,

চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস

সগোলবন্দ মৈনো লৈরক।

# অফোঙবগী ৱারোল

ঐবু পোকপিরম্ব কবি অমদি নাট্যকার অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎন ইরম্বশিংগী অপুনব লাইরিক অমত্তং পুথোকচগে হায়না খনজরকপশি কুইরবনি, অহুবু খদোংচাদব কয়াদগী মতম ফন শাংনা ৱাখল অসি থবক ওইনা ওত্থোকপ ঙমজরকখিদে। থোইদোক হেন্দোক্না শেল-থুমগী খুদোং চাদবনস্থু অচৌব অপনব ওইখি। মরম অসিমক্তুন, কবিনা ইরম্ব পুম্মক পুনশিন্নগ অপুনব লাইরিক অম ওইনা পুথোকপগী ৱায়েল মদ "অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী অপুনব খোজেং" হায়না মিংথোনজতুনা অহানব শরুক ওইনা 'কংশ বধ' 'মোইরাং থোইবী' অমদি 'ভাগ্যচন্দ্র' অসি ময়ামগী মাঙদ থমজরি।

লাইরিক অসি কোঙননবগীদমক মনিপুর সরকারগী ইহুকেসন দাইরেক্তর (এস) ত সরকারগী শেনথং খরদং পিবিনবগীদমক হায়জরুবদ পুকচেল চাওরবা ইহুকেসন দাইরেক্তরনা সরকারগী শেনথং খরদং পিবিবদগী লাইরিক অসি কোঙব ঙমজবনি। মশিগীদমক মনিপুর সরকার অমদি পুকচেল চাওরবা ইহুকেসন দাইরেক্তর (এস) শ্রী থৌনাওজম বির সিংহদ তৌবিমল থগৎব উৎচরি।

লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক অমত্তং ইবিনব মণিপুরগী শক-লাইরব সাহিত্যকার শ্রীহিজম গুণ সিংহদ হায়জরুবদ, হয়াও হয়াও অচিনব কয়াবু থাদোকপিতুনা লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক ইবিবগীদমক ইকায়খুম্নজরব শ্রীহিজম গুণ সিংহবু, হয়-হয় থাগৎচরি।

লাইরিক অসিগী মথুম য়েকপিনবগীদমক মণিপুরগী শকনাইরব চিত্রকার শ্রীলাইশ্রম কনিন্দ্র সিংহদ হায়জরুবদ অচিনব কয়া লৈন-লৈন লাইরিক অসিগী মথুম য়েকপিবগীদমক ইকায়খুম্নজরব শ্রীলাইশ্রম কনিন্দ্র সিংহবু হয়-হয় থাগৎচরি।

লাইব্রিক অসি নম্নবগীদমক 'মোইরাং-থোইবী'গী অরিব কপি থিজবদ শ্রীরাজকুমার সনাহল সিংহ বি, কমদ হংজরুবদ, য়ান্ন চেকশিন্ন থম্বীরম্ব কপি অম কওহনবিবগীদমক অমদি লাইব্রিক অসি নম্নবগী ঐবু পুক্লিং থৌগৎপিবগীদমক ইকায়খুম্নজরব শ্রীরাজকুমার সনাহল সিংহবু হন্ন-হন্ন থাগৎচরি।

লাইব্রিক নম্বগী মতাংদ ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চুড়াচান্দ প্রিন্টিং রার্কসকী প্রোপ্রাইটর ইকায়খুম্নজরব শ্রীফুরাইলাৎপম বাস্নদেব শর্ম্মদ হায়জরুবদ পুকচেল চাওরব প্রোপ্রাইটরন প্রেসকী অচিনব কয়া থম্নগ লাইব্রিক অসি নম্বিত্নন পুথোকপিবগীদমক শ্রীবাস্নদেব শর্ম্মবু হন্ন-হন্ন থাগৎচরি।

লোয়নন লাইব্রিক অসি নম্বগী মতাংদ ঐবু তেংবাংবিখিব মরুপ মপাং পুম্নমক্ত ভৌবিমল খওব উৎচরি।

ইম্ফাল
দিসেম্বর ৫, '৭৮৭ ইং

অরাম্বম সমরেন্দ্র
সগোলবন্দ মৈনোলৈরক।

# ৱাহৌদোক

"লাইব্রেরী ইরোল্লি খণ্ডদবনা হায়বনি", মপান মউ চাউজবী ইরোল্লি, ইবোনসিগী সাহিত্যনি, মতমগী লাকণ্ডম কাণ্ডমদ্রবা বিন্নপ অমদগী খজিক মরাই চাইখিবগুম উথিবনি হায়না থ'জখিবা অমসুং ইরোনসিগী সাহিত্যদা কি তাখত্তুনা মানা মানা ওমজবা খরা খরদং খুদোল তমগে চোংথোরকখিবা মৈতৈ পোইরৈ ইরমদম সনা লৈবাক অসিদা পোকখিবা লময়ানবা খোউজ্জেত্তবা সাহিত্যিক অমসুং কবি-শিংগী মরক্তা থোইদোকনা শী'থানীংঙাই ওইরবা অমুওদা কবি অমসুং নাট্যকার ওইনা তেল্লবা পুন্সিগী তেল্লবা মতম খরদং মমাগী সেবা কংজখিবা কবিরত্ন অরাম্বমচা শ্রীদরেন্দ্রজিৎ সিংহনা ইরম্বশিংগী মসুংদা লৈচন অত্থুমদং —"খম্বা থোইবী" ( নাটক ), "ভাগ্যচন্দ্র" (নাটক) অমসুং "কংস-বধ" (খণ্ড-কাব্য) পুনশিন্দুনা ফোঙগদোবা অপুনবা লাইরিক অসিগী রাহৌদোক অমত্তং ইবীয়ু হায়না কবিরত্নগী মচানিপা অহন শ্রীসমরেন্দ্র সিংহনা য়ামনা নুংশিনা হোংখ্রে। য়াম্নদি লাইবক ফবা, অমরোমদনা য়াম-সু কিবা ম্নাবা রাকম'ন। পাংজদবা ইহৌশা হোয়ু হায়সি কদায়, তরোই-তরোই ওম্থোই হেক লৈথোকসি কদায় তরেৎ তরা খল্লে। মমৈদা-মমৈদা অসিগুম্বা সাহিত্য-সেবী অমগী মকমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপদা করিগী হঙ্গোইভম থোকই, ঐনা খণ্ডজবা খরনা মাগী মফমদা লৈম্বাংকম থোকই হায়না লেপলে। ঐনা ইরবা অসিমক 1 কবিরত্নবু নত্রগা কবিরত্ননা ইরম্বশিংবু চপচানা পুথোকপমক ওমজ্রবসু ক'ব মশাগী মগুণ-না লংলা লংজিন খরদা ওইরবসু তাকপা য়াই নিংঙ্গনা খণ্ডজবা খরা পাউদমলগে য়ারুরে।

শ্রীনরেন্দ্রজিৎ মৈদিঙঙু শ্রীযুৎ সুরচন্দ্রসিংহ মহারাজগী মঙ্গাইবেম্মা খোমদোনম্নাগী সনা খোইজিংবাদা অরাম্বম রামলালসিংহ লৈবাক্লা মৈনো (মান্ত্র) বাবু হায়না শক-খঙবা, পুলিস ইন্সপেক্টরগী তাউজিং খুথাহৈ হৈরু পল্লগা মৈনো (মাস্ত) লৈরক্কা অরাম যুমকমদা মপাবুংনা লাইরৈবাক তানগ্রবা মতুং খৃষ্টকুম ১৯০৭ কী আগষ্ট থাগী তাং ৮ দা তাইবং মঙাল ফংজখি।

কবিগী অঙাং ওইরিবৈগী পুনসি মতাং সুংশিন্নকই খল্লবদা। লৌশীং হেক তারকপদা অপোকপা মপাবুংনা মচাবু কৈদা শোইখিনি হায়বগী শাংগোন্নহুনা ঙাকপী শেনবীখিদবগী, পোকমিন্নবাময়াম্বা মচেমশিং অমদা ওইনজহনা কে-মৌজবা ফজদা, মথন তরোই-তরোই হৌখিবগী পাইমা পিবুক নৌখিবন্থু নিংথৌ লাইবক যুমদিন্নখিবা ইমুং অমগী মচা ওইহনস্ত কবিগী থম্মোয়দা কাওডমখিদে। মশাগী চহী ৩১ শুরকপা শামান-লেংমান্নবগা লানবা পারকপা মতাংদা কবিনা ইবা চিঠি অমদা অসুন্না কোংদোকলমই,

"My fath'r died when I was in the womb and my brothers and sisters died when they were very young......I was left an unfortunate and forloin chi'd."

অঙাং ওইহৈরিবৈ হনপেননা খওখিবা পুনসিদা থেঙনখিবা অতিস্তুতা মথল অমনি। মসিমকনা কবিগী পুনসিদা খোঙকম অনা শোইবনা ওইকম থোকই—থৌনা মাঙখিবগী নত্তে পুনসিগী পোকম অমা য়াৎপদা অনৌবা থৌনাগা লোইননা চঙশিনবগী। মসিগী লেঙদ্রবা প্রেমগী কবিনা পাঙথোকলম্বা থৌদৌ কয়ামুক্কা মরম্নাই অদুম মতাংচৈ।

অঙাং ওইরিবৈদগী লাইরিক লাইস্থ তম্বদা মীকোক থোংলকপা, অকবা ছাত্র অমা ওইনা হৌরকপনা মতমদুগী স্কুল ফাইনেল (মেট্রীক) পরীক্ষাদা লেপ্পনচিংবা ফংখি অমস্থং খৃষ্টকুম ১৯৩২ দা কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দগী বি, এ পাশ তৌরবা মতুংদা লোংজম চন্দ্র যামিনী দেবীগা লোইননা যুম্বাল পুনসিদা খোঙদামিন্নৈ। অহানবদা জোনষ্টোন হায়স্কুলগী ওঝা ভুদ' ইত্তর হায়স্কুলগী (হৌজিক তোম্বীসনা হায়স্কুল কৌরিবা অসিগী) হেড মাষ্টর ওইদুনা নহারোল-শিংদা লাইরিক লাইস্থ তম্বীবদা থরাহ য়াওনা হেৎংরমগ মনিং থুংদবা মরম খরদগী খৃষ্টকুম ১৯৩৮ দা হেড মাষ্টরগী কম থদোকখি।

অদুপ থরায় য়াওনা তৌরম্বা শিনকম কাংগা থাদোকখিবনো মরম পীরমদ্রে, খিবদস্থ ফংদ্রে অদুবু কবিনা কুম অসিমক্তদা থবক্তগী পোংথারকপা মতাং অসিদা মতমদুগা পোলিটিকেল এজেন্টতা ইরম্বা চে অমদগী খওবা হায়রবু পুনসগী মতাং অদুরাইদা খঙহৌদনা মাগী হৌখিব। পুন সবু হঙ্গংনা য়েংলুবদগী মহাক তৌরিবা থবক্তু-দগী হেন্না চাওব। হেন্না শেম্বা থবক অমা পাওথোকে লেপাখমাল্লে নিংই। মথক্তা পনখিবা ইংগ্লাজি লোন্দা ইম্বা খর্বাস মচেৎ ওইনা ফংখিবা চিঠি অসিদা য়াওরম্বনি। হেন্না রাংবা শিন্থা অমা পায়গে নিংখিমাল্লে হাযকবগী মরমদি থবক অসি থাদোকপা মতাং অসিদগীদি কবিগী পুনসিদা সাহিত্যগী সেবাদা মথরায় মঙামক লুপখিবগুম থেঙনৈ।

হায়বা য়াই কবিনা লাইরিক ইবা হৌখিবসি খৃষ্টকুম ১৯৩৩ দগীনি। কুম অসিদা, বি, এ, পাশ হেক তৌবগা খম্বা থোইবা নাটক ইবা হৌগৎখি। লাইরিকসিগী "নোঙরা" নাট্যকারনা শক ১৯৬৯ (খৃষ্টকুম ১৯৩০) ইরমই। মতমদুদা মহাক ললিত মঞ্জরী পত্রিকাগী সম্পাদকস্থ ওইরমই। চহী অনীদা নাটকসি মপুংফাবা

ꯊমখি। অতব় "নে'গ্ৰবা" হায়না থাবা রাহৌদোকসিনা তাকপাদি খৃষ্টকুম ১৯৩৭ তা লাইরিকসি মহাক্না কোওদোকখি হায়র'সিনি। অতুনাদ ইবা পুমলোই লোইরবস্ন অমুক হন্না শেম শাবা তৌবগা তাই। নাটকসিগী মথ'দা "কংস বধ" কাব্য অমুক ইবা হৌখি। লাইরিক অসিদা পীরম্বা কার্য্যক্রমদগী খঙবদি খৃষ্টকুম ১৩৫ দা ইবা হৌরগা খৃষ্টকুম ১৯৩৯ লোইশিল্লি অমসুং শেম:দ ক পেমজিন তৌবনা খৃষ্টকুম ১৯৮২ দা মপুং ফাখি। মসিগী মথংদা মৈদিঙঙ্ নিংথৌরেন শ্ৰীযুৎ ভাগ্যচন্দ্ৰগী চরিত্ৰ-চিত্ৰ উৎপা নাটক অমমুক ইবা হৌখি। পীরিবা অসিদগী হৌংবদা খৃষ্টকুম ১৯৩৩ দগী কলম পায়খত্না সাহিত্যগী সেবাদা চঙশিন্নবস্ন কবিনা তশেংনা খুংচাউ থাতুনা হোৎনখিবসি হেড মাষ্টরগী ফম থাদোকলবা মতু'দগীনি। মরম অসিনা কবিনা সাহিত্য সেবাগীদমক চাকরী জীবন থাদোকলগে লেপখি হায়বসি মশানা অতুম তাকচবনি।

"কংসবধ" গী মতুংদা মথং-মথং ওইনা "কৌরব পরাজয়" কৌবা মহাভারত মহাকাব্যগী কৌরব-পাণ্ডব অনীগী লৈবাক যুদ্ধবগী মতাংনা য়ুক্ষম ওইরগা ইবা নাটক, অসিগা "রিজিয়া" কৌবা ঐতিহাসিক নাটক অমগা অমুক ইরমই। "কৌরব-পরাজয়" খৃষ্টকুম ১৯৩৯ গী নবেম্বর থাগী তাং ৯ দা ইবা লোইখি; হৌজিক-হৌজিক কবিগী মখুংএকনা ইরম্বতু কোওদোক্তনা লৈরি। হায়রিবা নাটক অনীসি মণিপুরগী স্থায়ী রঙ্গশালাশিংগী মনুংদা হৌজিক হৌজিক শীংথানরিবা এরিয়ান থিয়েটরসতা হন্না হন্না উৎপ্ৰবনি।

নাটক অনী অসিগী মথংদা কবিনা মণিপুরগী ড্ৰামাগী লময়ানবশিংগী মরক্তা শীংথানরবা সোরোখাইবম ৺ললিত সিংহগী মফমদা খৃষ্টকুম ১৯৩৯ গী ডিসেম্বর তাং ৫ দা ইরম্বা চিঠি অমদা "ঐহাক হৌজিক 'নর-গম্ভীর' কৌবা অনৌবা প্লে অমসু ইজরি"

ছাবনা পল্লনই। ইবা লোইরে হায়বমক্তি হায়রমদে। কবিগী হৌমিন্নখিবশিং মরু ওইনা মথাংলম্লম ৺বীরমঙ্গলসিংহন চিংবশিংনা "শাহজাহান" কৌবা ঐতিহাসিক নাটক অমসু ইরমই হায়না তাকপি। অতুবু লাইবকশীবদগী হায়ব্রিবা নাটকশিং অসিগী মনুংদগী মুপ্পগী "খম্বা-থোইবী", "ভাগ্যচন্দ্র" অমসুং "কৌরব পরাজয়" অহুম অসি নত্তুনা অতৈদি ফংদ্রে। অহানবগী অনী অসিমদি ছাপা তৌরে, অকোনবগীসিনা তৌদ্রি।

কাব্যদনা কংসবধগী মথক্তা "সুভদ্রা-হরণ" কৌবা অমগা ইবা হৌগংলমই। "ফুল স্কেপ" তা লামায় ৫৫ ইরম্নগা মপুং ফাদনা থম্বীবমই, ইবা হৌবম্বনা খৃষ্টখুম ১৯৪২ গী সেপটেম্বর থাগী তাং ৬ কবিগী থুপললমদাই চহী অনীরোমগী মমাংদনি। মতমতু অনী-শুবা লাপ্পাউগী মনুংনি; কুম অসিমক্কী মে থাগী তাং ১০ দা ইম্ফাল সহবদা জাপানশিংনা বোম থাদবদগী খুঙ্গাই লৈচাইদুনা ইম্ফাল হুপনা মুন থাদোকনদুনা অথাপ অথাপ্পা খুঙ্গংশিংদা শমজি থাযনা চেন্নবা মতাংনি। কবিসু ইমুং মনুং পুদুনা সলাম খুনদা লাপ্পেনদুনা লৈরিবৈ মনুংনি। চবানবা মরকসিদা মখা তানা ইথবা ঙমললমদবসু য়াই।

কাব্য-কুঞ্জদা কোইনা চত্তুনা ঙাওজবা কবিগী হৌনশানি, ঙাওখি মহাকসু অসিগুম্বা কুঞ্জ-নিকুঞ্জদা। হকচাংনা পোত্থানিংলবসু পুক-নিংনদি পোত্থভম খঙদবা অইবশিংগী—থোইদোকনা কবিশিংগী, হৌনশা শাজৎ অমা লৈজে, ইরগদি পোত্থাবোই মনিংবা। থমুংদা ঙংলকপা খোইথুম্নরবা ইশৈগী সুরদা ঙাওরোইদোবা কনানো? মরমসিনা ওইবা তাই, কবিনা "বাশক শয্যা" অমসুং "হোলীগী ইশৈ" মতেক মতেক অতুগা অচোয়বা শৈরেংশিং খরা অমসু ইরমলিবা। অচোয়বা শৈরেংশিংগী মনুংদা "ইরৈবাক" কৌবা শৈরেং থোইদোকনা

শীংথানিংঙাইনি। লাইবকথীবদি "বাশক শয্যা" অমসুং "হোলীগী ইশৈ" ইচোই চোইনা থেঙনৈ, মপুং ইফা ফারমদরে। কবিগী কলমদগী চেন্থরকপা শৈরেংশিং—কাব্যগী শাংলবা ঈরি নাইবা ঈচেন্নবু হেনবরা হেন্দে, অতেনবা তেনদা তেনবা কবিতাশিংনবু রাৎপরা রাত্তে, পারুবা খুদিংদা মপান্থোংগীতা নত্তনা মনুংদা থনুং ফাওবা সুর অমা য়াওরি, কাউঙমদবা। খম্বা-থোইবী নাটক্তা অরা মুংঙাই অনীমক্কী সুর পুরবা ইশৈশিংনা নাটক অাসবু চপ-চাবা দৃশ্য কাব্য ওইহল্লি। মতাংসিদা পন্নিংই মজ্রাইবেম্মা থোইবীগী অচানবী মনাই সেম্নুগী ইশৈ অমা—

কিজেনে মংলান্দ মুংশিগী চৈনাদি
খাংবদ থেম্নরি তাইবং মা কয়াদি।
শারবা মুংশান ওলাংগী থাজিন্দ
ওইহল্লি মুংশিন শংখাগা থাবল,
লিরিব নানিব বসন্ত ঋতুদ
ওইহল্লি মুংশিন কম্থোরব তাশোল।
খাংবদ কল্লবা মুংশিগী হাথল্লি
শাবিন শানৌন মাংনবা মরুনি,
শোকপদ মেংলব মুংশিগী ইপোম্নি
শাবী শানৌগী শাৎনবা ঈরানি।

নৌহনতা মরৈবা ইশৈসিগী ময়েকশিংনি। মসিগা হায়কেৎ মান্নবা ময়েক্কী শৈশক অমা হৌজিক রেকোর্ডতগী তাবা ফংইবসি তান চান্নরুবদগী মান্নরিব্রা হায়ভম খঙদে।

কবি দরেন্দ্রজিৎ মশাদা মশাগী খোন্নৌবা সুর অমা চেঞ্জবসিগী মথক্তানাটক ইবগী হৈশীংবা অমগা য়াওন্নিবসি মশামক অভিনয়

তৌবদা হৈশীংবা অভিনেতা অমা ওইবদগীনি। মতমত্তুগী এরিয়ান থিয়েটরসদা শান্নখিবা নাটকশিংদা মশামক রঙ্গমঞ্চদা কুমত্তুনা অভিনয় তৌখি—য়ান্না মরীক চুন্না। অভিনেতা অমা ওইনস্তু মহাকপু শীংথানৈ। মহাক লীলাদস্তু থন্নায় য়াওবা মীশক অমা ওইরমই। থিয়েটর অসি হৌদোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা সদস্য অমনি। সংস্থান অসিগী আজীবন সদস্যস্তু ওইরমই।

নোংখক্কো পায়খত্নুনা অপাইবা নোংগী মরক্তা শান্নরম্বদগী অমুক তাইবংপানগী অককনবা অবুক ন্নুমিদাংগী পুন্সিগী পোংলৈ ন্নংশিংপ্নু মহাও তংনিংবমা কবিগী পুকনিংদা পোকখিবমান্নে মতমত্তুগী মৈত্রবাক্কী ইনিংথৌ শ্রীযুৎ স্যার চুড়াচান্দ সিংহজি, কে, সি, এস আই, সি, বি, ই গী পুন্সি ন্নায়ীনা মপুং ওইরগা মতমত্তুগী মণিপুরদা থোকখিবা থৌদোকশিং মরীক চুম্না তাকপা লাইরিক অমস্তু ইবা হৌগৎলমই, মপুং ফাবদি ভমলমদ্রে। খৃষ্ট কুম ১৯৩৬ ফাওবগী থৌদোক কয়ামুক য়াওই।

কবিনা ইবম্বা শৈরেং-ন্নারেংশিং অসিদা শিজিন্নরম্বা লোন্দাদি মৈতৈরোলগী অরীবা অমস্তুং হৌজিক হৌজিক ভাংন-চৎনরিবা ন্নাহৈ ন্নাতাশিং অসিনা সংস্কৃত অমস্তুং সংস্কৃত-তগী থোকখিবা লোনশিংগা (ইন্দো-এরিয়ান) সংস্কৃত ব্যাকরণগী নিয়মগী মতুংইন্না সমাস অমস্তুং সন্ধি তৌত্নুনা শেমনলকপা ন্নাহৈ ন্নাতাশিং কয়ামুক য়ান্না থোংনা মেংনা পুথোকপা য়াবগে অমস্তুং অসিগুম্বা ন্নাহৈশিং অসিদগী অর্থ কদায় ফাওবা লেঙদনা থম্বা য়াবগে হায়বগী চাংয়েং অমা য়েংলমই হায়বা য়াই। "কংস-বধ" দা "ভোজ-বংস-মহীন্নেন", "নোঙ্গ-ভক্ত", "ক্ষেত্রী-পাথৌ", "লাইজামৃত", "জবাল্লেহি", "অত্যাপক্ক", "ব্রজ-থাজ-হরি" অসিনচিংবা পুনশিল্লবা ন্নাহৈশিং কয়াসিনা মন্নুংগী অর্থদা

কায়হনবদি লাইরত্না হেন্নত্তম কত্নহনবোই নিং? মান্নকৈ অসোমদা তৌরম্বা মহাক্কী অবদান থাগৎনিংঙাইনি।

মতমসিদা মণিপুরগী মপান্দা কোঙখিবা "নহারোল" পত্রিকাগী কর্ত্তৃপক্ষনা মাঙোন্দা থাবকপা চিঠি অমদা অয়ুমনা অভিমত পীখকখি,

"হৌগংলকপিবা নহাবোলগী সাহিত্যদা idyllic romance কী মহামারী অমা লাকলেদি হায়ববু অদোমগুম্বা কনাগী নাইতোম তাবা খোঙ্গেল তারগা মৈতৈ সাহিত্যদা deeper current শিং ইলাক লাকলোইদবদি নত্তবমাল্লে হায়না নীংই। অমুন য়েংজবদা মৈতৈ-সাহিত্যগী লোন অসি চাওরাকনা ঈচেল অহুমথোক্না চেন্থ-রকলি, (১) কমলগী লোন, (২) মৈতৈরোল অরিবনা মরু ওইবা লোন (খুদম ওইনা শ্রীযুক্ত অঙাহলনা ইরিবা অসিগুম্বা), (৩) সংস্কৃত অমসুং মৈতৈরোল অরিবগা মান্ননা বাহন ওইবা লোন। অরুবা ভাব ফোংদোকপদা অমসুং লোনগী গম্ভীর্য্যদা অকোনবগী লোন্দা অসিনা খ্বায়দগী মতিকচাবা হেনমাল্লে নীংঙি। অদোমগী লৈরেংশিং অসিগী লোন্দা অসি মীনা থুনা পান্নরক্কনি হায়না থাজে।"

—চপ চাবা অভিমতনি। তেনতক ইরিবা অসিদা কবিগী থৌই অমসুং শিঙিম্নরিবা লোন্দাগী অক-কত্তা নিংথিনা তাকলে, কবিগী অবদান ময়েক শেংনা উহল্লে।

লোন হায়বসি ঈচেল নাইবা তুরেলগা পাম্থকনি, মরুদগী চিংথরকপা ঙাক্তদা তাংলবদি ঈপাম্না ঈকংথাগী মতুং ইল্লি, মনাক নকপা তু খোঙদগী ইচিমক চিশিল্লকত্রবদি ঈচেন্দু কংখিবনু য়াই। অহুনা অতৈ লোন্দগীসু চিশিল্লকপা তাই ঈচেলসু কুমকাংদবা ঈপাল-লাইজা ওইবা তারবদি। অসোমদসু কবিগী অবদান অমা তৌরমই হান্নিংই।

অসি হায় হায়হৃনম্ন কবিনা অচম্বা লোনদা ইরমদবা নত্তে। তৌবগীদি মহোশানা রারেংদা শিজিন্নবা লোনগা শৈরেংদা শিজিন্নবগা অনীসি খেন্নৈ। শৈরেংদা ছন্দ, তাল, মাত্রাগী কন্নবা চাশিন্নবা য়েংহৃনা রাহৈ রাতাশিং খনবা তাই, তনৌ তনৌবা হেক হায়দোক-লকপদা নাকোংদা চুমত্রিং চঙহনবা স্বরগী ছন্দ য়েংবা তাই, রারেংদদি খন্না কনতক তারবস্থু অহুম ময়েমই হৌজিক-কানগী শৈরেংগা মতমহৃগী শৈরেংগা খেন্নবা মতাং অসিদনি। কবিগী মতমগী শৈরেং ছন্দ, তাল, মাত্রাগী শৈরেংনি। রারেং ইবদা কবনা য়াম্না চম্বা লোন্দাদা ই। মানা ইবম্বা নাটকশিং আসনা মাসগী খুদমনি। মসিনা মণিপুরগী রাংদা চহীচা কয়া মীয়োল লোনবা মরক্তা লৈখ্রবা, মীয়োলতদা হৈনখ্রবা, মশাগী মপুকখোক্তা রাখল কাওবদা মমারোলদা কোভদোকপদা লানখিনি কিরবা মীশক কাওবনা মাগী লোন্দা অসিবু নিংখিনা খঙলমই। মহৃগা প্রমানাদ মতমহৃগা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী শ্রীহট্ট শাখাগী সেক্রেটরীনা মাগা "খম্বা-থোইবী নাটক পাবগা বাংলা লোন্দা মখাগী অস্থুমনা সমালোচনা অমা ইরকলমই,

"মণিপুরের কৃতবিদ্য অনেক গ্রন্থকার নানা ভাবময়ী গ্রন্থমালা করিয়াছেন, রচনা করিয়াছেন, করিতেছেন ও করিবেন সন্দেহ নাই, কিন্তু সহস্র-বৎসরের পুরাতন চিরবাঞ্ছিত নিজস্বরত্নকে উদ্ধার করিয়া দরেন্দ্রবাবু গ্রন্থকারে যে কাহিনী কহিনুর প্রদান করিয়াছেন, সর্বোপরি তাহার জ্যোতিঃ, মণিপুরী সাহিত্যকে সমধিক উদ্ভাসিত করিবে।"

নাটকী মহুগী মচাকশিং ফজনা খঙব ওমললম্রবদি নাট্যকার দরেন্দ্রবু অম্বুমনা থাগত্তুনা ইরকলমলোই। নাটক অসিগী মগুণবু মখকী রাহৈ খরসিনা অহুম মতাকই।

মমারোলগী সেবাদা মহাকনা শোকলমদবা অমসুং রাণ্ডয়মদে। মতমন্থদা কোণ্ডবা ললিত মঞ্জরী পত্রিকাগী সম্পাদক ওইরমই হায়বা মথক্তম্ পনগ্রে। সম্পাদক ওইরিঙৈ অসিদা পত্রিকাসগী চেকোণ্ড অমদা মহাকনা কবিরত্ন খ্বাইরাকপম ৺চাওবা সিংহনা ইবা "লবঙ্গ লতা" কৌবা উপন্যাস অদুগী মরমদা মহাকনা য়ামনা ফুপনা সমালোচনা তৌদুনা ইরমই। মসি পারগা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অক-কন্ত পুম্বা কজনা খঙবা ঙমই। মহাক মতিকচাবা মীবু কররমনা ইকাইখুম্নগদগে হায়বা খঙবা মীশক অমনি। কবি ৺চাওবগী লাইরিক অসি পারুরগা মাগী খম্মোয়দা মণিপুরী সাহিত্যগীদমক মুংনাংখিবা থরা কোকখিবগুম য়ামনা হরাওনা অস্তুমনা কোণ্ডদোকই, "মণিপুরী ( মৈতৈ ) সাহিত্যগী অরাংপা উবদা হুম্মাং কাংলবা মরৈবাক মুংশিবা মৈতৈ অমগী চোকথরবা হকচাং তেকখৎনকমনি।" কবি ৺চাওবগী "লবঙ্গ-লতা" না মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌদা চিরবা মতমন্থদা কবি অবদান তৌখিবগে হায়বা খায়না খঙনরবনি। মসিগী রাকম অসিমক সমালোচক ৺দরেন্দ্রজিৎনা কোণ্ডদোকলম্নবান। মতমন্থদা সমালোচনা সাহিত্যগী লমদা লমজিং অমা পীবদা কবিন্থ শরুক য়াখি।

মতমন্থদা মণিপুরী লোনগী, সাহিত্যগী অমসুং সংস্কৃতিগী চাউখৎনবগীদমক হোৎননবা সংস্থান অমত্তা লৈরমদবদগী মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ কৌবা অমত্তা ওাইরবা সংস্থান খৃষ্টকুম ১৯৩৫ দা অহানবা লীংখৎনবগী হোৎনবদা কবি দরেন্দ্রজিৎস্ সদস্য অমা ওইনা অচৌবা শরুক য়াররমই। থংন-থংননা খৃষ্টকুম ১৯৩৫ সিদগী ১৯৬৯ কাওবা কুম খুদিংগী সংস্থান অসিগী কার্য্যকারী সমিতিগী সদস্য ওইরমই।

ওম্বোকই মীওইবগী পুনসি খোঙচৎ। নোংদম্বগী নোংদম অঙকপনি, মুংশি খল্লুবদা, পুনসি ঈচেল্ল কৈদৌউ খকখিনি কনাম্ব খঙদে, ইথৌ লোইদরি ঙাইখো ঙাইকদে, পারি চাউত্রি চেনখো চেনকদে ইমোম শাংত্রি ঙাইখো ঙাইকদে। খঙখিবরা খঙদে কবিম্ব মরৌ চাউবা মাগী নোংদমখোন। খৃষ্টকুম ১৯৩৩ দগী ইরেপমক লেপ্তনা, অদুগা খৃষ্টকুম ১৯৩৮ দগীনা চাকরী থাদোক্লুনা, মমা লৈবাক্কীদমক, মমাবোল্গীদমক লৈজবী থাদুনা হোৎনজরম্বা কবি দরেন্দ্রজিৎ খৃষ্টকুম ১৯৪৪ গী মাগী মপোকথা আগষ্টমক্কী তাং ৩১ দা মশাগী চহী ৩৭ তা মঙাওরিবৈ নৌজবিবী পুনসি লোইনবীগী মতম্বাক্তা শীংঙেল লৈখোক্তা পোমজবতা মঙাইরিবা মপারী অনীগা মযোম অমত্তুংগবু ইরেন শিল্লবল্লগা তাইবং খোঙচৎ লোমখিরমই। তেল্লবা কর্ম-জীবনগা চহী ১১ দংগী পুনসি মতেক অসিদা কৎলমই মহাকনা মণিপুরী সাহিত্যগী কুপ্পদা শকনায়বা লৈচনশিং। মহাকনা কৎলম্বা লৈরাংশিংদি কাংখুল কাংখুলদা তদেক তদেক শাৎহৌরি, মানা ঙংলম্বা শৈহেক শৈদমখোনদি হৌজিক কাওবা শক্লহৌদ্রি, শকখিগনি, শক্লদুনা লৈহৌবগনি লোমবা নাইদনা, লোম্বা নাইদনা!

কবিগী থৌদাংবু ইকাই খুম্নরি ইরোনসিবু ঙাংলিবা ঐখোয়না, ইরোনসিগী সাহিত্যবু থৌগল্লিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "কবিরত্ন" কৌবা তাংলবা উপাধি মঙোন্দা পীদুনা কবিনা থুপত্রবা মতুং খৃষ্টকুম ১৯৪৮ গী চহীগী চীং-লেম্লবা অধিবেশনদা। পোইরৈ-সিগী সাহিত্যগী ইতিহাসতা মাগী ফমফম চাউনা কল্লি। নিংশিংলি মাবু মাগী মপোক কুমওন খুদিং নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা মঙোন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলী কত্তুনা। মাগুম্বা তাংলবা মচা পোকচমন মণিপুরী সাহিত্যনা মমাল্লবী লোনগী সাহিত্যগী মরক্তা মতিকচাবী ফমফম কল্লহৌরি।

নোংমা পুনসি মতাং অমদা "I was an unfortunate and forlorn child" হায়না পাইমা পিবুক নৌ, মিত্তা পিবাং ঈহৌ, পিদোনখিবা পারী দবেন্দ্রজিৎ মৈতৈ লৈমগী লাইবক করা মচা ওইহোরে। থুপ্ত না লৈরম্বা মগুণ না খাম্বী মৈ ওইহনা কেম্বা নাইবা তাইবং হকচাংবু দোশী ওহনা পুমঙান ভাম্না চাকহোরে।

মতাংসিদা নিংশিংলকই–
ইংবাজ নাট্যকাব জর্জ বার্নাড সোনা হায়রম্বা,

"I want to be thoroughly used up when I die, for, the harder I work, the more I live. I rejoice in life for its, own sake. Life is no brief candle for me. It is a sort of splendid torch, which I have got hold of for the moment ; and I want to make it burn as brightly as possible before handing it on to future generation."

মসিনি ঐগী শ্রদ্ধাঞ্জলি কবিরত্নগী মকমদা।

ইম্ফাল,

কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই — নিজম গুণসিংহ

তাং ৪ । ১ । ১৯৮৮ ইং

তোম্লৰ ঐপী

শ্রীশ্রীগুরুদেবগী শ্রীচরণোদ্দেশ্যদ

কচ্চব

# ভক্তি-অঞ্জলি।

# নোঙ্গ-ৱা

থিরেম্বন থা লাম্বগুম খোংথেকপন চিং কাবগুম পায়ম শিমেরোম্ব অপংব ঐহাক্ন মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী ফজরব লৈরাং মোইরাং থোইবীগী ৱারীবু লৈকোক লৈমৈ থংদন, কৈচন-ৱাইরোং শোইনাইন গুসি লেংজব হৌরুরে। ইরোনম্থ গুজ্রিব ঐহাক্ন অস্থক চাউব থৌদাংবু কোকথক্ত থোংলুবদি মিত্তাংবন অমম্বদ চংপগুম্বনি—শবদগী লেংশিনবদ, অর্থগী পুথিনক দোষমক্তন থল্লগদব ঐগী ইথৌরাংনি। অথুমক ওইরবস্থ ভাইরিক অমি মণিপুরী সাহিত্য ক্ষেত্রদ পিরু হোজব উরিমচা অমনি থনবিদুন সুধীবর্গন মাসিবু লৌখৎপিয়ু।

"মোইরাং-থোইবী" গী আখ্যানবস্তু ( plot ) গী মরমদ মৈতৈ পেনাশকপ ওঝাশিংগী ধরণ কাঁরমত্ত হোংজদে। অথুদি ওইরগ লাইপোক ওইরব ওঝাশিং অথুন শরুম্ব থম্বথোইবীগী গুণবু অপংব ঐগী দোষদগী লাইরিক অসিন চেম্থুন নায়ক নায়িকা অনি অসিগী চরিত্রদ খজিক্তং কলঙ্ক লৈরম্লবদি ঐবু লৌখৎপিনিঙাই লৈত্রে। মরম অথুন চাউরব চারণকবিশিং অথুগী পাদপদ্মদ মখোইগী তুং ইঙ্গমিব তোম্লবন ঐগী ত্রুটি মার্জ্জনা তৌবিয়ু হায়গন ইকোক নোঙ্গরি।

"মহাজনো যেনো গতঃ স পন্থা।"

শগোনবন্দ,
পোইন্নু মঙানি পানব,
শোক ১৮৫৯

বিনীত—
শ্রীদরেন্দ্রজিৎসিংহ

# চরিত্রাবলি

## নিপা

| | | |
|---|---|---|
| পুম্নিকলাই | — | মোইরাং-নিংথৌ |
| চিংখুব | — | ঐ মনাও যুবরাজ |
| থোংলেন | — | সেনাপতি |
| নোংথোল | — | মন্ত্রী |
| খম্ব | — | ৺পুরেনবগী মচা |
| নোংবান | — | যুবরাজগী অচানব অগুম্ব অম |
| কৈরোইজাম্ব | — | নোংথোলগী মচা |
| নাইজহনব | — | যুবরাজগী মনাই |
| শৌরা | — | নোংবানগী মনাই |

অগুম্বশিং, নিপাশিং, সাধু, ডাকুশিং, শামুহঞ্জব, মাহুৎ, দোলায়পাব, খোংলোই ময়াম অসিনচিংব।

## নুপী

| | | |
|---|---|---|
| থোইবী | — | চিংখুব যুবরাজগী মচানুপী |
| সেনু | — | থোইবীগী মনাই |
| খমনু | — | খম্বগী মচে |

সখীশিং, নুপীশিং, ভোরো, কৈথেল লাইরেম্বী, জগোইশাবীশিং অসিনচিংব।

# মোইরাং-থোইবী

অহানবা তাঙ্কক

১বা উৎপা

লাঈরখাংবোকশং - মুমিদাং।

[ ফুঙগনাক ময়াদ ফমদুন খমনুন মরু লুক্ন রাখন তৌরম্মা

খমনু— ঙকই হে সংসার!
অঙকপনি নংগী খোংলৈ,
অঙকপ তাইবংশেম্ব নপুগী
অঙকপ খুৎশেম্মি। ঙমখৈ লৈতব
নহাক্কী তম্বাক্ত, তাইবংমী কৌব ঐখোইন
সমক্রু শাইজ ঈয়াইগী ঈশিং কোঙ্গোন মতোগুম
চেল্লি চোংলি শাম্নরি। মিকুপ'মগী মম্মুংদ
কোঙ্গোম্ন তাকখিবগুম মশিরগদব
অপাংবমী ঐখোইন হিংলিঙৈ ঙাহাক্ত
ঐ শিগনি হাঈব কাউই।
অহুমগী মথক্ত, থম্নাথক্কী ঈশিংগুম্ব
মীনি হাঈরিব ঐখোইগী পুন্সীদ

কথা'ম খেন্নহল্লি তাইবংপান মপুন ;
কাংবু অমবু মুণ্ডাই য়াইফব ঐশ্বর্য্যান
তাহুন য়োমহুন ময়াই কাহল্লি,
মমান্নব মীওইব কোঙ্গাই অমবু
য়েঙ্ডিও উশিংখোশাদবগী মিথয়েংন,
নিঙ্ঙি মখোইমক্কী মনাইগুম।
কাংবু অমদি অমরোমদ,
মুণ্ডাইব হাঙ্গবহু মখোইগী থুংলমদে
অরাব অনংবন চয়োম্নহুন
মিত্ত তরং ঈখোম্ব চুবা মোনখানবন
মখোইগী মরূপ ওইহল্লি।
হয়েং শিবন পোলোইরব মতমদ
খুবাম্মুক পাকপ লমদমদ
চপ মান্নন য়ুম থুংকম ওইরগদব
মী ঐখোইবু হিংলিজৈদ
ওম্বোক্ত খেন্নহল্লিদকো বিধি !

[অসি হাঙ্গহুন মাঙ্গথোং মক্লা থবক তৌব]

(মপান্দ) খম্ব— ইচে থোং হাঙ্গেঙা !

খমন্নু— ইচেগী ইবুঙো !
চংলকউ ইচে থোং হাংগে।

[ থোং হাংব, খম্ব চঙুকপ ]

খম্ব— মুংশিরবী ইচেম-ও !
ঙসিদি নিতিগ মান্নদে,
ইচেগী মাইথোং মক্ক উই ;

কয়ম্ব অরাবন লৌকোইনম্বন
পুক্লীং রাখল মমিন মাইথোং মিয়েন খুম্বগে ?

খমন্ন— ইচেগী ইবুঙো সুংশিব।
ইপুরান পাখং কারুফপ,
পাম্বোম নামগী পাজন্ন
তরা মচা পাম্বন লৈকাই পাখং মরক্ত
নগুন তোমখিল তান্নব 'সিয়োরব মতম্দ
ইচেন কম্নিগী রাগনি ?

খম্ব— নত্তেদ ইচে ইবেমা ?
নোং লৈতন অতিয়ান মখ হৌনদে,
খম্মোইদ লৈব অরাব অমগী
পুঙমত্রব মরমগী মৈশান
অয়ুক্কী শজিকুম্বী ইচেগী মাঙৈথোংদো
য়েংবদ রান লাংশিল্লে।
হাঙৈয়ু নৌপরাগী মকমদ
লাঙৈরবী অনংখীনি হাঙৈহন
ইচেবু লাকচখিব ম্নাওরবরা ?
পম্মোস্ন ইচেম্ন শকতুন
পল্লেমস্ন ইচেম্ন ওইহন
খম্ব ঐবু য়োক্লরুবী,
লাইরবস্ন ঐগীদি লক্ষ্মী
শোল্লবস্ন ঐগীদি দুর্গা
পংলবস্ন ঐগীদি সরস্বতী.
ঐগী লুন খমজম্নবী ইচেবু
কেগেদ লাকচখিব কনানো ?

খমনু— আঃ ইছু নিংথৌ।
ইচেবুদি কনানা লাকচগবনো ?
অছুদি ওইরগ ইচেম্ন রাবদি,
কেগে লৈকোইবুং অসিদ
মশক মনিন নাইন পাল্লম্ব,
নিংথৌদগী মী মচা কাউবন
কিন লুন তৌরম্ব তৌবগুম্ব
অগুম্ব অমগী মচা ওইন পোকছুন
পিক্লিডৈদ রাত্তবন শাগোম্নরগ,
হৌজিক চাউরব মতমদ
পম্বোনসু থুপগ্রব,
পল্লেম্নসু লাই খুম্না তানগ্রব,
ধন জন পুম্নমক্সু
পল্লেম পম্বোগী তুং ইনগ্রব অসিদ,
নংগীনি হাঙ্গব কনা অমত্ত লৈতব
ইচেমতন নংবু য়োকপ অসিদ
ইপুরাগী পুরীং থুংহনব ওমদবসে
অসিগীনিনে ইচেন রাবদে।
রাইদ ইচেগী ইবুংগো।
চাউরক্লে শাংলক্লে পাথং কারক্লে
নমান্নব থিবিক নংন ওমজরক্লে ;
অছুদি ওইরগ নহাক্তি
নমান্নব মীমান্নবদি ওমদেদো ;
চানিঙগাই য়েঙগুই পুকথদ্দে
শেংনিঙগাই য়েঙগুই কিথুংদে,

পাঙ্গল শোনবী নচেম্নদি
ইপুব্লাগী পুক্নীং থুংহনব ঙমদে।
চাথোরক্কে মীগী চিনখা থা—
চথোরক্কে মীগী মীখা পোন
তোম্ন লৈত্ত্রেদ পিতৎ পাতৎপ মচা,
ব্লান তম্নমত্ত্রেদ নোংদম্ব বিধিন। [ কপ্প ]

খম্ব— [ নোক্তুনা ] ইহে হেঃ ইচে ইবেমা।
অত্থুগী ওইরে ইচেম্ন ব্লাক্নব্লিবদে
লাঙ্গৈব্নবগী দমক্তবু করিগী
পুক্নৌ পারৌন কপ্পগনি?
লাঙ্গৈব্নবগবু পোকমিম্নরকপব্লা?
লাঙ্গৈব্নবগবু শিমিম্নগদব লৈবব্লা?
খংবিয়ু ইচেম ইবেমা,
লাঙ্গৈব্নব মনা থাদবনি
ইনাকখুনব মরু হুন্দবনি।
হয়েং শিব্লগ চপমাম্নগদব
মীওইব কৌব ঐখোইনি,
থাঙ্জন থানবসু মৈ, ঊকংন চাকপসু মৈ
ঘি থাবসু মৈ - মৈগী মৈ অমত্তনি
পুম্নমক শাবনি; মুৎত্ত্রগ লোইরে।
ব্লাক্নগমু ইচেম-ও!
অব্লাব ব্লাখল তৌব্লগ
পুক্নী ময়েং তাগনি।
নৌপ্দাগী পাম্বোম চাউব্লক্কে
লাঙ্গৈব্নবনবু কয়া কুইন

ঐখোইবু য়েত্তুন লৈবগে য়েংসি হৌজিক।
ওসিদি য়াম্ন লামথ্রে
চানিংঙাই থক লৈত্রবরা ?
ওসিস্থ চরা হেনগদরা ?

খমন্থ— লৈ লৈ ইচেগী ইবুংঙো,
ইচেন লাঙ্গৈরবনিন অহাউবদি
ইপাগী শরুক তম্ব ওমদরে,
খরা লৈবসি চাহুন ওসিদি
দিনগী চরা তম্নরো।
[ খমন্থনা চাক পিজব অমস্থং খম্বন চাবা ]

মপান্দ— [ হাই হাই, কেগে মোইরাং মচাশা। হয়েংগী কোয়ৌ নোংজাদ নোঙানবদগী মুনিংথুংব কাওব, ইমুংদগী খোঙ্গাপ অমত্ত চথোকফদে। করিগুম্ব তাদহুনবু ওইরবস্থ থৌওই-দহুনবু ওইরবস্থ নিপা অমত্ত লম্বিদ লঙ্কাংদ চৎলম্বা উরবদি, নিংথৌগী অরাব দণ্ডি ফংগনি। ]

খম্ব— হেরা কনানো করেম্নরিবরা ?
মীগী কোম্হোং মপাদ হুজন হুজন লাউবদি
লাঙ্গৈরব ইমুংনি হাঙ্গৈহুনা
উশিত্তহুন তৌবরা ?
মীবু লক্সগে লাকপরা ?

খমন্থ— নত্তে ইবুংঙো শাউরুগন্থ।
লৈপাক পাউজেন হাঙ্গৈবদো অসিনি ;
কোম্হোং কোম্হোং খুদিংদ অম্নম্ন
নিংথৌগী থৌদা নিংথৌগী লাল্লুপ
মিপুমথিৎন লাউথোকই।

অত্থন ইচে রাহাঙ্গৈগে ইবুঙো।
হয়েং কৌব কোবৌনুংসে
নিপাওইব নহাক্তি মপান্দ
খোংকাপ অমফাউব চখোকনু,
নিংথৌগী থৌদা শোঙ্গৈহনা
নশাদ রায়েল লাক্কনি!

খম্ব— খংজবে ইচেম ইংবেমা!
খমনু— করে ইবুঙো।
হৌজিক্তি থেংলে ভুম্মুরো।

[ খম্ব ভুম্ব চংখিব, খমনুন খম্বগী চারম্ব অত্থ পুশিন্দুন চৎখিব ]

## ২শুবা উৎপ।

লোক্তাক মপাল—অয়ুক অঙনব।

[ থোইবী, সেনু অমসুং সখীশিং লোং অমমম পাইহনা চংলকপ
অমসুং মধাম চপ মাম্নন ঈশৈ শকলকপ ]

ঈশৈ

থম্মোদ লৈহি চুপ্পম্ব
খোইমু শিংদো পাইখরে,
মাঙ্গৈথোংন কম নোকুম্ব
মাইহিং রাহু কাখরে।
নুরাদি থম্বাল্লৈরাংন
পাম্মু-মশক উবদ
মাঙ্গৈথোংদি মকা কন্দুন
তাউরি মুংশি ইপোমদ।

থোইবী— অহিং পুঙ্গাই চুপ্ন শাচ্চরব্বী
লৈমুংশি থরোগী মাঙ্গথোংদ
মতমগী রাহু চংখরে।
মাগী মপান্ন করক্তুন
মুরা থম্বাল কৌবী লৈরাংন
মাঙ্গথোং মকালাম্ন নোক্লক্লে।
অসিন, খোইনৌ ইতাখোই।
নংস্তু ঐস্তু ময়াম চপমান্নন
মতমগী খান্নাত্ত তাগদবনি।
য়েঙউ লোকতাক হাঙ্গবী অসিন
বসন্তনিমাংগী অয়ুক অসিদ
শকহেনবী মুরা কনাগী মতৌগুম
নোকতুন খেকতুন শান্নশিব অসে।
মাগী মতম্ন য়োরক্লবদ
লোৎতুন লৈয়ু হাঙ্গব য়ারক্লে।

সেম্ন— লোৎতুন লৈয়ু হাঙ্গব য়ারোই,
ঙসি বসন্তগী অয়ুক অঙনবনি
লোক্তাকী মথোক কারকপ মতম্নি,
কজবগী লৈথেম্ন মাগী ওইরি,
নিংথিবগী লৈখোম্ন মাবু থৌগল্লি
অম্নম্ব লোক্তকপু উবদ
তাইবংপান পুক্নিং শুঙ্কৎলে।
ইবেমগীস্তু ঙসিদি বসন্তনি
যৌবনগী অয়ুক অঙনবনি,
যুবতী মথোক কারকপগী

ফজব নিংথিবগী ৈং খোম
নহাকী হকচাং তুবুমদ থৌগয়ে,
অমত্ত লোৎতুন লৈয় য়াররোই।
লোক্তাক্কী বসন্তগী অয়ুক্ত
লৈরাং থম্বান্ন শাৎপনে,
ইবেমগীন্নু যৌবনগী অয়ুক্ত
মাঙ্গথোং থম্বান্ন ঙানবনে,
লৈরাং 'নিগী ফজবন তিনবদ
লৈহি ঈখৌ লাংঙ্গব খোইমূদি
কনা লাইন খামহন ঙমগনি?
১ব সখী— ফজবী লোক্তাক্কী মপান্দ
ফজবী সনান লেপ্পদি
সনাথক্তা তম্ফা থিন্দুনমু
মাহুগ পাব য়াররোই।
২ব সখী— অমত্ত পাব য়াররোই,
লাইরৈপাক্কী নন্দন কানন্দ
ইন্দ্রগী শচী কৌবীন
পারিজাৎ পরেং পাঙ্গহন
মবুঙোবু ঙাই হাঙ্গবদো
সনাগ পাব য়াবপোৎ নত্তে।
সেন্নু— নত্তেদ ইতাশা!
রতিন কামবু ঙাই হাঙ্গয়ুশা!
খোইবী— অরেম্বদ মং মংগন্নু খোইনৌ।
লোক্তাক্কী ফজবহুম মূন্ন য়েঙঙু,
ঈথক মচান চেনবদ মালংবন তাম্নরি

মালংগী শউম কংবদ জগোই লৈন শারক্লি।
জগোই লৈথেৎ উবদ পুক্লীং মকা লামহুন
নোংপোক শাথোব কোরৌন মণি মুক্তা থাররি।
মাতুদ মন্নাই কাহুন হুরাউরিয়ে ঈথক্ল।

১ব সখী ঈথক্লা হুরাউরি করিন ?

২ব সখী— মরমদি.
সনাগী সনাহৈকচাংগী লৈনমদো,
ফুগাইন পুহুন মালংবন
ঈথক্ত কোঈন য়েক্লুরি।

থোইবী— ঈয়াইদ তাউব চিংহুম্ন
তুম্বক তুম্বক লৈবিযে, মনাক নাকচি কোঈবদ
তুমা তুমা চত্তুন চিলোক্লব উচেক
শঙ্গু শঙ্গু ইয়োইরি ; অতোপ্প শঙ্গু মপৈন
অশংব গালিচা মথক্ত কবোক পরেং চাইবগুম
অশংব ঈশিং মথক্ত কোঈন কোঈন পাইব্রিয়ে।
য়েঙু ইতাখোই কজত্রা ;
মাসিবু উবদ থোইবী এঐগী
হুরাউব মপান নাইদরে
হুঙাইব ঙমখৈ লৈতরে।
তোর্বান্দ লোইয়োই হৌজব
রাইমু চরাগী মথক্ত
কেকু পাম্ব মালংবন
লোম্ন লোম্ন মাররি ;
মাসিবু উবদ ঈশ্বাইগী
হুপকী পম্বে অমন

খম্বনব মৈরি হৌদুন
রাইশু চরাবু নোইহৎলি।
য়ামখ্রেদ লোক্তাক্কী কুম্মেসে,
কম্নশাংপা ঈশিংগী লৈরাং
কুংন হৌব তোর্ব্বানগী শিঙেন
মহৈ মহৈ কজব তান্নবদ
মাগী মাগী ওমজব উৎনরি।
মতম অসিদ থোইবীন
লোক্তাক মপান্দ লেপ্লদি
ওম্বোক্ল পুক্লীং মুঙাইদ।

সেম্নু— ওসিদি লোক্তাক্কী মুঙাইব মুম্বিংনি,
ইবেমন মাগী মপান্দ লেপ্লিবদ
হরাউজবনে, পুক্লীং নকালায়,
নিংজরে পোকপগী মহৈ য়াল্লে হাঙ্গন।
মপান্দ কোম্বিরৈ, মন্নাইদ থারিকথা
নোকইবনিনে নোকইবনিনে লোক্তাক্ল
মজাইবেমবু উবদ হরাউহন।

থোইবী—মুঙাইরে মুঙাইরে ইতাশা,
লোক্তাক য়াইদ কুমহুন ওসিদি
কারসি লেমলে ওাক্লক থম্ন।
চাক চান্নসি হয়াউন ময়াম
পিজসি অওহশিং মপুকথম্ন।

সেম্নু— মজাইবেমগ ঐগন লোং খোনগে,
নখোইনা ইল চিংও ইতাখোই।

[ থোইবী সেন্নু লোংথোনব, ময়াম্ন ইল চিংব, কাক কাক নোত্তুন ঙা ফাব। মতম অসিদ মমাই ইৎক মক্ল থুম্নুক অম পাইহুন খমন্নু চংলকই। ]

খমন্নু— মোইরাংগী লোক্তাক কৌবী কজবি।
কেগে লাঙ্গৈরবগী চংনকম ওইরিবি
তরা চেংজেল খরদং থিজগে হাঙ্গৈহুন
লাঙ্গৈরবী খমন্নু কৌবীন ঙসিদি
নংগী কাদ চংজরি, কম্বোং খর হেকচগে।

[ কম্বোং হেকপ কুম্ব ]

থোইবী—[ লেপ্তুন ] কনানো। মিরব থোজেল'ম তাখি,
সেন্নু, অচানবী য়েঙঙুচো অমুক্ত
নিঙোলগী থোন্দা য়াম্ন মাল্লি,
ঐগী ইনাক্ত থেমহুন পুরকউ।

[ সেন্নুন খমন্নুগী মনাক্ত চংখিব ]

সেন্নু— হা কনানো? নংবু তাইবং মীরা?
নত্রগা নোক্তাকপাৎকী লাইরেম্বীরা?
ফিজেত্তি মোৎলি, শক্তি য়াম্ন ফজে
মিত্ত চেম্বব ঈরাদি মুক্তা পারং তমজনি।
করিনুংগীদমক ইবেমা নহাক্ল
মফম অসিদ লাক্লিবনো?

খমন্নু— হা ইবেমা, ঐ কনাসু নত্তে—মীনি;
কেগেগী লাঙ্গৈরবী হাঙ্গৈবীদো ঐহাকনি।
কম্বোং খর হেক্তুন তরা চেংজেল ওইনব
লাকচবনে লোকতাক্ত।

সেন্নু— নশক্তি অমুকী লৈরাংগুম নিংথিজৈ
কুচুন নোংঙাল্লমদাই চিথেমুক লঙিঙ।
অচুক কজব চেংলৌদো অরেন্বদ
লাঈর শংগুম্নচুন মাংগদৌরে।
লাউ নিংথিবী শকহেনবী,
নিংথৌগী মচানুপীন
নহাকপু কৌরিয়ে ইবেমা।
[অনিমক খুৎ শন্নচুন চংলকপ, থোইবীদ খমন্নুন খুরম্ব]
থোইবী— আঃ নিংথৌকোনগী লৈকোন্দ শাৎকদব লৈরাংনি
কজেদ মুজা নহাকসে, নিংথিদ ওম্বোকন,
কনা পলেম পম্বৌন নাউয়োক নাউকোনব মচানো?
খমন্নু— হা ইবেমা, পাম্বোইবীগী ছায়োন-ও।
ননাইদি পিতৎ-পাতৎপ মুজা মনি,
পলেম্ন ঙাংখরেমা কৌই
পম্বৌন পুরেনব হাঈচুন
মোঈরাংদ পাল্লম্ব অচুনি।
থোইবী— উম নিংশিঙিঙ,
পুরেনব কৌব অকনব অম
মোঈরাংগী সভাদ লৈরম্মি।
হৌজিক্তি করম লৈরি ইতা নহাক্তি?
খমন্নু— ননাইদি নংলেদ ইবেমা।
ঐগী পল্লেম পম্বৌ অনিন
লাইখুয়া তানগ্রব মতুং অসিদদি
অনংবগী চৈনাখোল খাংচুন
অরাংপগী মৈশা লাংচুন

ভাইবং খোংদ লেনবদ
য়ান থাংলবী ননাইগী
হৃয় য়েংবদ কনা লৈজগ্রে,
গুপ্নগী ইপ্ৄা অমন
ঐগী মুমিখা ওইডুন
ননাইগী মতম লেঙরি।

থোইবী— উম সংসার হাঙবসে অসুম তৌই,
অমুক য়াব অমুক মুঙাইব মহাক্কী য়ায়েন্নি।
লাইবকচাউবী ইবেমা, য়ায়গনু হৌজিক্তি,
নংবু উবদ ঐগী থম্মোইদ
মুপী ওইবগী অথোংপমখৈ
ফুইন ফুইন হৌরক্লে,
নংবু উরগ মুঙাইবোই নিংলে
নংগ লৈমিন্নরগ পুক্নীং পোত্থানয়ে
অডুন চান্নবী, শামান্নবী ঐখোই
হৌজিক্তি মরূপ ওইনরসি,
অন্নাবগী য়াথল তৌরমু
অনংবগী কিশি হুক্রমু।
হাঙয়ু নমিংন করি কৌই ?
নৌপ্ৄা অডুন করি কৌই ?
মাহাক্ন করি তৌরি হৌজিক ?

থমমু— ননাইগী মিংদি থমমু কৌই;
ইপুয়ানা থম্ব হাঙয়গ থংনৈ,
মহাক্তি নহা পাখং ওইবন
সংসারগী থবক পুদরি।

থোইবী— খমবু খম্ব—থুংশিদ মিংগৌসে।
মরূপ, রারগবু হৌজিক্তি
নচিন নোংপ্দাবু ঐনা য়োক্লগনি।
হৌজিক্তি ঐখোইগ লোঈনন
হরাউন ঙাতুম কাখিসি—
খোল্লো খোল্লো ইতাখোই!
[ ময়াম ইল্লোং খোনব অমস্থং ঈশৈ শকপ ]

## ঈশৈ

কাসি লেম্লৈ ঙারুক থন্না,
লোক্তাকী লৈরাংনা শাংলিঙৈদ
খোইমুগী মপাম্না করিঙৈদ।
খোনসি ঙাবু ঙাকোন থন্না,
রাহোং কোকিলনা হরাউরিঙৈদ
মহোশা ঈশৈন নিল্লিঙৈদ।
কাউনে ঙাদো থুবাম থন্না,
শানোংগী পুক্লীংন হৌরিঙৈদ
বসন্ত মুংশিংন হুল্লিঙৈদ।
[ মতম অসিদ খম্বন ইকিং কিংন চংঙকই ]

খম্ব— কদোমদনো হুজিক্কী খোঙেন্দো।
অমত্তগী নত্তে, ময়ামগী মাল্লি!
কদাইদনো ঐন লাক্লিব অসিন?
ইস পাম্বোমস্থু চোংই, তুস্থু চুপ্তিঙ।
মংগী অচুন কনানো?
মানা পুরকইবরা ঐবো অসিদ?

ছিঃ মাংদগীসিদি লোক্তাক্লি
লম্মুক্লরেদন ঐহাক্তি।

[ইওক ওক্লুনা লেপ্ল]

সেন্নু— লক্লে লক্লে, ঙা লক্লে।

থোইবী— কদাই কদাই আচানবী?

[সেন্নুগী লোং পাঙ্গৈহুন য়েংব]

খম্ব— আই! ন্না ঙাংবা তাইন,
ঙসাইগী খোজেল অতুন্না?

[লাইবক্ত খুৎ খন্দুন য়েংব]

ইঃ ফজখ্রেদ কনানো?
ফিজেত্তি চম্মি ইনচিংবীগী ফিজেৎনি;
অচেংব খন্নাংদ অঙৌব খাংজেৎ,
হুকচাংদা শাইগকপ রেশমগী ফুরিৎ,
পুম্মুমতাব পাম্বোমদ অরংব তাল,
পিকতকপ খুজেংদ মণিগী খুজি
ইচম চম্ম নিংথিন ফজেদ।
থোৎন নৌন তাব থুৎশান
লোং অসি পাঙ্গৈবদি কন্নিনো নুইদ।
ফজবন ভৌন্নিব মখৈ
ফজবত্ত মন্নোইন্নবোইকো।
পাত্ত শাৎপ থরোদ চরাংন কোঙ্গৈন য়েৎপদি
থরোগী শক্ত মহেল্লে,
পূর্ণিমাগী থানিন্দ অমুব মন্নি লৈবদি
থাজগী গুণদ মকাইন্নে।

[খন্ন চংশিনব]

থোইবী— ইতা নংগী ঙাসিদি
ওম্বোক্ক ফজথে, ঐগী ওইরগেকো।

খম্ব— উঃ খোঙেন্দি তান্নাবু ঙমজন ইঙিঙ।
চিনবান অনৌবন অনৌব নাগেশ্বর মনানি,
পুম্ন পানব পাম্বোমদি থম্বাল থম্বৌ ঙমজনি,
খুবে'ম অনি তাবন লফু লেম্রা তমজনি,
চহি বয়স মতাংন যুবতী মথোক কাম্নকই—
মহাকপু উরগ পাখং ঐগী থম্মোইদ
নিংবগী অনৌব ইপোম কাম্নকলি।

থোইবী— খোনসি খোনসি ফাখিসি খম্ন।
[লেপ্লু ন] অয়ো ইমা, চিঙ্গেদ ফুরিৎসে,
নংগী কোচিসে কম্ন পানখরে
খব থাদোক্লো চিঙ্গে সেম্নু।

সেম্নু— ঐন নচ্চদে ঐন নচ্চদে ঐঙোন্দ তাইনম্নু,
চহি মতুং ইম্ন ইল্লকপ ইবেমগী শাবান্দো
অহ্নদা চৈবিয়ু ননাইগী দোষ নচ্চদে।

খম্ব— ইপাম্বাগী ঈনোত্ত মালং ইথিন য়াওহ্নন
অচৌব ইথক হৌবগুম, অনৌব যৌবন লাকপদ
ইল্লকপ থবোম্ন কন্দুন চিল্লমাঙ্গে চরৈসে।
মাসিদ ঐগী খুৎ অসিন—
[ খোইমু অমা পাইরক্লুন থোইবীগী মাঈদ ঙংলব ]

থোইবী— হেঃ করিনো খোইমু'সিম্নু মুংঙাইতেদ
খম্ন তাম্বোক্লোগব সেম্নু, য়াম্ন কিয়েনে ঐ।

সেম্নু— লৈ লৈরবদি খোইমুন পাইরকপ হৌনৈ,
ইবেমগী মাঈথোং থম্বানগী লৈহিদো

চুপচগে লাকপ খোইমুবু তাম্থোক্তুন
পাপ লংজবা ঙম্মরোই ঐহাক্তি।

খম্ব – চুম্মি লৈ লৈরবদি খোইমু লাকই।
হে খোইমু-ও খ্বাংজেংব! নংবু ঐনা কল্লকই,
মীওইব ঐখোইদগী হেল্লিদকো নংগী জীবন;
নংগীদি নিংবগী ইপোমদ তাউরকপদ
আথিংবগী লৈতংদ থেংলুব খক তৌরক্তে,
অপাম অপাম্ব মকমদ কোঈন চত্তুন শান্নরি;
মী ঐখোইগীদি 'সিন কৈ, 'সিন কত্তবনি,
অত্থুন অয়াবনি অত্থুন য়াদবনি—
থিঙ্গাইবগী শরৌন চামথোক্ক পল্লরি।
নংদি কয়া মুংঙাইরি অপাম্ব মকম থিত্থুন
কোঈন পাইরি, মীগী নাকোংদ ঙংথুন
অথুপ্প অচিকপ য়া লোম্ন লোম্ন হাঈরুরি;
তনিক তনিকপ মিৎচিগী মপাদ চংথুন
নৌরব মিৎপান্দো তপ্প তপ্প শোক্লুরি,
খুৎশা চরোং চামরনা তপ্প অমুক হায়রকপদ
নিংবগী তুংনকম চিনবান্দ তপ্প তপ্প চুপ্পুরি,
মাথুবু লৈরাংনি নিংবরা? নংদি অপাম্বন
তৌজবনি, অথুবু ঐগীদি থম্মোইদ
খম্বনব মৈশা লাংহল্লে।

থোইবী— মুংশি হৈত্রবা কত্রব খোইমু,
রারেনে ঐ, খিৎ চৎপ্রোবা নংবো!

[ খুৎ হাইথুন তানব ]

খম্ব— [ খর চংশিন্দুন ] ঐন হেক চংডুন
খোইমু অসি তাম্থোক্লবদি—

সেন্নু— [ হন্না য়েংডুন ] আই, মুরুম মুরুম শোল্লিন করিনো ?
এঃ কনানো অম আদ লেপ্তুন লৈরে,
ঙসি নিংথৌগী য়াথং হিকতোকপ
কাগে লৈরম্মু, ইবেমখোই খবলাউ
নিপা অসে কারসি।

[ ময়াম চংশিল্লকপ ]

খমন্নু— [ শোঞ্জব ] কদাইদম্নু লাকইবনো ?
পণ্ডিতদকো ঐগী ইপা অসে,
হৌজিক্তি নিংথৌগী দণ্ড কংডুন
অন্না লাংকম তারবদি খমন্নু ঐদি
মাংলেদকো !

সেন্নু— কারসে কারসে।

[ খম্বন নোকপ ]

খোইবী— এঃ করিনো ?
নিপা অসি উবদ ঐগী হুকচাংসে
তুন খ্যাউ খ্যাউ চুংলকই,
নোংথাংনা নোং মরক্ত চেনশিনবগুম
ঐগী ঈচেল অপুম্ব মাঙোন্দ চেনশিল্লে।
[ সেন্নুদ ] ঙাইখো ইতা, মুন্ন হংখো,
মন্না মপাউ তারগা নিংথিনা থাদোকপিয়ু।

খম্ব— [ খমন্নু উডুন ] ই—

[ খমন্নুনা মখা চিক্তুনা থাম্ব ]

সেন্থু—　এঃ এঃ করিনো অম ভোরে,
ঐখোইগী ইতা অসিগ নিপা অসিগ
মরি খরদি লৈনরে, হৌজিক্ক মখা চিক্তুন
ইঙ্গিত তৌখরে, অদুগ য়েঙও,
নিপা অসিগী কোয়েৎক ইতাগী খরাংজেৎক
য়াম্ন মাম্নে, শককমসু হাইরপ, হাইরপু নত্তে
পুংমান মাম্নে, অমন নিপানি
অমন নুপীনি অসিদনি খেন্নবা।

খমনু—　ইবেমা, ননাইগী ইপ্পা হাঙবদো
অসিনি, অয়োন অয়ান ঙাকপিয়ু,
নহা ওইবন পংতুন নিংথৌ থৌদা শোঙতুনা
মচেম্নু থিব লাকপনি ননাইবু থাদোকপিরো।

থোইবী— সেন্থু অচানবি!
ঐখোইগী মরূপ খমনুগী মৌপরানি,
নিংথিনা তৌতুনা থাদোকপিখো।

[শোঞ্জব]　ঐগীদি জীবনগী মরূপনি
হকচাংগী থরাইনি, ঐনা লাৎকদবা লাইদি
মহাক্নি। [খুরুম্ব], ইবেমা, ঙসিদি
নঙোন্দ মিজোকম পিরগে
চহি মতাংদি নহাকসে
ঐঙোন্দগী হয় উই। অদুন
ইচেদি কৌনিংদে ইনমা কৌগেকো।

সেন্থু—　[মপান্দা য়েংতুন] আদ দোলাইপাবা অম
অসোমদ তমতুন লাক্লে;
ইবুঙো, নহাক্তি নিপানি

মকম অসিদা লৈব কজত্রে
থুনমক চখোকপিখরো।

খম্ব— [ চৎন চৎন ] আঃ মকম অসিদগী চৎনিংখিত্রেদা।
হে পুক্নীং নংনা নিংলিবা অত্থ লানগত্র ?
[ থোকখিবা, দোলাইপাব অম চংলকপা ]

দোলাইপাব—মজা ইবেমা !
নপাবুং মহারাজগী লুক থোগল কাল ওইরে।

থোইবী করে চৎসি ইপল দোলাইপাব !
[ ময়াম চংখিব ]

## ৩শুব উৎপ।

### থোংলেন শঙ্গাই—অহিং

[ থোংলেন নোংথোম্ব য়ারী শারম্মী ]

থোংলেন— অহিংদ কৌই হাঙ্গৈহুন
ইতাও, ঐবু য়ারোগনু।

নোংথোল—য়ারোদে ইতাও, মরমবু করিগীনো ?

থোংলেন— মুঙাইববু হাঙ্গৈগত্রা,
অয়াববু হাঙ্গৈগত্রা অঙকপনি ;
ঙসি অহিং মং মঙিঙ, মংহুদ
লোক্তাক মপান্দ ঐন শগোন তোংহুন
লোক্তাকী কুম্মৈ য়েংহুন
কায়দ কায়দ চৎলম্মি। মতমহুদ
থাংজিং চিঙোন লোমদগী য়ায়া নিনবা খোঙেলন
শগোল শামু লাকপগী মখোনগুম তারম্মি।

খংহৌদে ইতাও। মীকুপ'মগী মন্নুংদ
নিল্লম্ব'পুম্ব চপ লেপখি।
অতুদগী বজ্রগা মান্ননা হৌরব
খোল্লাও অমন ঐবু চৈরকই
"থোংলেন হাঙ্গৈবা হনুব তৌবিমল খংত্রবা,
নংগী মরূপ পুরেনব, নংবু শেম্বিরম্ব গুরু
পুরেনববু কাউহুন অরেমবদা মতম লেল্লিবা,
নিংশিংঙু নং মাগী লম্মন তোঙ্গ্রবরা?"
অসি রাদি হাঙ্গৈহুন তোঙ্গৈন তোঙ্গৈন লাওখিয়ে।
ইতাও নংসু নিংশিংত্রবরা?
মতম কুইন থুপখরব
মোইরাংগী অথৌব পুরেনব
নং ঐগীদি কাউকত্রব মরূপ,
পিকথ্রব অঙাং অনিবু
নং ঐঙোন্দ শিন্নরম্বদো,
হাঙ্গৈয়ুনে কাউরবরা ইতাও নংবো?
নোংথোল—অঙকপনি অঙকপনি হে সংসার!
ইকাইদ তোল্লিদ হে মীওইব।
মী নখোইনা তৌবিমল খংলম্লবদি
নখোইবুসু লাইশিংদ চল্লমগদবনি।
আঃ মুংশিদ ইতাও পুরেনব
লাইরৈপাক্ত নংন ঐখোইবু
ওম্থোক্ল থিন য়েংলিগনিদকো।
সেনাপতি মরূপলোই।
কান্নদে শিরসি, ঐখোইগী ইশাদা

পাপ য়াম্ন লৈরে, পাপচেনব মী
পৃথিবীন পুব ওম্ব হৌনদে।

থোংলেন মাম্লি চুম্মি শিবন কৈ।
নং ঐন হিংলগা পুরেনবন শিখিব,
পুরেনবগী মচান চয়াহেন্দুন শিব!
ইস অরুম্ব পাপ্পি!
মহাক শিরমদাইদ,
থোংলেন নোংথোনব অনিদ
ইচাশিংসে শিম্নরবনি হাঙৈরম্ব
অমন নচানি অমন নমৌনি
কয়া থাজবগী পুকচেন্নো!
নখোই লৈহৌরো নচা নমৌ লৌহৌরো
অসিদা হাঙৈহুন পুরেনব ঙাংখরৈমন
তাইবং খোমলেন তুমখুন্দ মতম কুইনগী হিপখিব
লাঙৈন কাউইদা মী মরক্তগী শা ঐন।

[ মরাইবক্তা খুতুম্না থাবা ]

নোংথোল— শাদো নংদ নত্তে ঐস্থনি।
ইঙক্ত থৌরি থাংহুন ইখোংদ খুরৌ চন্দুন
মোইরাং খোরি কৈথেন্দ কোঙৈন চিংহুন চৎপন
নোংথোল ঐগী ইতিক চপ চাবনি।
মহাক্তী মপাল তাংজহৌবন
মোইরাং নোংথোল হাঙৈখিব
অহুগুম্ব ঐগী গুরু ঐবু শেম্বিব লাই
ঐগী মরূপ মুংশিব পুরেনব!

মহাক্ত শিরমদাইদ শিন্নরম্ব ৱাবু
যুগ কোম্নাই অম কাউহুন লৈথোকপ।
'সিন ওইরে মীবু মী হাঙ্গৈরিব,
'সিমক্তনদি ঐথোই মীওইবগী মরক্ত
হাৎনরিব, ফুনরিব। স্বগগী মুংশিব
লুরব প্রেমদি লাপ্ন ভুংওইনহুন
লৈপাক্তুম্ব নাপনগী ঈঙাং তৈব কিমুব
শাগোন কিজেৎ ওইব তাম্নহুন,
মৈরাম্বীন মৈরক্ত পাইশিনবগুম
পাপকী লম্বাঁদ খোংথাং কুংশিন্দুন
পাপকী নম্বো হেঙ্গৎনব লাক্নরিব।

থোংলেন— আঃ হিংবু হিংলিগদ্রা অঙাংশিংদো।
উনা শিংনানা থরাই ওই
পান্ কম্বোংন চংজকম ওই,
পম্নকম লৈতন নারক্ত উরক্ত
কোইচৎ চৎ, কোইলাউ লাউ
তম্নানি মঙানি হিংলমলে হাঙ্গৈরগ
শাত্তন কেনখিব লৈরাংগুম
তাইবং রাংম লানখররিগদ্রা?
চৎলগে থোংলেন ঐ চৎলগে,
হিংলমলে হিংন থিরুগে
হিংলমদ্রে লাইরৈপাক তাম্ন চত্তুন
মপা পুরেনবগী মনাক্ত
ইচা অনিহুবু য়োক্নুগে।

নোংথোল—জগত্ত লৈব জীব পুম্নমক
ঈশ্বরন শেম্বনি।
অনংববু য়োকপিব তোল্লববু ভাকপিব
ইবুঙো মহাক লৈবন ঐখোই পুম্ব হিংবনি
মখোইগীনি হাঙৈব হন্ন য়েংনিংঙাই লৈজরব
লমজা শন্না ওইরব পিতং পাতৎপ অনিদো,
মহাকী নিংথিজরব থৌজান্ন
শোইদন মকনবিরমথিগনি।

থোংলেন—হে থাংজিং কুবিয়ু,
ননাইগী তম্বাক্ত নচানি লৌজো হায়রুন
অমুক্তদি পিনবিয়ু। ইতাও নোংথোল চৎসি
কান্নদে, অঙাং অনিদো অমুক্ত থিরুসি।
হিংলম্লে হিংন পুরক্তুন
থোংলেন ঐন পাল্লিডৌদ
মোইরাংদ অমুক্ত শেম্নমগে।
হিংলমদ্রে করে, ঐগী ইন্নাইবক্লি;
ঐগী প্রাণ মঙামক অসে
লোক্তাক ময়াইদ হুম্বরমতুন
মখোইন লৈব লমদ চৎলগে।

নোংথোল—ইতাও, নচাশিং থিবসে
ঐ চত্তুন থিরুগে, নহাক্তি
মনা মনিন চাউরব মীনি
নংন তৌব থবক লোনব য়ারোই
মখোইন পৃথ্বীদ লৈরম্লবদি
নোংথোম্বন থিব খংদব হৌনদে।

লৈত্রবদি হে সত্যন খংসন্নু
ঐন মাং থাদ্রুন ঐখোই অনি
স্বর্গদ মখোইগী থোঙ্গুল লিরুসি।

থোংলেন—চান্নথোইরবা মক্রপ।
থিনবিরগন্নু চৎলো। নমৌ নক্সাক
অপিশক অনিদো নতাওগী তম্বাক্ত
অমুক থম্বিরো। [ হৌগৎপ ]
মঙ্গল পিনহৈব ঈশ্বরন মঙ্গল পিসনু,
ইতাও চংলকউ কোন্নসি। [ কোন্নব ]

নোংথোল—স্বর্গগী নুঙাইব বৈকুণ্ঠগী অইংব
পুন্নমক মক্রপকী মকমদা লৈ।
[ থোকখিব ]

## ৪শুবা উৎপ।

লৈকোল—অয়ুক অঙনব।

[ থোইবীন হৈনৌ পাম্বী অমদ ঙাদ্রুন, মাদুদ য়েত্তুন শাৎলম্ব উরিরৈ চরোং অম পাঈদ্রুন য়েংলম্মী অমসুং ঈশৈ শক্লকই ]

### ঈশৈ

লাইবক কবী উরিরৈ লৈরাং-লক্ত তনৌবী,
পামেল হৈনৌ লেংবান্দ লোইরং খোংনাং শারিবী,
খেক্ল নোকপ মীনোক্তি তাইবং পুক্রীং মুল্লিবী,
লৈরাং নংগী শাথেক্তি মুরা শাবান হেল্লিবী।
লৈরাং নংবু উবদ মুরা ঐন কল্লকই,

মুংশি লেংবান পাঙ্গীন্থন লৈরাং নতৌ তম্লিংই,
পামূ শেগা নাকোন্দ পুন্নী যারেন হুক্লিংই,
চাম রাইদ তাউন্থন লৈরাং নংগুম লৈনিংঙ্গ।
শাচ্চৌ শাচ্চৌ লৈন্নুংসি লৈবাং নপান্ ফরিঙৈ,
লৈরাং নতৌ তম্বদ মুরা নপা লৈত্রিঙৈ,
লৈরাং নংবু পাম্নব পামেল লানবা কল্লিঙৈ,
কল্লক মৈন শোকপদ পামূ পাঙ্গল হুন্দ্রিঙৈ।

[ চরেং অন্থু লামথন্থন মমাঙ্গীদ ফুন্থন শান্নব অমস্থং মতম অসিদ সেন্মুস্থ ঈশৈ শক্তুনা চংলকই ]।

## সেন্মুগী ঈশৈ

কিজেনে মংলান্দ মুংশিগী চৈনাদি
খাংবদ কেম্নবি তাইবংমী কয়াদি।
শাবব মুংশান ওলাংগী থাজিন্দ
ওইহল্লি মুংশিন শরুখাগী থাবল,
লিরিব নাম্বিব বসন্ত ঋতুদ
ওইহল্লি মুংশিন কম্মৌরব তাশোল।
খাংবদ কল্লব মুংশিগী ইথিল্লি
শাবিন শানৌন মাংনব মব্বানি,
শোকপদ মেংলব মুংশিগী ইপোম্মি
শাবী শানৌগী শাৎনব ঈরানি।

সেন্মু— [থোইবীদা য়েংন্থন] হুন্দক মরকসি,
নিংথৌগী মচানুপী থোইবীগী
মাপুন্নীং ইহুল অম তোঙাল্লি।
মহৌশা অস্নম তৌদব থোইবীনি,

সেমু ঐবু উবদ যৌরক্রিদৌন কৌবনি,
ওসি মঙানি তরানি অসিদি
ঐবু কৌনিংবগুম কৌনিংদবগুম
কৌরে তন্দে মান্দে কৌবগুম
মহৌশাগী মোইরাং থোইবীন
তৌখিদব থোদৌ ঙাক্ত তৌই।
য়েঙঙু সনাগী লৈ ময়েংসে।
লৈ মান শাৎপদ মশাৎ ফজে
মনম মুংশি, চিনবদ ফজন থোকইদা—
অছু নত্তে, লৈরাং মাবু উরগ
লৈগী লৈনা মরক্ত অনৌব ময়োল চোংবগুম,
থোইবীগী নৌরব থম্মোইদ য়েন্নিং অম হুল্লকই।
করম্ব য়েনিং মতানো সেমুন খংদব য়ারোই.
মুপী মচা ওইবন চহি মতাং য়োরবদা
লিকোন শিবন পেল্লক্তব মতম
ফনেক ফিরোন ফজবন হুরাউরক্তব মতম
রাখল ইপোম অম তোপতোপ্প লাকপ মতম
মীপুন্সীগী থাক থাক খুদিংদ
ইখ্বাইদগী লুরব তাংফম,
অনাবগী মরোংদ মাইব মশক খনব
অকনবগী মরোংদ খাম্বিনব লুরব,
তাংফম অসি য়োরবদ মী অচুন
মহাক্কী মপুন্সীবু চেগাইদগী লাঈন খনব,
অমদি সনা লুপা মণি মুক্তা
পুম্নমক অসিগী মপু ওইবদগী

হেম্ন মুঙাইন থোকপ মতম,—
মতম অসিগী রাখল থোইবীদ চুররে।
অত্থবু কামদন মৈ হৌবা হৌনদে,
শানৌ কনাগী মশক উরুহ্নন
তম্ব কনাগী শউম লাংলুহ্নন
যৌবনগী অকনব লাঙ্গনা অসে
থোইবীগী সনাহক্ক পল্লবনো ?
[চংশিন্দুনা] সনাইবেমা সনাইবেমা ! [ঙাহাক লেপ্প]
খুমদে খংলে, থোইবী মূনখে !
রাখল্ল মরা তাগ্রবদ মীওইবন
মনাক্ক কৌব মনাক্ক লেপ্প
তাদবনি উদবনি।
[ অমুক চংশিনব অমসুং নৈ মুন্দুন ]
তৌব ঙম্বী উব্রিরৈ।
নৈ নংগী করি নতিক নৈদন
নংগী করি নগুণ নৈদন
ঙসি ঐবু সনান উত্রিবনো ! [ হুন্দোকপ ]
থোইবী—[ ইক্কিং ক্কিংন ], ইতা সেন্নু !
সেন্নু—[ শাউশিন্নহ্নন ] সনাইবেমাগী নৈসে পাম্বিগ্রবোইদকো ?
নৈ মহাকপু য়েংবতদ ননাই ঐখোইবু
উবি লাকপিত্রেদকো।
থোইবী— চান্নথোইবী সেন্নু !
ঐন কৌদে হাঙ্গহ্নন শাউরবর নহাকপো ?
পুক্লীং অসে নৈরাংদ ঙাহাক পুক্সোই লুপ্ল বন
নহাকপু উদবনি, শাউগম্নু মুংশিবী ইতা !

সেন্নু— সনাগী পুক্লীং মুনবগুম্ব
লৈরাংগী অঙকপ মগুম্নি,
থোইবীগী তাইবংপান কাউহনবগুম্ব
লৈরাংগী অঙকপ মতৌনি।
থোইবী— অঙকপ মগুম্নি অঙকপ মতৌনি,
য়েঙু চান্নবী! উবিবৈ কৌবি লৈবাংসে!
লৈরাং মমান্নব কোঙ্গাইদি
মতোমদ হৌজ্জৈ, মতোমদ শাচ্চৈ;
মহাক্কীদি অহু নত্তে,
মহাক্ক পামজব পামেল হৈনৌ লেংবান্দ
মুরা কোঙ্গাই অমগী পাম্বোম ঙম্ন কজব
পিক্লব মউ মশা মচান
য়েত্তুন কোন্দুন লৈশাং ঙমখৈ উচ্চবি।
পোম্বস্থ চরোংনি, শাংপদি তিন্নদে,
পুক্লপ্ন শাত্তোক্লবদি লৈম্রাং মাগী লৈনমদো
মতম ঙাহাক্ত লৈহুন
পামুগী মুংশি মাংগনি মতানি।
মাগী মতৌসে উবদ
থোইবী এৈগীদি কুম্মৈ অম ওইরি।
সেন্নু— ওইগনি কুম্মৈদো!
লৈরাং মাগী মতৌগ, ইবেমগী রাখলগ—
মুংশিংন শিংপদ উনা লেংবগুম্বনি।
বসন্তন লাকপনে, সনাগী চহি মতাংদ
যৌবনগী লমযৌবী চৈথেক্লে—
নোং চুরগ তুরেল চাউবগুম্বনি।

মতম অসিদ লৈরাংন শাৎপ মতৌ,
মতম অসিদ সনান খনব রাখল
হৈনৌ পাম্বী মউদ য়েত্তুন কোন্দুন
উরিরৈন ফুগাইন শাত্তোকচরকপ—
লৈরাংবু উবদ লৈরাংগী মতৌগুম
পুক্নীংন পাম্ব শানৌ কনানো,
মহাক্কী শেগাদ মহাক্কী লেংবান্দ
অস্থম লোইরং খোংনাং শাত্থন
ইবেমগী যৌবনগী লৈরাংগী পখৈদো
মথেন মথেন শাত্তোকহন্নিংলকপ,
মিংশেন য়েংলগ নিংশেলদ শক উবগুম
ইবেমন তৌরকপ লক্ষণা'সি য়েংবদ
স্নাপুক্নীং লকাগী মরি মতাং পুম্বন
লেংলিব খোংলিব ওম্নমক
ননাইন লোইন খংজরে।

থোইবী - হে হে চিম্থিবি!
মীগী পুক্নীং খংবিরেদ।
থাংজিংন থারকপ মাইবী ওইরবোইন?

সেম্ন— মান্নি মাইবীনি;
অত্থন হাঙদোকচহৌ চোপচনি।

থোইবী— চথোকউ তানিংদে চিম্থিবি!
নখোইন ঐ লৈশাবী ফারে
ঐবু করম্বনো খঞবনি,
নখোইন পংখন খল্লগ
ঐখোইবুস্থ খল্লমগনি নিংবরা?

সেন্নু—[শোঞ্জবা] ৱাহৈন ৱাহৈগী প্রমান্নি,
লেংব য়ারোই মরাইন তাজগনি।
[কোংন] হোইনে, খঞ্জগেনে ঐখোইস্নু
অহুবু ঐখোইগীদি অরাইবনি।
ইবেমগীহু কনানো হাঙ্গদোক্লো
নিংথৌগী মন্নাক ওইবদ
মতিক চাবরা য়েংসিনে।

থোইবী— [শাউশিন্নহুন] সেন্নু তুমিন লৈয়ু!

সেন্নু— নত্তে তুমিন লৈবদি অরাইবনি,
মীশক অহুনি অৱাবদি;
মাদূদূম হান্ন থংখিসি।

থোইবী— নশম লাক্কুনা হাইরবদি
নং য়েংঙোই।

সেন্নু— ধমকান চৎপ সেন্নু নত্তে
মীশক্কো হান্ন তাকখো
অহুগ কোন্ন ধমকা তৌ!

থোইবী— যেংনিংদেদ শকথিবী অসিদে,
কদাইদগীস্নু লাকপিবিবনো?

সেন্নু— য়েংনিংঙ্গগ চৎখিবস্নু মঙাইদনা!
সনাইবেমা, ননাইন মহৌশাগীগুম খল্লুহুন
ননাই ঐঙোন্দদি অরোনব অথুপ্প খাক্লোই
হাঙ্গব ৱাখল তৌহুন স্না চন্নন্দ ঙসিদি
খরা য়োনখ্রে ৱারৌবিগস্নু।

[খুরুমহুন চৎকে তৌব]

থোইবী— নংবু চান্নন শাউরবরা অচানবী ?

সেন্নু— মতম খবগী মমাংদ ফজরম্মি মিঙ্গৌদো,
মতম খরগী মমাংদ মুণ্ডাইজরম্মি তাবদ,
হৌজিক্তি ইবেমগী সনাপুক্লীংন
ননাইবু খর লাপ্প থম্বিরব অসিদ
সনাগী মিঙ্গৌদো অম ওনবিবন করনি !

থোইবী--- করিগীদমক মিঙ্গৌকম ওনগদৌরিবা ?

সেন্নু — করি তৌরুগনি, ঐন ইবেমগী
অথুপ্প অরোনবা খংবা য়াত্রবদি
ঐবু অচানবী হাঙ্গবগী করি কান্নব লৈ ?

[ থোইবী থুমদব ]

[ কপশিন্নদুন ] ইবেমা, চঙ্কবগেকো ননাই ?

[ থুরুম্ব ]

থোইবী— ইতা নহাক অসি
ঐবু কন্ন লাকুখবেদকো !
ঐ রারে ; হাঙ্গদোকসি কদাই,
হাঙ্গগন্নুসি নংন শাউগদৌরে,
হাঙ্গগে তৌরে চিন'সে খক খক পল্লে,
কবি তৌসিগেনে ঐবু খংদ্রেনে।

সেন্নু— ননাইবু খক হঙ্গোইবিগন্নু,
পোকপদগী ওইরকপা ননাই সেন্নুনি
শিন্নবদমু ননাই ওইদুন শিগদবনি,
সনাপুক্লীংন নিংব থুংনবগীদমক্ত
হোৎনজনিংদুন হংজবনি।

থোইবী— [ তপ্ন ২ ] ইতা।
নং নিংশঙিগবরা নহাল ঐখোইন
লোক্তাক্ত ইনজিং লোংখোল্লিঙৈদ—

সেম্নু— খংলে খংলে সনাইবেমা,
খিত্ত কাংবদ খংব ননাই সেম্নুনি।

[চিংনরপ্ন] নহা নিপা অত্নদি,
ইবেমগী মতিক মপা চাব
খিৎ থোকক্কাত্তমাল্লে নিংইদা।
নিংথো.রনগী মচান্নুপী
য়াইক্করেন য়াইক্কবী,
কেগে লৈকোইবুং মন্নুংদ
মপা লৈতন নিংথিবী
ইবেমন সেবা তৌবদ মতিক চাদব
লাঙ্গয়-শননরব নিপানি মহাক্তি।
অত্নগ ইবেমা নহাক্তি,
নিংথৌ মচিন মনাউগী
নাইতোম শাৎপী মমোম্নি,
নহাক্তবু অহিং মুংথিল
নুমিথ্থা য়েংবগুম য়েংলিবনি।
অসিদ নবাইবুঙোশিং অত্নন
লাঙ্গয়ব পিতৎ পাতৎপদ
নপাবুংন থাজো য়াগনি নিংদে।

থোইবী— মুংশিবগী মকমদ,
কন্নি লাঙ্গয়ব, কন্নি ইনাকথুনব ?

মপা লৈবন কনানো,
লৈতব মচান কদাইনো,
ঐগী থম্মোই মন্দির'সি মাঙোন্দ কৎথবনি,
অসিদ মাতবু ঈড়াৎপন
ঐগী লাইনিং ওইথগে।
ঐদি মুপীনি খংদে
অকবন কদাইনো ফত্তবন করিনো।

সেম্নু—[ শোক্তব ] নিপাদো ফত্তবদি নত্তে—ঐ য়াই,
উৎন খুম্ব মৈরাঙুম মহাক্কী মশাদ
অফব গুণগী লক্ষণ য়াম্ন লৈ।
মরমচৎ ব্যবহার য়াম্ন ফজৈ,
শকস্থু নিনি পানব থাজগুম
য়েংলগ লুরকপ হেনগৎলকই।
[ কোংন ] স্নাইবেমা, মৈরি হাঙ্গবসে
মখারোমদ হাইথহন খক চাক্তে,
ইবেমাগী সনা পুক্লীংদো
মতিক মপা চাদবদ
লৈতারম্ব হৌনদে।
মপাস্থু মমিৎ তাংব য়ুমফমস্থু লৈত্রব
নারক্ক শিংজনবন চেংজেল ওইরব
সত্যবান্দ লৈগমু হাঙ্গব
সাবিত্রী দেবীন য়াখিদে।

থোইবী— পুক্লীংন পুক্লীংগী মপানি ;
ঐতন নিংজব ঐতগী ওইরম্নবদি

মতিক মপা চাদবদি মাহুনি।
মাগীদমক শেমজরুব লৈরাংসে
মান লৌবিনিংলমগত্র
মাহুদনি চিংনব।

সেনু - মাহুদি ননাই লৈ, ননাইন হৈজগনি
অহুগ চিংনকমদি লৈতেকো ইবেমা।
কেগে লৈপাক্কী মমল য়াম্লব মণি,
নাইতোম হুনব থাজগী মাঈথিকম ওইবী ইবেমগী
থুৎন শোক্রিব লৈরাংগুম শেংলব থম্মোইদো
লৌজো কৎলগে হাঈন লাম্থোক্লবদ
মহাক্ল মমাই লৈরবদি মহাক্তি
লাইন শাব মী নত্তে।
পুম্নমক ননাইন শিঞ্জগনি,
পুক্নীং মুঙাইন মতম লেনবিয়ু।
হৌজিক্তি মতম ৱাইশিল্লক্লে,
লেংশিল্লসি ইবেম্মা।

থোইবী— চৎসি ইতা।

[ ঈশৈ শক্ল শক্ল থোকখিব ]

ঈশৈ

থম্মোই মন্দির হাংদোকচগে ভক্তিগী আসন থাজগে।
লেংশিনবিয়ু ঈত্তাচ্চগে প্রেমগী লৈরাং কচ্চগে॥
ঙাঙ্রানব নখোং থম্বালদো মিৎকী পিন শেংজগে
লেপ্পিয়ু তত্তন ঐগী মাংদ নংবূত নিংঙ্গগে॥

[ থোকখিব ]

৫ শুব উৎপ।

মুংদাংব্রাই—খম্বগী মুম

[ খমন্নু খম্ব ব্রান্নী শারশ্মি ]

খমন্ন — তোন্নিদকো লাঈবব করম্ম তৌসিব।
লাঈরব ঐগী ইমুমদা মজাইবেমন
সনা খোংলেং-বিরকনি হাঈব তাবসিদি
ইকোক্ত বক্স তাবমুক ব্রাথেদা।

খম্ব— ইচে নংগী স াইবেম্মা হাঈবসিবু
নহানগী লোক্তাক্ত ইচেখোইপ
লৈরম্ব অচুরনে ?

খমন্নু — মাম্নি নিংথৌগী মচানুপীনি।

খম্ব — মহাক লাকপগী দমকপু
করিগী অচুক য়াম্না খল্লুবিবনো ?

খমন্নু— অচৌবন লাকপ হাঈবসিদ
মতিক মপা চান সেবা তৌত্রবদ
থৌগল্লোন কাঈব ওইগনি।
নংদি লাঈরবনিদো ইন্থু নিংথৌ !
লাঈরব নংগী মুমদ নিংথৌমচান লাকপদি
কবি লৈজত্তুন নংন কৎকন :

খম্ব—[শোক্তব] নিংলুবন লানগক্রা·
লাক্রবদি মঙোন্দ পিনিঙাই করি ব্রাৎলি ?
করিগীস্থ লানগনি ? করি মরমগী
নিংথৌগা মচানুপী মহাক্ক

ঐগী য়ুমদ লাক্কদোরব ?
চুম্ন খমনুত উনিংল্বাদ
কোমুংদ হেকমক কৌব য়াই,
খংদ্রে ঐন খল্লুবন লানগত্রা ?
[ ফোংন ] ইচে অচৌবন লাঈরব ইমুংদ লাকপদি
ঐখোইন করি অমুক কৎলুগনি ?
লাঈরব ঐখোইগী অহোব মেয়রব
সনা লুপাক্তম য়ান্ন 'পরমগনি নিংই।

খমন্ন— ইহেঃ, হাঈরিমক্কদ,
. মনাই সেম্ন লোইনহুন
মজাইবেমা লেংলক্লে ;
ইবুঙো নংদি িপা'নদো
নহাক লৈবন মজাইবেমসে
হঙ্গোইখিবস্ন য়াই অহুন,
ইমুংদ লোত্তুন লৈকরে। !
[ খম্বন ইমুং চংখিহুনা সনামহি কোচিন্দ ফক্ক কুপশিন্দুনা লোপন লৈব, অমস্নং থোইবী সেম্ন চংলকপ

খমন্ন—[ খুক্কমহুন ] মচাইবেমা।
লেংশিন বরকসি, লেংশিনাবরকসি ;
ননাইদি লাঈববীনি করিস্ন লৈজদে,
খুদাদ লেংশিনবিয়্ন, হৌনবি সেবা
কৎপ ঙমজদে ননাইবু রারোগম্ন।

থোইবী— হিঃ করি রানো ইনমা !
ইনমগী য়ুমদ ঐন লাকপবু
হৌনবি করি সেবা লৈবগে ?

ইতা সেন্নু, নুভাইত্রা য়ুম অসে,
য়ুম 'সিদা ওন্থোক্ল লৈনিংই ঐদি।
য়েঙ্ দো মাঙ্গৈকে মবিময়ক ইশং শঙিঙ,
ব্লা-য়েংদোন কুংন কুংন হৌত্তন
চ'হু কুইনা ইংখোলসে ঙ'ক্লকপগী
অবংব খুদম মযাম তাক্লি।
বকুল, নাগেশ্বর, কা মনা কুসুমগী পরেং,
মখোদ ফুগাঙ্গন শাংলিব
মালিকা মাগাত, যাতি যুতি,
কয়া কজন মহৌশান শিল্লাংলিবা!
মাসিদ কোম্নুংগী অরংব অথকপ,
নুংশিংকী স্থ শাম্নকম লৈতব,
লৈনমগা স্থ চংনফম লৈতব,
ফুগা দোলান্ চেকপন্ন কৈদৌনি!
পরেং অমন হৈনৌ হৈরাংখোই
হৈয়াহনাচংব হৈরাংগী পরেং—
কুংং বা মনাগী মরক্ত চেক্লাগী মপৈন
মহৌশাগী তাম্থদা চংখোনব ঈশে শকলি,
নংগী কোম্নুংগী পুং-যন্ত্র মখোম্ন
মখোইগ পাব য়াব নত্তে।

সেন্নু— মজাহবেমগী পামজৈ হাঙ্গবহু থোক্লি,
চিংখৈ পাংবদ পিক্তক তৌব পুপ্রী
য়াইদ থরো থম্বাল মপান্দ শনারৈ,
অচিকপদ নুংশিবন লৈথোল্লব;
ঙমাং নাকচি য়েং-ওইদা কবোকলৈ

কবিরৈ, মহৌশাগী নাচোম শিরিজকুসুম—
কামগীদি হৈনজব থুৎলাই,
উবদ সনাগী পুক্লং
করিগী মহি লাংলোইদগে ?

থোইবী— হকচিক্ল কয়া সাঙিঙবা।
হৈনম লৈনম পুব লিরিব নামিব
লোম্ন লোম্ন লাক্লুন ঐবু তোঙ্গন লক্লরি।
মতয়ে মকয়ে ওন্থোক্লা মুঙাইগ্রে,
মতম্ন মুমিদাং-রাই, মকম্ন ইনমগী মুম –
অসিদগী মুঙাইব থোইবীগী লৈংরে।

খময়ু— লাঙ্গিরবীবু চানবিদ মঙাইবেমা।
ননাইদ রান পানগ্রেদ হুম অসে,
পম্থৌ পলেম অনিন পিশক পিকন
হুন্দোকপিরম্নব ইচিন ইপ্লানি
হম্না য়েংবদ কনা লৈজগ্রে।
কৈথেন্দা তাহৌব চেং হরাঙ
লাঙ্গিরবগী চেংজেল ওহ
ইংথোন্দ হোব উনা রানান
অনংবগী চংজকম ওই,
তোম্ন লৈগ্রেদ ননাই লাঙ্গিরবীদে। [ কপ্প ]

থোইবী— কপকম্নু ইনমা।
নিংথৌ মচাম্নুপীগী পিজান
লৈত লাঙ্গিরবগী মনম কওঙ্গরোই।

[ ইমুংদ মাঙ্গ ওনশিনব ]

সেন্নু— মনমা ইবেমা কনা কনা লৈ ?

খমনু কনাস্তু লৈতে ইবেমা !

সেন্নু— সনাইবেমা ইমুংদা তুক লেংশিন্নুসিদনা !

থোইবী চংনিঙিঙ চঙঙুসি ইশা !

ইনমা চংহন্নিংদরা ? হকাইগম্নু

ঐ ইমুং মনুংনি নিংবয়ু

চংসি করি অরাংপা লৈবগে য়েংলুসি ।

খমনু— ননাইগীদি অরাংপা ঙাক্তনি [ অহুম চংখিব ]

থোইবী কোইয়েং য়েংহনা —খুদম । লেংদেকো নহাকসে,

য়েঙঙু কয়া চেকশিন্ন শারম্ব

অথোব পুরেনবগী সজাইনো ?

শেম্বিদবগী থোরব ময়ান

মহাকপু চাথৎপা ঙমাত্ত্র ।

কাচন্দ য়েংহন ইনমা আদগী

ফক কুপ্নবাসি করিনো ?

খমনু— শোঙব করি হাঙ্গদনা খুমসব !

[খনগ কোং' সনাইবেমা, মাসিদি

ননাই ঐখোইবু ঙাকশেল্লিব,

খুমল্লাকপ লাঙ্গনিংথৌনি ।

সেন্নু— হাঙ্গমা ! লাইবু কল্লা কুমধা ?

খমনু— কমদব ফক অহনবনি,

লাইনিংথৌ খুমল্লাকপ হাঙ্গবসি

কৌনাফক কুপশিন্নবতদা

লাই মহি লাংগন্দে ।

থোইবী— অহুদি ইতা লাইনিংথৌ খুবমসি । [ সেন্নুদ ইঙ্গিং তৌব ]

সেন্নু- মনমা ইবেমা !
মজ্জাইঃবেমনা লাই খুকম্মদ
হৈশিং নৈশিং শুনব
হৈরম তরেৎ, নৈরম তরেৎ
লাংথৈ, মতোল তরেৎ
লা-লাতোন খরদং 'থবিক

খমনু - হা হ'রি !
মিন্ম লংজিন কংশিহুন
রায়েল চৈরাক চাগত্রা ? থোকখিব

থোইবী — [ চংশিন্দন খুরু খুদক কুন্দন
থোইয়ুম-ও লাইনিংথৌ !
খুমন শাগৈগী অপোকপ
ওসি কোবৌ নোংজাদ
পোইবী কৌবা ননাইন
নহাক্কী ফাংথোং পাইজরী
খুবাম তরা লোঙ্গরি
লৌবিয়ু কচ্চরিব ভাক্ত
চানবিয়ু পংলবী তোল্লবীবু,
নহাক্ক লাইমক্ক ওইরবাদি
চানবিয়ু বর'মতং নিজগে,
থোইবী ঐহাকন,
পোকপদগী হৌজিক ফাউব
পুক্নাং অনি লোংত্রিবী
সতী অম ওইরবদি

খুমনগী মৌ ওইহৃন
মুমসিগী মবেমা ওইহৃন
নহাকী সেবা তৌজরগে। [ খুরুম ]

সেম্বু— খুমল্লাকপা লাইনিংথৌ!
মুম'সি কোইরিব ইবুঙো!
সেম্বু কৌবা ঐহাক্
মোইরাং লৈবাক অসিদ
মজা ইবেমা থোইবীগী
কনবত খল্লবী ওইরবদ
অহুগ লাইনিংথৌ নহাক
লাইমক্ত শেংলবদি
সনা ইবেমনা নিংশিবসে
শোঙ্গৈদনমক থুংহনবিয়ু।
লাইনি লাই নত্তে খংহল্লু,
লংগী নগুণ শন্দোকচৌ
সতীগী গুণ মাংহনগন্নু খুরুম

[ কক হুন্দোক্নন খম্বন হৌগৎলকপ ]

খম্ব— ঐদি লাইমক্তি নত্তে মীনি।

[ থোইবীন ইকাইখিত্নন মরু লুকথখিব, সেম্বুন হৌগত্নন য়া ভাংব

সেম্বু— মনমগী মোপা ইবুঙোনিদনা,
লাই ওইরবোই লিংহৃন ঐথোইদ
য়ায়কয় খুরুম্মুরেদা!
লাইবু ওইরম্নবদি শোঙ্গৈদে
ঐথোইগী বর লেপ্প কংলমগনি।

খম্ব— মাল্লি থাজগনব মুপীনি,
ঐস্থু লাই ওইবন্নবদি বন্ন পিবমগনি।
সেম্ব হৌজিকী কিবম অসিদ
মজাইবেমগী থরদং ইকাইবে।
মরম অসিন ইবুঙো!
শঠাক্ত রাথল্লৈব নিপানি,
সতীগী মর্য্যাদা ভাঙ্গব
সনাগী ইকাইব কনব
অমত্তদি তৌবিয়ু।
খম্ব— ইকাইকমদি থোকই, অহুবু
মুমিৎলৈ কৌবী লৈবাংন
মুম্বিৎনা চৎপ মাঙ্গৈদ
মাঙ্গ ওন্দনত লৈবগুম
অনিংব অমত্ত নিংবন
সতী শাগৈগী লীচৎনি।
মাহুগী মর্য্যাদা নাংহনব
সতীবু ইকাইব পিব
মীহুদি শাগী মশক্নি।
মরম অসিন মজাইবেমবু
নিংথিন খুদাদ লেংখত্তুন
অরাব পোখোকহল্লু।
সেম্ব— [ কিদা থাহুনা ] সনাইবেমা, লেংখৎলো;
নিংথিন হকচাং কোম্ন কমবিয়ু।
চিংনবিগমু ননাইন থৌগল্লি,
ইবুঙোস্থ নিংথিনা কম্বিয়ু।

[ খোইবীন ভম ২ হৌগত্তুনা মবাই দুরু কম্ব অমনুং খম্বম্ব মাবু কুপ্পব ফক অচু লৌহুন কম্ব ]

খোইবী—[ শোক্কব ] ঐন লৈরিব অসিবু মৈথক্লা।
সমক্রগী ভাওরব ইথক্লা।

সেম্ব— ইবুঙো মুম তাবিযু
ফুগীন রা পঙভাং ভাংই হাঈহুন
হুন্দোইব রাখল ভৌবিমু।
নহাক্তি নিপানি রাখৈল্লবনি
মুম অমুক্কং খম্ব বযু!
ওসি তৌরিব অপুম্ব উবিরে তাবিরে
মাসিদ ইবুঙোগী পুক্লীং অমত্তংদি
মজাইবেমগী মকমদা খঙহল্লনিংই।

খোইবী—[ শোক্কব ] খম্মোই খাওভ, ভাহাক্ত ভাইখো ;
নংন নিংলিবত্ত সেম্নুন হাঈরক্লে।

খম্ব— ঐ নিপা অমনি, থুমন শাগৈদ পোকপনি।
সতীগী ধর্ম্ম, সতীগী পুক্লীং ভাক্লনব
ঐগী থরাই ঐগী হকচাং ঐহাক্তী লৈজব
পুম্নমক য়োল্লবনি, মরমসিন ইবেমা!
নিংথৌ মচাম্নুপীগী স্নাপুক্লীং রাইশংহন্নু,
ঐন লৈরিভৈদ চিংনপরৈ হুকহনগন্নু!

খোইবী [ শোক্কব ] কাম কৌব লাইহুন খম্মোইদ মৈশা লাংহল্লে
কাম নহাক্ল অমুক অই'ব ঈরা খিকপিরে।

খম্ব— হৌজিক্তি খংলসি হাঈদোক্লো ইবেমা!
থুমন কনানো সনাগী পুক্লীংন তারিবা?

লাইবককব নিপা'দো অত্থু তাম্ন চৎলুগে
নিংথৌগী মচান্নপীগী স্নাপুক্সীং তমলুগে,
খম্ব ঐগী পাঙ্গম্ন য়ুমসি তাম্ন পুবক্কে
তৌরগেনে থৌরাংদো স্নাপুক্সীং থু'নব।

সেম্ন— থৌরাং'দি তৌবিয়ু ৱাদি কোইথোকপিগন্ন
মকোক মতোন পুম্নমক লোইন মুম্ন খংলগ
অমুক ইনৌ নোন ৱাইগ জবান তৌবিরম্নু।

খম্ব— ৱাঙাং হৈনৌ ইবেমা, ৱা কবিগী নৌগনি ?
ৱাগী ৱা অওইবগী অওইব হাঙ্গৈবতনি।
অমুকস্নু হাঙ্গৈরি ঐ মজাইবেমগীনি,
মজাইবেমগী ৱাশক থুংনবা হোৎনবদ
ঐগী থরাই হকচাংসে পাম্মুদ্রব ঐহাকনি।
অপনব অয়েৎপন চামথোক্ল লাকসন্ন
পাম্বোমতগী পাঙ্গন্ন লোইন মাযোক য়াত্থনা
সতীগী অরংব মিংচৎ তাইবংপান ফাওহৎংগ।
অত্থুন হাঙ্গয়ু ইবেমা, হৌজিক্কি তারসি
থুমন শাগৈ অসিগী ক'া লাইবক ফবনো ?
হৌজিকমক মহাক্কী মদাইরেম য়ৌন চত্তুন
সতীগী পুক্সীং কোংলুগে, ঐ অসি-মক্তন
থুংন অশেংব পুরেনবগী ঈ ওহৎবদি,
মহাকপু মকম অসিদ পুরক্তুন
মজাইবেমগী য়েত্ত ফমহল্লগে।

সেম্ন— ইবুঙো মুপীমচানি ঐথোইদি
কিশি চন্ন ৱা ঙাংবিগন্নু
খোংস্নু ৱাৱোই পাঙ্গনস্নু তিংলোই

মশক থোইদোকপ তাকনিংঙাইস্থ লৈতে
অসিরাইদ 'স্থম লৈ থোইনস্থ লাপ্তে।
নিপা ওইবগ মুপী ওইবীগ
য়াথং পরৈ থোক্লবদ
নিপানা ওম্ব মাশন্নি।
অহুদি ওইবগ ইবুঙোন
হাঙ্গৈরিব পুম্নমক লোইন অর্থ থংজ
পেন্দবগী রাতনি।

খম্ব— অহুদি, কনি হাঙ্গৈরগ পেনগনি?

সেম্ব— পেনগদবদি ইবুঙোস্থ মথংলিবনি।
অশেংবদো থুপতুন থম্বিরম্ব;
মযেক আনতন লোইথোকপ য়াব রাকমবু
পুংশণ এরানিপাম্মুক চাউহন্দুন ঙাংবন
ইবুঙোগীস্থ মতম শিংকনি,
ইবেমগীস্থ ঙাইব রাগনি।
মুপীরক্ত সতা লক্ষ্মী অশেংবী
নিংথৌগী মচানুপী ইবেমা থোইবীগী
তিংন সেংলব থম্মোইগী অশেংব মন্দিরদ
প্রেমগী আসন পাক্ন থাহুন
ইবুঙে নংবু ঈড়াচ্ছগে হাঙ্গৈন
অসি তান্ন ইবেমন লাকই।
মাসিদ ইবুঙোন করি নিংবিরি,
ইবেমন নিজরিব প্রেমগী ভিক্ষা
হাপ্লিগত্রা, হাপ্লিরোইত্রা?
অনিসিদ শম্পৎন হাঙ্গৈবিয়ু।

খোইবী— সেন্নু চিঙ্খিবী।
কা হেন্না ঙা ঙাংগনু,
মীগী পুক্নীং নং কবম্না খংই।
নংন নিংলিবহু মীসু নিংগনি খনবরা?

সেন্নু— চিঙ্খিরবসু থিজগে কা হেন্নবসু হেঙ্গগে,
ঐগী ইথৌ লোইরগা লোইরে।

খম্ব—[ নোকুন ] সনাইবেমা!
ননাইবু চিঙ্খিবী কৌবিগনুদা,
ঐগী পুক্নীং খংবী শিংলবী সেন্নুনে।
মপোক চামচুপ্ন তোপ তৌহুনসু
ফংলরোইদৌব তম্ফাখুদোপ য়াইয়োইববু
ঙসি নিরুদন খম্বদ লাম্থোক্লক্লি।
মাহুবু তঙ্গুপ তরাইন লৌবদ
মতিক চাই চাদগী রাতনি।

সেন্নু— অমুকসু চিংনবিরিব্রা ইবুঙো?

খম্ব— চিংনব নস্তে শকহেনবী।
ঐদি অচম্বনি, কাংথখাংগী ফর্দিনি,
ঐগুম্বন নিংথৌগী মচানুপীগী
মথুৎ লামগে নিংবাদ
থিরেম্বন থা লাম্ব তাগনি অসিনি।

সেন্নু— কদাইদগী ইবুঙোগী রাদো লাক্লে,
ভুরেন অচৌবন সমক্র থাদোকুন
কদৌঙৈদসু মহাকী অচোব ইরেন্দো
লমখাংদ নায়ক মাংহনব হৌনদে।

ইবুঙোগ ইবেমগ অনিন তিনবদি
শিবগ দূর্গাগ, ইন্দ্রগ শচীগ
কামগ রতিগ লৈমিন্নবগুম্বনি।
খম্ব—[শোঙব] চুম্মি ইতিক ইপা চপচাবনি ;
পুরেনবগী মচা খম্ব ঐহাক্না
মোইরাং থোইবীগী মবুঙো ওইদনদি
শাবী কনান খম্বগী ওইদ কম্নগদগে?
লমহুইগী মকোন্দ নোংশা অমোম্ন চঙঙ দে,
ঐগুম্বতগী মকমদ থোইবীন লাকদবনি।
[কোংন] ইবেমা? মুঙাইদ নরাহৈ অচু তাবদ
খওঙ, ঙসি মুমিৎ অসিদগী হৌরগ্নন
মঙা ইবেমগী দমক খম্ব ঐ লৈরে।
ইবেমন নিংলিব ইবেমন পাম্লিব
পুন্নমক থোইদিংমখাই অম কাওব তাহল্লোই,
থকখাগী নোংথাং অনিন চিংশিন্নরকপদ
মরক থদৎকে হোৎনব উৎ ওইগদবান।
[খমনু চংলকপ অমসুং ইওক ঙক্ন লেপ্ন লৈবা]
সেনু - কবিগী ঙক্তি লাইবক কবি।
আদো খুমল্লাকপ লাইনিংথৌন
মুত্তি ওইন চোংথোকপিন্নক্লে।
সনা ইবেমন বন্ন কয়া নিজয়ে,
লাইনিংথৌন লোইন থুংহনবিবে।
খুমল্লাকপ লাইগনু অরুব লাইনি,
ইবুঙো মহাকন মহি ময়াই চমথ্রবদি
থোহবীগী লোইন্নবনি খওঙ।

খমনু— ইস, করি য়ানো অসিদে
তাবদ য়ামন ওক্লে।

সেনু— ওকনুদা ওকনুদা ঐনা হাঙ্গৈবদ লৌ।
হৌজিক্তি মতম থেংলক্লে
মপা ইবুঙোগী সেবা কাল ওইরে,
লৈহৌরো লাইনিংথোগী সেবা কন্ন তৌহৌরো।
ইবেমা; লেংলসি তাংলোসে য়াঙ্গৈখরে!

থোইবী— ইনমা চচ্চরে য়ারোবিগনু,
ইবুঙো. মঙ্গল পিনবিয়ু
ভক্তিগী লম তাকপিয়ু।

[ খুরুমহুন থোকখিব, খম্ব খমনু য়েংহুন লৈহৌব ]

খমনু— ইহুনিংথৌ চেকশিন্ন লৈয়ু,
ইচেদি য়াইদা।

খম্ব— য়াগরুনু ইচে
মতম হাঙ্গৈবসে পুন্নমক মান্নদবনি।
ঐখোইগীসু মতম লাক্লে,
মুঙাইবগী য়ুগ থোরক্লে,
মুঙাইনহুম লৈবিয়ু।
ওসি চান থকনবহুম থিবিরক্রো।

খমনু— করে ইচে থিরুরগে
য়ুম নিংথিন শংলম্মু।

[ অনিমক থাইনন থোকখি ]

## ভশুবা উৎপ

### মুমিদাংরাই – লম্বী

[ থোইবী সেন্নু চংলকপ ]

থোইবী-- অচানবী ! ভসি ঐগী মুংভাইব মুমিংনি
ঐহাক্ন নিংজন্নবগ মহাক্ন নিংবিরম্বগ
অনিমক চপ চুনন থোক্লমে
অসিদগী মুংভাইব ঐগী করি লৈগনি ?

সেন্নু— নিংবগ নিংবগ ভিন্নব
মহৌশাগী নিয়মনি ;
মুংশিবদি মুংশিবন লম্মন থুমগনি ।
সভীগী লংলব থম্মোইবু
লৌজরো হাঙন কথোকপদ
কনান মাঙৈ লৈহ্নন চেনগনি ?

থোইবী— য়েভভু ঐগী য়ুমদগী থাউমৈ অসে,
মুমিৎ খুদিংদগী ভসিন
কয়া হেন্না ভাল্লিবা !
মহাকী মভাল্লসে মহৌশাদগী
কয়া লাপ্ন চংলিবা !

সেন্নু— মীগা পুক্নীংন মুভাইরবদ
য়েংলিব পুন্নমক ফজগনি,
উরিব পুন্নমক নিংথিগনি !
ইবেমন থম্মোই মকারাম্ন
খুমন য়ুমদগী হল্লকপদ

সনাসঙ্গাইগী থাংমৈন
লৈজব শক্তি পুথোকতুন
ইবেমবু ওকে হোৎনজবনি।

থোইবী— ইতা! য়ুম অত্থুদগী
খোং অসি হেক থাংদোরকপদ
করিনো উদব পোৎলুম অমন
ঐগীতুংদ ঐবু কয় য়ুমথু তায়
লারু লারু চিহৌইনে।

সেন্থু— মহাক্কীসু অত্থুনি,
ইবেমন হেক লেংথোরকপদ
মহাক্কী হকচাংদ লৈহৌই
মিৎয়েং থম্মোই পুক্লীংদি
ইবেমবু ইময়ক্লিবনি।

থোইবী—[ মপান্দ য়েংতুন ] য়েঙঙু, য়েঙঙু, অসিদগীসে
ইপু নোংথোল নত্রা?
কদাইদা লাক্লিবনো?

সেন্থু - মানি ইপুনি।

[ নোংথোম্ব চংলকপ ]

নোংথোল—হাইমা! মপু-মনাইদি কদোমদগীনো?

থোইবী— ইপু! ইপুখোইদি অচৌবনি হাঈদুনে
হয় করি য়েংদন মুঙাইবগী নাপন্দ
ময়াই কাহুন লৈরিঙৈদ
মোইরাং অসে মতোমতন
নাম য়াহুন পুরম্ব

মতম কুইনগী থুপপ্রব
অঙগ্ন অমগী ইমুংদো
মাংখিবতারে হাঙ্গৈত্তন
অত্তুক য়েংব চচ্চরুই।
ইপুখোইদি তৌবিমল খংখিত্রে।
ওম্ব্রোরুস্সু কাউগনপ্রে।
খনবিয়্যু ইপুখোইবু
কনাগী মপাম্ন পাঙ্গহৌবনো?

নোংথোল—[ শোঙ্গব ]নিংথৌগী মচাম্নুপীগী ম্রাতা'সিদে।
পুরেনববুনিসে মহাক্ন হাঙ্গৈরিবসে।
কয়ম্নস্মু নুপীমচা মহাক্ন
মরি মখোং'স্নুক নিংথিন খংলুরিবনো!
[ কোংন ] মপু-মনাইবু পুরেনবগী য়ুমদ লেংলুরিত্রা?

থোইবী— হোই ইপু চচ্চরুই।
পিতং পাতংপ অনিন।
মোইরাং লৈপাক পুম্বগী
অকাউ চৈরেন থুমত্তন
লাঙ্গৈর চৈনাখোল থাংত্তন
মচি অমদ তৎত্তুনা লৈরি।
নিংথৌনস্মু খংবিত্রে
অঙম্বনস্মু কাউবিপ্রে,
ঐতন লাইগী নোংদমদগী
মখোই'নিবু থেংনরুরে।
নিংথৌগী অঙম্বগী মচানি

ঐন নিংথৌগী মচানি,
নিংথৌগী মচা ঐন লৈরিঙৈদ
নিংথৌগী অঙম্বগী মচান
লেম্ন মাংবদি য়ারোই।

নোংথোল সনাগী রাহু তাবদ
ইপুদি ইকাইদ সনাহল
অতুবু গ্রহগী খো'লৈন
অসুম থোকউ হাঙ্গবগী
মখোই অনিন নংলুবনি।
মোইরাংদ থোংলেন নোংথোম্বন পারিঙৈদ
পুরেনবন পোক্লম্ব মচাশিংন
নংউ হাঙ্গবদি বিধিগী কলম্ন য়েক্লমখ্রনি।
অতুবু লাইগী নোংদম হাঙ্গবাস অঙকপনি,
ঙসি হয়েং মযাম্ন মথং মথং ননখিত্নন
অঙাংশিং অতুগা মরমদ,
নিংথৌগী থৌন যান্নব
লৈপাক্কী ভারন লুন্নব
থোংলেন নোংথোম্বন কাউখিবনি।
হৌজিক্তি মহৌশাগী অরাবা কোক্লে.
থোংলেম্ন মখোইবু নিংশিংলে
নোংথোম্ন মখোইবু থিরক্লে,
নিংথৌগী মচাম্নুপীন মখোইবু থংলক্লে;
মখোইগী মকমদা চংলম্বা রাহু
নোংম নোংমগী মরাই চাইরক্লে।

থোইবী— মথোই অনি লৈ
অমন নিপ'নি অমন নুপীনি,
নুপীন অহম্নি কজশ্রেদ মাইথোংদো
থরাম্বাগী থামৈদ চাংজো চোনব পুথ্রীদ
মকাফম শাচ্চব নোংঙ্মাশদাই থরোগুম্মি।
চহি মতা যৌরক্লে থাজ য়েঙ্গ য়ারক্লে—
নোংথোল—থাজ-য়েঙ্গ মতম যৌরক্লে! কুইরে ইবেমা
মহাকপু থাজখিবদি।
থোইবী— কনাদনো কনাদনো ইপু?
মহাক্কি মপামদ অচুম্মক লৈহৌই!
নোংথোল লৈগ ন ইবেমা, চিন্নত থাজরম্বনি মপান;
রারী লিগে তাও, অচৈও শরমদাইদ পুরেনবন
খম্ব খমনু অনিবু নপু শংদ শিন্নবদ
খমনুবু নবুং কৈরোইজাম্বগী সতী তালোই ওইনব
নোংথোল এরোন্দ পিরম্ব'ননে।
সেনু— কৈরোইজাম্বগী তালোই। হে হরি!
নুঙাইজরেদ। মনমা খমনু শকহেনবীন
কৈরোইজাম্বগী তালোই অঙোম অঙম্বগী মমৌ
স্নাইবেমন খুমন অমুদোন নোংয়াইগী—
থোইবী— চরোদহাই, চাম্বিবী!
মাসি পঙাংত-মঙাংই।
খংলে ইপু নুঙাইরে।
তাদ কৈরোইজাম্বগী দমক
সতীধর্ম্ম কাইদবী চংখোনবী

নমৌ অম কংবদ, ওস্থোয় মুংঙাইরে
থোইবী ঐনা থৌবু ওইহুনা।
অনিগী লুহোং কুম্মেন লোমগে,
চামন খুজিং ওঈহুন
খুমন নিঙোলগী অউনপোৎ লাংগে।
ইপু লেংবিরো, কদোমদনো
ইপুন য়োগদবদে?

নোংথোল—নপুস্থ খুমন মমুমদনি,
অনিদো কমদোরিবগে
য়েংগে লাকপনি

থোইবী— মুঙাইবেদা, য়েংবিরু ইপু,
ওস্থোয়া পিজা পিনৌনা লৈহৌব ন অনিদো।

( থোইবী সেম্ব থোকখিবা )

মোংথোল—উম, মুঙাইদ হে থাংজিং।
খংলে নিংথৌ মচাম্বপীগী পুক্লৌং,
নোংথোলগী লৌশিংন লাম্ব কংদব
কেগে কনাগী পাখোং লৈব হৌনদে।
মুঙাইরেদনা থাংজিংগী লীলাসে,
শেম্মু লাইনিংথৌ নংগী লৈকোনগী লৈরাংনি
লেংবিমু পরেং চুম্ব ফুগাইন শাৎহন্নু।
মুপী মরক্ত শজিক-থবাগুদ্বী থোইবীনি,
নিপা মরক্তা মুমিৎকুম লংলব খম্বনি,
অনিচৎপা সংসারদ যুচ্চাব পুংবানি।

থোকখিব ]

# অনিশুবা তাঙ্কক

## ১বা থৌংপা

। মুংথল—দরবারশং ।

[ নিংথৌগী সিংহাসন্ন মযাইদ অকে'ইবদ অওম অথৌশিংগী আসন থাদুন লৈবন্ন, ভাহাক লৈবগ নাইজহনবগ লোইনন চিংখুব যুবরাজ চংলকপা ।

যুবরাজ— ঙসি অসিদি খরু ঙল্লমাল্লেনা।
নাইজহনব !

নাইজহনব—অজ্ঞা, মনাও ইবুঙো !
খব ঙম্মক থোক্রমাল্লে ।

যুবরাজ— অদুদি না'ইজহনব !
য়াম্মুং মহারাজন্ম লেঞ্চৎলক্ত্রি
অঙ্গ অথৌ মযামন্ত তিনজ্রি,
তাঙ্কক অসিদ রা অম নিদ
তুক ভাংনহৌদব য়াদে ।

নাইজহনব অজ্ঞা স্ব'পুক্লীং মতুং ইন্ন
তাকপিনিংব পুন্নমক তাকপিয়ু ।

যুবরাজ হাইয়ু তাসি অচানব !
কেগে মোঙ্গাং লৈকোইবুংদ
যুবরাজ ঐগা ইনিং ককপ ঙম্ব
অঙম্ব কনা লৈরিবগে ?
য়াম্মুং মহারাজদি নিংথৌনি
নিংথৌদি হায়রুবা য়াদে।

*নাইজহনব—মিৎন উচ্চন খংলবা পোৎপু*

'চম্ন অমুক শন্দোক্ল বগী
কান্নবাদ ননাইদি উজ্জদে
অত্নমকপু স্নাযাথংদি হিক্কোকফদে,
মোইরাং লৈবাক্সি ন াম্বু গীনি
নযাম্বুংগী মপাব অম শাত্রে
মমোম অমত্তস্থ পোমত্রেদো।
যুবরাজ ইবুঙো নত্তন
মখাদ নাউপোন অমস্থ তাত্রেদে
মরম খিবিকসি যেংলুগ
নয়াম্বুং ইবুঙোগী স্না হাক্তক
ননংতৌন পানবদ যেৎলগদব
কেগেদ কনা পোক্লিবগে?

যুবরাজ— পোক্কে খংই।
হযেং াম্বুন থুপত্রগ
ঐন নিংথৌগী থুবম ক্ষ বদ
য়েৎলগদবন কনানো?
মাহুম খন্নহৌব য়াহদো।

নাইজহনব—য়েৎপিনবদি অজ্ঞা।
কেগে মম্নুংদ কনাস্থ লৈতে।
অত্থদ ওইরগ নিংথৌ ওইানংদবদি
তাইবং কনাস্থ লৈতে।
মরম অসিন মনাও ইবুঙোন
হৌজিক্তগী হৌন থুকউ শেনবিগদবনি

যুবরাজ— চুম্মি তমুম
ঐন অহিং সুংখিন কাংগন
খন্নুনত লৈরিবদি মাহুৎনি।
কুইত্রে য়াম্বুং অহল ওইরক্লে,
মাসিদ ঐন নিঙাইদনা লৈথোকপ য়াক্তে।
মরম'সিন অচানব মুম্ন তাও,
কেগে লৈপাক্কী অণ্ডম্বগী মরক্ত
অঙোম নিংথৌ হাঙ্গৈরিবসে
লন্দ পাঙ্গল লৌশিংদ
অণ্ডম্ব অমন পাকহেনব য়ারোই,
মরল যেংলে নিংথৌগী লনগৈন হেন্দে,
পাঙ্গনদ মচা কোংযাম্বগ পাবিনব
মোইরাং পাখং মরুক্ত লৈতেদো।
মখোইসিবু ঙাইশেন ওইশিন্দুন
থক্কোবদি অশিংবগী থবক্তি।
মরম অহুন নাইজহনব,
ঐগী ইমোম লাংলেন থোইবীসে
কোংয়াম্বদ পিথোকপ্রগেনে ?
নাইজহনবা—স্নাপুক্নীং রাখল ওম্বোক্ত চুমত্রে,
শাগৈদ অঙোম্নি শক্ত নোংবাম্নি
মহাক নত্তন কেগে লৈকোইবুংদ
নিংথৌগী মক্সাক ওইবিনবদি কনা লৈ ?
অহুগ ননাই নোংবানাসমক্ত
সনাচরণ খাদ কুণ্ডরকপ
চহি কুমজাশিং য়াম্নক্রে,

মাহুমক্তু য়েংলবস্তু
নমোমদি মান ফংজবন মচুম্মি
মাগী রা ডাংনরিবৈ-মক্তদ
ননাই নোংবানস্তু কারল্লে ! নোংবান চংলকপ ।

যুবরাজ— তল্লুম নোংবান !

নোংবান— অল্লা, ঐবু লোইব লৈমাব । থুরুপ ।

যুবরাজ— সুপ্তাইদা, কম্মু রা হাঙীগে তাও
কেগে থাংজিং হরাউগদৌরেদো
অসিদ হন্দক্তি চোপ্প য়াদে
নোংবান নংন লৈ লাংলকপ
মুক্কা থারকপ লমজেন থোইরকপ
চহি কুময়োন মশিং হাম্নকলে ।
হন্দকস্তু শাজেন কল্লু অতো.
হন্দক্কী আসম নমাই পাকচরবদি
শোঙীদন নিংথৌগী মনা চাওহনগে,
থামেনচৎপ শেৎহনগে লমথাং থুল্লক য়েৎহনগে
পজেং ফিরান থেৎহনগে দোলাই ফৈন তোংহনগে
মাহু হেনব মনাস্তু যুবরাজ ঐন পিগে ।

নোংবান— অল্লা, ননাইদি করিস্তু লৈতবনি
যুবরাজ স্নাপুল্লাংন য়াবিবতন
ননাইন ইমান্নব মরক তিঞ্জবতনি ।

( অওম্বশিং মথং মথং কারকপ, ভুংদ পুংশেল থাংতাগী থৌগনদ লোইনন নিংথৌ কারকপ ।)

নিংথৌ— শানৌ যুবরাজন চিংহুন
কেগেগী অওম্ব তিল্লল্লে ।

ঐনা খর থেংহুন সভাবু ঙাইহল্লে,
রারোগন্নুকো সভাপুম্ব। [ আসন্দ ফম্ব ]

ময়াম— অজ্ঞা ননাই ঐখোইদি
শ্রীযুৎকী স্নাথোগল ফংলোইজ্রা খঙবতনি,
মহারাজ ইবুঙোগী নিংথিব স্না মাঙ্গৈথোংদো
দর্শন তৌব ফংজব অসিদ
পোকপগী মহৈ য়াল্লে নিংজরি ;

নিংথৌ— অঙম্বশিংন ঐবু লুন নিংবিব অসিদ
ঐ ওম্থোক্ল মুঙাইরে

যুবরাজ— [ ঙাহাক লৈরগ ] মহারাজ স্নাচরন্দ রা হঙ্গচ্চগে,
অঙম অথৌ পুন্নমকস্থ তাবিয়্।
তিল্লিব মীশকস্থ থোইদোকপ রাজে
অমদি নিংথৌন সিংহাসন্দ লেখৎলবদ
অথেংব মীবু ঙাইহুন লৈবস্থ
রাজব্যবস্থার হৌনবী কাঙ্গৈরে।
মরম অসিন ঙসি সভাগী
থবক হোরসি হাঙ্গৈববু
ময়াম্ন করি খনবিরিবা ?

ঃব অঙম্ব—চুম্মি চুম্মি,
যুবরাজ স্না স্নাথং তাকপিব য়াম্ন চুম্মি।
হৌন[illegible] নিংথৌ লেখৎলবদ
সভাগ[illegible] থবক পলহৈজে।

নিংথৌ— [ কোয়েং য়েংহুন ] ইনাও ইবুংঙো যুবরাজ,
তপথখো, সভা'পুম্বস্থ খম্থবিখো।

ঙসি তিল্লিব অঙম অথৌশিং
কনদি য়াম্লে, অহুম্নদি ওইরগ
অহনসু ওইবব চাউসু চাউবব
অঙম্ব অনিগী কমফমদি হাংলি।
অনিসিবু ভাইহাক্তুং ভাইদনদি
কনম্ন দরবার হৌগৎসিগে ?
মখোই'নিন হেকমক মকারক্রুবদ
ঙসি খম্নগদব'পুম্ব য়ৈথোক্লুন
সভা ফম্বসি তোকপ চুম্বমাম্লে;
অসুম্ন খল্লি নিংথৌ ঐহাক্তি।
অঙম্বশিংগী করি মত লৈব
মাহুসু হাঙ্গদোকপিব পামজৈ।

২ব অঙম্ব—মহারাজ স্নাবুদ্ধি তৌরকপ,
ননাই'খোই ওস্থোক্ল মুঙাঙ্গজম্বে
পাঙ্গল'খোইব খোংলেন সেনাপতি
য়াখল্লুব চাউব নোংথোম্ব,
অনি অসি য়াওদব মুমিত্ত
মোইরাং রাজদরবার মপুং ফাদবনি।

যুবরাজ— ননাই ঐহাকসু খংজৈ,
খোংলেন চাউব অনি য়াওদন
মোঙ্গরাংগী অচৌব য়া লোইব য়াদে।
অহুম্নদি ওইহিক্লগ ইনিংথৌ।
মখোইন পংচাউ-মচাউথোকপদি য়াবরদো ?
মখোইবু কল্লি শিঙঙ্গ হাঙ্গহুন
লাক্লিংব মতম নাইদন লাক

কানিংব মতম থিদন কা,
মনিং পংতম মতম্বদি
নিংথৌগী কাদ চুমহিকপরা ?

নোংবান— মনাও ইবুঙো যুবরাজন তাকপিরিবসি,
রাজব্যবহারগী হৌনবা থিরবদি
অমুক খন্ননিঙাই লৈত্রবোই নীংঙৈ।
মন্ত্রী সেনাপতি অনিমক অসি
অহল ওইরহ্নন বুদ্ধিস্ম চোইরক্রে।
অদুন মখোইবু থবক্তা পোথাহন্দুন
নহারোল ঐখোইন থৌ পুবন
থৌরম পুম্ন পাংব হেল্লনি।

থব অঙম—চুম্মিদ সেল্লুংব,
থবক পুম্নমক্ত মখোইবু ঙাইহন
লৈরকপসি ঐখোইদি খাংব রারে।

কৈরোইজাম্ব—সভান খন্নবিরিব অসিদ
হংজনিংব রা খরদং লৈজরে,
মন্ত্রী সেনাপতি অনি অসিন
মকম থাদোকপ্রবদ মখোইন পুরম্ব
থৌ পুবঙম্ব অকনব অশিংব কনানো।

নোংবান— মোঙ্গৈরাংগী অকনব রাংলোই,
কেগেগী অশিংব মশিং তারোই।
ঐ অসিমক ইতোম্মগী পাঙ্গম
নিংথৌ মচিন মনাওগী থৌগন
লাঙ্গৈন শান তৌব ঙমগনি নিঙিঙ।

কৈরোইজাম্ব—নাপল তৌগম্নদা অঙাং
ইনাওবুদি য়াম্বন কয়া থোশাদে
নংবু উশিত্তব মীদি মোঈরাংদ
মশিং লাকণ্ডমদন লৈরি।

চিংখুবা— কা হেন্ন রা ঙাংগন্নু কৈরোইজাম্ব,
মকম অসি শান্নবুং নত্তে বাজসভানি।

কৈরোইজাম্ব—অজ্ঞা ননাই ঐহাক খজৈ,
নিংথৌগী মাংদ করন্ন রা ঙাংব
নোংথোম্বগী মচান খংদব হৌনদে
কা হেন্না রা ঙাংবদি ননাই নোংবান্নি
মাগুম্বা ঈশিংদ লৈব ঙান
মনা মনিন নাইব শাব্রক্ন
অহল ওইরব চাউস্নু চাউর্নব
মন্ত্রী সেনাপতিগী মকমবু
ঐহাক্ন পুর্গান হাঈরিব মচিনসে
সনামাংদ খুদৈন তৈথোকপিহ্নগদবনি।

যুবরাজ—[ করেম্নন ] নপা শোকই হাঈদ্রন
শাওরবরনে অঙাং, পাঙল থিদে লৌশিং থিদে
নিংথৌগী থবক্ত শোঈবমীদো মতিক চাদবনি.
মাবু ঙাংবদ মীশক খন্নিঙাই লৈতে।
নংগী নপাদো লৌশিং চাউই, ঐ খঙিত্ত
থোংলেন হাঈবদো পাঙল কল্লি, ঐ য়াই,
তৌইগুম্বস্নুং নিংথৌগী থৌদা শোঈরবনিন
মখোইবু লৌখৎপ য়াব নত্তে।
অমহিকস্নুং ঐ অসিবু কনানো খংবরা?

ইয়াম্বন নিংথৌনি ঐন যুবরাজনি।
মোঈরাং অসে ইচিন-ঈনাউগী লৈপাক্তি
ঐন তৌব ওমদব মোঈরাংদ করি লৈ ?
থোংলেন চাম, নোংথোল চামগী মকম লৌথোকপ
ওম্ব যুবরাজ ঐ নত্রা ?

[মতম অসিদ থোংলেম্ন ইফিং ফিংন চংলকই, নোংথোম্ন মাবু কোন্দুন খাম্ন খাম্ন চংলকই—খম্ব থমনুন ভুদ ঈল্লকঈ।]

থোংলেন— ভুংদদি কাম্নরোই মনাও ইবুঙো,
ঈভুংদ ঙাংবিবনদি থবক ওঈরোঈ।
ননাই ঐখোঈ লাকচরে সনামাংদা থুঙওরে,
তাউথবিরো য়াথংদো লৌথোকপরো ননাইবু
ননাই কৈরোইজাম্বদি অঙাংমচা পিশক্তি,
মাঙোম্দ নাপন উৎপন নিংথৌগী মনাউগী
লেম্মিঙাঈ থোইন লৈরোই, ননাই ঐহাক অসে
সনামাংদ লেপচরে হাঈদোকপিরকউ অহুক
ইপুথোংলেন নং তোক্লো হাঈবদো!

[যুবরাজ মরু লুকপ]

ছিঃ করিনো মনিংতৌরব যুবরাজন
মরাল লৈরব থোংলেনগ মায়োক্নন
রা অমকাউ ঙাংব ওমদব আসদি
লৈপাক কুম্মৈ ওইরেনা মনাও ইবুঙো।
কদাই নোংবান কৌব অথৌবন কদাই ?
য়াম্ন কল্লি হাঈবদাই অহুক থোরকউ,
সে নোংবান নংন ওম্নবদি সত্যন খংসম্ন
চুম্নত অমুক্ত লেপ্লোরাও মাহুতবুনে

নোংবান নংন ওম্লবদি সত্যান খংসনু
থোংলেন ঐগী ইকমসে নত্তোন্দ মপিরগে ;
মাতুদ রা'ম ভাংলব বেনা-শারা তৌব
মীদো, থোংলেনগী অনিশুব থাক্কী
চৈনা খংদন স্বর্গ কাহনগে (নোংব'ন লৈঙুন খাংব)

নোংথোল—ইতাও নংবু কিংম'ল্লনে হাই,
স্নামাং য়ৌরে হাঙ্গীব কাউবরা নংবো

থোংলেন স্নামাংদান খত্তিও,
স্ন'মাংদ ঐগী ইতুংদ
ঐবু থিন ভাংবদি য়াবরদো ইতাও !
ঐ লাক্লগ ইতিক থোকপ তৌবিয়ু
অতুদি নত্তন মী মহা অমনস্থ
ঐবু পওক্তাং ভাংব নাতুদ মনাও ইবুঙোনস্থ
হেক মতোংবিব ঐহাক্ত য়ারোহ,
অতুন হাঙ্গৈরিব অর্সিনি, মনাও ইবুঙো খংদে
অমস্থ খংদে, থোংলেনবু কম তাহনগদব
কনানো চোংথোকপিরক্লো হৌজিকসিদ।

নোংথোল—কা হেমল্লেনে অকিংব নংবো,
রাগী রা থোকপ লাকান।
নিংথৌ থুরুস্মুখিসি লাওনে
হুঙ্গংলগ কোম বিচার লাকনি।

থোংলেন— চংলু হুঙ্গংলুচো য়ুম্বিদ,
খওও নোংথোয়! ঐ তাকপিগে
উকংন শাব লাই রা ভাংলবনিকো।

নিংথৌ— ইপু থোংলেন, ইপু নোংথোল!
অওব অনিমক, চংশিন্নকথো ইনাক্ত

শাওঁখিগনো করিগী অত্থক কিংবগে।
নখোই অনিগী নপাম্ন কেগেদ ঐনা পানবনি
নখোই অনিন ঐবু থাদোকপিরবদি
য়েক্লবগী মথুওগী নিংথৌ ঐবু কনবিনব
অঙম্ব কনা লৈবগেনে ?

থোংলেন— চৎলু ইতাও নোংথোম্ব,
নিংথৌগী সনা য়াথং কৌরকলি,
চৎলু খুরুম্মু চৎলু,
ঐদি কম তারে চংবা য়াত্রে।
কদাই ইচাশা লাও ইপাগী নাক্ত।

[ খম্ব খমমুবু কোন্দুন লৈব ]

নোংথোল—[ চংশিন্দুন খুরম্ব ] লাইনিংথৌ।
ওসি হাঈব মুমিৎ'সিদ ননাই ইপুন
স্নামাংদ থোগল্লোন কাঈব ঙাকপিয়ু;
ননাই আনদি কারুগুম্ব মরম অমদগী
স্না থৌগল তৌবদ খরখিৎ থেংদোকম্রে;
ননাইান খনবিরগ ঙাকপিয়ু ইনিংথৌ।
ননাই'খোইন স্নামাং য়োরক্লিঙৈদ
ননাই নোংবাম্ন হোদোক্লন ননাও ইবুঙোন
ননাইখোইগী কম্বু শিন্দোকপিরম্নমাক্সে।
ননাও ইবুঙোগী য়াথং মঙুং ইম্ন
ননাই'খোইবু তোকচল্লোরা
তাউথবিরো স্না নোংদম অরোইব
ননাই থোংলেন্দি মকম লৌথোকম্রে হাঈছুন
স্নামাংদ চংসি য়াদরে ইনিংথৌ।

নিংথৌ— মন্ত্রি ! লৌশিং চাউব অওম্ব !
করিরানো হাঙ্গৈরিব অহুবো ?
রাখল থেনব ঐগী ইনাওন
নখোইবু লৌথোকপ ওম্ববা ?
য়ুম্বুন য়ুমতাংববু তাম্থোকপদি ওম্মি
য়ুমতাংবন য়ুম্বুবুদি করম্ন তাম্থোক্কনি ?
ঐদি নখোইগী নপান তাংবনি,
ঐনা নিংথৌ ওইজব নখোইগী নপান্ননি ।
লাও ইপু সেনাপতি থেমজল্লুসি !

[ সিংহাসনদগী কুমথহুন থোংলেন্দ ]

ইপু থোংলেন ! মোইরাংগী অথৌব !
নিংথৌ ঐন ফিগাও শাহুন
নংগী নকমদ চংজরি,
রাখংদব ঐগী ইনাওন
নংগী নকমদ লানথিব
ঐবু য়েংহুন অমুক্ত লৌথৎপিয়ু ।

থোংলে— আঃ মোইরাং নিংথৌ ননাইগী পুক্লীংসে
ওসিদি খিত্তং নৌইদ ইনিংথৌ ।
ননাইন নংগী থৌগল তৌরকপসি
চহি কুমজাশিং য়াম্লক্লে ।
অম্তক কুইরব অসিদ
থোংলেন ঐবু থিন ওাংনব
ইনাকোং অসিন তাখিদরি ।
ওসিদি ইনিংথৌ নংগী স্নামাংদ

ননাও ইবুঙোন ঐবু তথি তথি হাঈরম্ব,
থরাই অসি লৈব য়াথিত্রেদা !

নিংথৌ— নত্তন থংদত্নন তৌবনি ইপু।
রারোগনু নত্তবু লাক্লে হাঈহনগে।

[যুবরাজদ] শানৌতোন ! লাউ চংলকউ,
নংন ঙসি লাইল্লেদব মকমদ
খোনকম হেঙ্গিন্ন ঙাংখিব,
রাঙাং কত্তব শুখিব,
মাতুঁ্গী অচৌব দোষদো
নিংথৌ ঐন ঙাকপিব ওমদে।
তোঃ মংম অত্নন ঙসি,
ইপু থোংলেনগী মকমদ
লাক্লে হাঈন তুজহৌ,
নজ্রবদি নংগী অমাংব নত্তন
অকব লৈররোইবনি।

[ যূবরাজ চংলক্‌ন থোংলেন্দ নোঞব ]

যুবরাজ— ইপু !     [ রা ঙাংখিদব ]

থোংলেন— থংবরদো মনাও ইবুঙো !
ইপুসে মোঈরাংদ চাউন পানবনি।
থোংলেন ঐঙোন্দ লংনব মীতুদি,
উরিংন খুমুখরংদ শিংবগুম
লশিং-তেরানা মুংশিংপু লংজবগুম
অরেম্বদ কাঈত্নন তোকদবনি।

লেংখৎলো, লেংখৎলো, আসন্দ,
নপু রা হঙ্গৎলগে নয়াম্বুংদ।

[ নিংথৌ যুবরাজ আসন্দ কাখৎপ ]

থোংলেন  ইচাশা! লাও নিংথৌ খুৎম্নো।

[ খম্ব খমনু নিংথৌ খুরম্ব ]

নিংথৌ— কনা কনানো শাবী শানৌ অনির্সিদে?

থোংলেন  য়েংবিয়ু ইনিংথৌ!
কনা মানবগে য়েংবিয়ু!  কপ্প ]

নিংথৌ - আঃ করিনো ইপু থোংলেন?

[ শোঞ্জব ] মথোইনিসি মানবা অমদি লৈখিদা!
অহিংদ মংলম্ব মংন
তাইবং মীকপ থোরকপদ কা ঙখিবগুম,
বসন্তগী থ'বল্ব অনৌব লৈচিন্ন খুম্বদ
থাগী মনি শামখিবগুম,
নিংশিংবদি থোক্তুন লৈয়েংদ পন্দুন
হাঙ্গদোকপ ঙমদন লৈরে।
ইপুশিংবু! তাকপিরোনে,
অঙাং অনি অসে ওম্থোক্ক সুংশিগ্রে।
উরগ মশক খংবগুমম্ব তৌই,
তরং তরংব নিংশিংবদি ঙমদরে!

থোংলেন— ইতাও! নংবু খিৎ হঙ্গৎলুগবা।

নোংথোল—ইনিংথৌ! ইকাইদ হঙ্গৎকদব,
ননাইশিংসে অচম্ব মচা নত্তে,
নংগী থৌগল মতম কুইন তৌরম্লগ

মতম চাদন কালগী খরাত্ত তাখিব
ননাই পুরেনবগী মচানিনে।

নিংথৌ— হা হা ইপু পুরেনব!
ইপুন পোক্লম্বরনে মখোইসিবো?
মতম কুইন কাউকবেদ ঐহাক্কে,
কবি মরমগী অস্থক কুইবব,
পুরেনবন পোক্লম্ব ঙাং অনি লৈ
হাঙ্গৈবসি তাকপিদবগে ইপুখোইন ঐভোন্দ?

নোংখোল ওস্তোকপনি! বিধিগী নোংদমদগী
ননাই ঐখোইম্থ কাউকবনিনে ইনিংথৌ।
ইভাও খোংলেনগী মংদ নবুখৌ থাংজিংন
তাকপিরকুন খংলুবত মঙাহরম্মি।

খোংলেন রান-নংন পাল্লম্মেদ ননাইশিংসে।
করি পাপকী মুংদগী খোংলেন ঐন
মখোইবু কাউরুতুন, মখোইন অস্থক নংখিব।
অহুবু হৌজিক্কি পুম্নমক হোৎরে,
ননাইশিংসে চরন্দ কখোকচরবনি।

নিংথৌ— করে ইপু! নিংথৌ ঐন পাল্লিভৈদ
পুরেনবগী চান নংন লৈবদি
য়ারোই, হাঙ্গৈয়ু তাস অঙম,
করি মিং হাঙ্গৈরগ নচাশিংবু থংবগে?

নোংখোল—মুপীমচা'সিন খমমু কৌই,
নিপান খম হাঙ্গৈরগ থংনৈ—
ননাই খোংলেম্ন অমুদোন নোংম্নাইম্থ কৌজে।

নিংথৌ— মুংশিদ চৎলু ইনাইশা !
শিজমরক্ত লাংলেন থোইবীগী মনাক্ত
খমনুব্ থিনজিনবিক ।
[ দোলাযপাবন খমনু পুখিব ]
তয়ুম খম্ব !

খম্ব— অক্তা ইনিংথৌ ! [ খুকখুদক কুম্নুন লৈব ]

নিংথৌ— কজৈদ বব্যগায়ন চংখোল্লিব,
নরাইহে নখোয় মুংশিবিব,
অচম্ব মচা নত্তে হাঙ্গৈব তাকইদ ।
লৈমুংদ লৈরবসু ইমুংদ ঙাল্লবসু
মণিগী মগুণ মাংব হৌনদে !
করি পিন্নুন করি কম হাপ্তুন
খুমন নংবু শেম্লসিগে ।

নোংথোল—হঙ্গৎলুদন ইতাও নংন মপা কৌই,
নিংথৌগী য়ানোংদয় ক'রৈ অসিদ
করি পাম্ব নিজহৌবোদন ।

থোংলেন—ঐন অমুক করি নিগনি ইতাও,
শেম্বিগে মনিং, শেম্বিরোই মনিং
মাগী চরন্দ কৎপ্রে, লোইরে ঐগী ।

নিংথৌ— মুঙাইদ অঙম্বশা !
ইনিংতৌন সেম্লগে তয়ুম খম্বসে ।
কেগেরৈপাক অসি পানা অনি থোক্লি,
নিংথৌ ঐগী পানা, ইনাও যুবরাজগী পানা ;
ঐগী পানাদি অঙোম নোংবান কেংয়াম্বন
পানাগী লুচিংবা ওইরিদো ।

ইনাওগী পানাদি লুচিংব লৈতরি,
খম্ববু ইনাওগী পানাদ তোংজনগে ;
ওসিদগী হৌন খুমন পো য়াইবু
যুবরাজগী পানা পাম্বোম হাপ্লবা'ন।
মাসিদ ইনাওগী অঙম্বশিংগী
আপত্তি লৈরোই নাংহে।

অঙম্বশিং— নাই খোই ওম্বোক্ক লুঙাইজরে,
মতিক চাব মীন যুবরাজ পানাদ তোংবদ
ঐখোইগী হরাউজব ওমখে লৈতরে।

নোংথোল— যুচ্চারেদো খম্বগ নোংবানগ,
অনিমক মচুম তাব শামু লাবগুম
নিংথৌ মচিন-মনাওগী পাম্বোম ওইবদ
মোঙৈরাংগী কুম্মে মুঙাইরগনি।
খম্ব নোংবান, অনিমক লাউ থোরকউ,
নখোই অনি খুবম্নৌ ওসিদগী হৌন
ইতাও ইতাও হাঙৈহুন শকথং মাঙৈথংনরো।

[খম্ব নোংবান থুকম্রহুন কোম্রব]

নিংথৌ— ওম্বোক্ক লানবা চাথরে অনিসে,
হন্দক্কী থাংজিং হরাউব কুম্মে মুঙাইরনি।
নখোই অনি পাঙল চাং য়েংনব
তারেদো তয়মশা! চৎলো
ওসিদগী হৌন মোঙৈরাং অসিগী
চিংবুরোই তম্বুরোই কোঙৈন চত্তন
থাংজিংদ কৎনব লৈ হেকলুরো
হল্লক্লে নিনিত্তব মুমিত্ত

থাংজিংগী লৈ লাংগনি,
হুবাউবদ জগোই শাগনি
লমজেন চেনগনি মুক্লা শান্নগনি,
কাংজৈ শান্নগনি ছিযাং তান্নগনি
কুম্মৈ পুন্নমক্ত নিপা থোকপা উংলু
চোপ্পয়াদে নংগী নংগী পানাগী
ইজ্জৎ ঙাক্লব চোপ্তনব হোৎনগদবান !
ইপু নোংথোল ইপু থোংলেন !
হন্দক্তি ঐগী মুঙাইব মপান নাইদবে
কুমসি ঈবুধোগী হুবাউব অসি
মহৌশাদগী হেন্না নুঙাইনব
ইপু অনিমক্ত শিনবিযু ।

নোংথোল, থোংলেন — অজ্ঞা ইনিংথৌ
মপুস্নায়াথং লৈতাদনবা
ননাই ঐখোইন শিঞ্জগনি ।

নিংথৌ মুঙাইবে মুঙাইবে !
অঙম্বশিংবু ! ঙসিদি দরবারস্থ
অসুম লোইরসি তাংলোসি থেংলক্লে ।

অঙম্বশিং— মহারাজ স্নায়'থং
তাকপিবগ লোইবে । [ময়াম থোকথিব ]

## ২য় উৎপ।

### মুমিদ্নাংরাই—লম্বী।

[ কোম্নুংদগী কুম্মৈয়েংব নিপা অনি কুমকই ]

১ব— ইবাইতোন ! কুমসিগী থাংজিং অবাউবগী কুম্মৈ অসিদি মুণ্ডাইত্রেদকো !

২ব— মুণ্ডাই মুণ্ডাই অতো ; কুমসিদি থাংজিংন চানবিবত্নন মোঙ্গৈরাং অসে চাকহোং ঙাহোংগদৌরি।

১ব - মোঙ্গৈরাং অসি কর করব পাথং লৈরম্মিদা ! অমুক্কবু উখিত্রি থম্ব হাঙ্গৈবদো। মান হুরাউব পাওবদি কুমসিদ মণ্ডাঙ্গৈরি। অত্নবু মপোকউৈদগা হৈরকপত্নণ্ডাইদ মান জগোই শাবদো।

২ব— অত্নদ মজা ইবেমগ শামিম্নরেদো, হৈগ হৈরে কজ-কজরে ওম্বোক্ল পুংবা চাত্রে ; অমরোমদ থোংলেন য়েংবদ কুম্মৈ অম- মান মচান জগোই শাবদ মুণ্ডাঙজগ্রত্নন মমিৎ অবাওবত্ন কোইবৈ হেক লৈজ মকোই তরা অম, মণ্ডা অম পাঙ্গবদো ফ্র ফ্র হেক হাইজ, অমুক হৌগত্নুন থাং হাই, অমুক হৌগত্নুন খোশাই মশাত্ন ঙাহাক্ত পোত্থাজদে ; কোইজেন-চেন কোইচোং-চোং ঐদি য়েংবদা মুংত্নম মুংশিদা !

১ব অত্নগ অমবু তাল্লিনে হাই। মজাইবেমত্নবু খুমন তোম্পোক মমুংদ ভাব অম তৌনরে, লৌসি লৈসিকা হাঙ্গৈখরে হাঙ্গৈরিনে হাই। অত্নগী মথক্ত থোংলেম নোংথোম্বকান্ন য়াওরি হাঙ্গৈন তাল্লি।

২ব— অওইবরনে হাই ? অত্নদি চৈরাওরেম্বন। অত্নগ অঙোমতাবা নোংবান কোংব্রাম্বদি তোক্লেদো ?

১ব— যেংবু য়েংহৈখিদ্রেদ। মজাইবেমগ খম্বগ জগোইদি য়াম্ন কম্ন হেক শামিম্নরকপ, অদু উবদ মান মথন্নাই অদু চাকপ্রহুন তৌব অদুদি হবে হয়ে। কমকমদগী অমুক হৌগৎ, অমুক চৎ, অমুক লেপ, কুম্মৈ ওইগ্রে, লৈপাক ন্না ন্না লাউথ্রেনকো।

২ব— থন্নাইকোকপীন নোমখৈ নোম্লগ গন্মগন্দ মরুম থুই হাঙ্গবদো তৌরেদো। কন্না কুইন্নবনো নোংবাম্ন থোইবীত লৌজগে হাঙ্গহুন তৌজ কহব অদুবু ইহেদ হৈদোককেথ্রে - খম্বন মনা থাথ্রে। আঃ পামজবপ্রবনিদা নোংবাম্ন থোইবীবু পামজব হাঙ্গবদো। মজাইবেমন তাঙাং নংবু শোলহৌইত হাঙ্গবদ হুম্ পান থুদপ অস্নুক চাওই—মান থারিব।

১ব— কুমসিদি নোংবান দাও য়াদরে, খম্বগী যুগ ওইখরে। লৈ লাংলে খম্বন, জগোই শারে খম্বন, লমজেন চেন্নে খম্বন, মুক্না শান্নরে খম্বন—খম্বগীত ওইখরে। নোংবান নাত্রে শিদোন্নে—খম্বন শা পাইথ্রে মনা লৌথ্রে নোংবান লৈহৌরে, চৎসি কান্নদে ইবাই অঙাংন্নবী কিরম্নগনি।

['থোকখিব]

## ৩ব উৎপ

থুমিদাং —নোংবানগী সঙ্গাই।

[ নোংবাম্ন মচুবা মেৎতুন লৈরম্মী, শৌন্নান কোইচৎ চৎতুন লৈরম্মী ]

নোংবান— আঃ লাকচৈদা। শিবনবু করে,

অস্নুক চোপ্পদি তাইবংপান্দ লৈহৈদরে।

কদাইদগীনো মপা-মপু মশক খংদব
জাং নাইদব মচা অম লাক্লপ
নোংবানবু গুম্বোক্ল লাকচন তৌগ্রেদ।

শৌরা— করম তৌগনি ইবুঙ্গোহল !
নংবু গুম্ব মী অম থোরক্লুন
নংবু অরাক-লাকচতম্ন গুবিথিব,
মপাঙ্গল্দ মীন হেনবিগ্রবনিন
নংন করিসু কা হেঙ্গলুব য়াথিগ্রে,
করিসু হাঙ্গৈদৌব গুমথিগ্রে,
অরেম্বদ নথোইদোদ পোক্লোরে।
অসিনিদো তাইবংপানব হাঙ্গৈবসে,
শজিবু কৈন গুম্মি
কৈবু শামুন গুম্মি
নোংশাবু উচিন গুম্মি, করি হায়বগে?
মোঙ্গৈরাংগী পাখংবু গুম্ব নোংবান,
নোংবানবু গুম্ব খম্ব,
খম্ববু গুম্ব শৌরা লৈ।
মাবু মাবু গুম্ব পোং অমম্মম
ইরৈদ মরৈগদবনি।

নোংবান— শৌরা নংগী ভাওশিন্নবসি
থর তোকথোদা, ঐ পুক্লীং লুঙাইতে।

শৌরা— চংসিনে অচিকপা মকমদ,
মোঙ্গৈরাং লৈপাকসি লৈহৈথিদরে
অসিগুম্ব হৈচৈ য়াওদবা
অচিকপ মকম অমদ পাল্লুরসে।

নোংবান— অওইবনিনে শৌরা,
লৈহৈত্রবনিনে লৈপাক অসে
নিংথৌ পাল্লি হাঙ্গৈবত্থ মঙাইরে
পান্দবগ চপ মান্নে।
থোংলেন নোংথোম্ব অনিন
মনিংত পংতৌ তৌই,
কনান করি হাঙ্গৈব ওম্বগে ?
শৌরা— ওমদেনে কনাস্থ,
মখোই অনিগী খুদোম্বীদ
নিংথৌস্থ লৈরে যুবরাজস্থ লৈরে
মখোইগী পাইতুখাউ পাঙ্গৈত্রব
মখোইগী ফুরি শিকউত্রব
মখোইন মুংশিত্রব মীথুদি,
মোঙ্গৈরাংদ পানব ওম্মোইদবনি।
নোংবান— ওম্মরোই ওম্মরোই ঐ অসে।
খম্ব হাঙ্গৈবসি কনান পুরকপনে।
মা য়াওত্রবদবু মোঙ্গৈরাং হরাউবদ
নোংবানগ পানগদব মী কনানো ?
শৌরা— অদুগ ইঙো শেলুংবস্থ পাংমনখিত্রে ;
কৈদোগে অমত্ত য়াহ্লোদনা ?
মুক্লা শান্নরে মীন হেক মথাবিখি,
কাংজে শান্নরে মীন হেক মখোইবিখি,
লমজেল চেন্নে মীন শা পাইবা হানবিখি,
মুক্লারা কাংজেরা লমজেল্লা অমত্তদি
কৈদোগে থোইহোদন রারিনসি হাঙ্গৈবনি।

কনানবু লম পুম্নমক্ক মীন হেলহনখিবদি
শিরোগবা—ছিংহুন লৈব ইকাইত্রা ?

নোংবান— শিববু ইম্নাই লাঙ্গন য়ারবদি কৈদোগে ?
অহুবু জীব কৌবনিন শিবদি য়াদেদো।

শৌরা— অহুন চোপচব হাঙ্গবহুনি।
হেঃ শিরেন নোংবান শিব কুইরেনা ?

নোংবান— করম্ন ঐবো ? কদ'ই ঐ শিত্রিনা ?

শৌরা— সে 'সিনি ঐন হাঙ্গবদি.
নোংবান শিরে হাঙ্গবগী অর্থদি,
মজাইবেমা থোইবীদো অহুবুনে
থোংলেন নোংথোম্বনা চিংথোক্কুন
লৈপাক ময়াইদ খম্নগ লোঙ্গনন
জগোই থেক থেক শামিম্নংনরেদো।
নহাকন ফন পামজহুনম্নু
মান মুনবিগ্রে নংন তোকহোং,
নোংবান খুত্ত পাঙ্গব মনি থাদোক্কুন
মমাই অরাং ওন্দুন চৎগ্রে—শিগ্রে
ইবুংঙোহল সত্য নংবু ছিংলিবরনে ?

নোংবান— শৌরা নংনম্নু ঐ লাক্লরেদকো।
ঐগী হুদিদ শোক্লে হাঙ্গবত খন্দুন
নংন পুথোক পুথোক্কুন
চাক্লব ঐগী থমোইদ ঘ হৈরেদকো।

শৌরা— মুঙাইরিব্রদো ইঙো শেলুংব।
ঐগী ইপাজম্নদি হঙোই মহা য়োদ
শাউনিংবনদি খম্নদো মণ্ডক থোক ইথোক্কন

*নোংবান নংগ থোইবীগ অপোই হেক শাহল্লিরি*

অচুবু ইবুঙোহল নিংবত মঙাইরে।
হৌজিক্তি ইনা কৌব অম পামশিন্নুরুহুন
তাদব য়াদবনিনা তাশিল্লক্রে,
লম্বী কোঙ্গাং লৈরক-থুল্লক মীন মৃত্তক মৃত্তক
মজাইবেমা থোইবীগ খম্বগ খোইদা লিন্দা তিন্নরে
লৌসি লৈসিকা হাঙ্গনরে হাঙ্গন ঙাংনব
শোন্নব অস্নুম মতাকুরেদো।
অঙোম নোংবান কোংয়াম্ব হাঙ্গবদে।
মপান অঙোম নিংথৌনি, লন্দ
নিংথৌগী লঙ্গৈন লাকচদে হাঙ্গরি,
শক্ত য়ারক্তগী তয়াম্ন ও‍ঙনকম্নি
অচবু মুপীন পামদব মপাউথোক
হাঙ্গন মীন শোরি ঙাংনশিল্লক্লে।
শক্ত কৈদৌনি লম্ন কৈদৌনি
মুপীন পাম্বিদে, লোইরেদন মীওইবগী।

নোংবান— কৈ. মাহুগী মতিক থোকপ
মহৈদি কংলোইক্রদো মখোইদো।

শৌরা— মখোই হাঙ্গবদে।

নোংবান— নোংবান ঐগী কাদ য়েংলব
লোইরং খোংনাং শাবিন্নব মীশিংদো—
খঙেঙাইক্রদো। খম্বনা ঐগী য়েক্লবনি
য়েক্লব মাবু মরু কংন মাংনব
খনবন নোংবানগী লাইনিং ওইগ্রপে।

শৌরা— মজাইবেমা থোইবদি ?

নোংবান— মবাইবুংঙো যুক্কাঙন
শে সৌজরো হাইদু লাঙ্গোক্লবনি
কনান ঐগী ইথুক্তনা মুল্লগদগে ?

শৌরা— অং মী ! শিত্রিবমখৈদি
নিংবদি হল্লেইদকো ! অদুবু ইবুঙোহল,
নংগী থবকসে থুরক্কী ঈন লাই শাইকো,
নপম্বৌ চাউব নোংথোম্বসে
মরো তৌই নংগী মীনি খনগন্নুকো।
থোংজেনগ নোংথোম্বগ অমম্বগ অঙানবগ
থানব হৌনদে খংউকো !
মথোই অনিন মজা ইবেমা থোইবীদো
শাগল্লাক্লুনা চিংখিছুন থুমন্দ থমখিবদনে
রা অমফাউব কাংবঙম্ব মী
মোঈরাংদ লৈতে, শার শোন্দুন
তোকচহৌগান ফাগী তৌগন্নু।

নোংবান কৈ তৌসন্নু, মথোইস্নু মথোইন ঙম্ব,
ঐস্নু ঐনঙম্ব তৌনরব হাঈবত্নুনি।
নোংবান ঐ লৈরিভৈদ খম্বন
তরাই তরাই থোইবীবু লৌখিব—
কৈয়য়ানি ? নোংবান্ন হিংহৌদন
থোইবীগ মোঈরাংদ পাম্লৌব,
নত্রে, খম্বন হিংহৌব অম
অনিগী মরক্ত অমদি শোঈত্রবনি।
নোংবান ঐস্নু নিপামচানি

ইপুক্ত লৌশিং য়াম্ন লৈ,
ঐ অচম্ব মী নত্তে খণ্ডু !

[ অহল অম চংলকপ ]

নোংবান— ইপু লাক্লবরা ?

অহল— থবক থোকপ য়ারগনি,
মহাক হৌজিক ইকোপ্ত চাহৌরি
নোঙ্গরে চাউরে, উবদ কিরে ;
থাখ্বাগী পাখং অমনাদ
মাঙোন্দ চং-লাকপ শক্তি লৈতে।
ননাইন লাইরা কাপশিল্লবনি,
হুয়েংদগী ঙাওব য়াম্ন হেল্লগনি।
অতুন লৌরক থুল্লক থি ন্
কোইচৎ চৎ কোইজেন চেন্দুন
উজার শান নৈখাইরগনি !

নোংবান— করে য়াম্ন মুঙাইরে,
চৎলো ইপু হল্লো। [ হন্নব থোকাখব ]

নোংবান— য়েক্লব ! খংগনিদো নোংবান্ন
শিল্লকপ থৌরাং, চহি মতম কুইন
মীনিন তাদন থারক্লব কাওনি,
মাতুম থাজিন্দুন খম্বগী
প্রাণ মঙামক মাংহন্নগে,
পানগে য়েক্ল তিম্বাং লৈত্তন
খংহনগে নোংবানগী মগুণ। [ থোকখিব ]

শৌরা— হে মীচোপ ! ঙকইদা,
মপাঙ্গন্ন মায়োক যাবদি ঙমত্রত্তুন

পোশেমহুন মাংহনগে নিংলিবোইদো।
কয়মবু তৌরকদৌরিব মতৌনো।
য়েংহনা নৈব হাঙ্গৈবত মঙাইরে। [ থোকখিব ]

## ৪ব উৎপ

### মুংখিল—রাজদরবার

[ নিংথৌ, যুবরাজ, খোংলেন ১ম্বুং নোংখোল কয়মব ]

নিংথৌ— শোইত্রেকো শানৌতোন, হাঙ্গৈরিবসে?

যুবরাজ— অজ্ঞা শোইরয়োই, মতা'ম হাঙ্গৈবহনি,
হন্দক্নীসি ইবুধৌমক্কু হাঙ্গৈব তারে;
ওয়াংদগী হৌজিক কাওবসি ননাইহ
মীয়োল লোম্ব্রে. লাইয়োনত ঙাংত্রে।
অময়োমদ কাও অহুন তৌরিবসিন
মোইরাং খুমন অনিমক পানব ঙমজ্রে;
লৌ লিংব য়াজ্রে হিজোন কোইব ঙমজ্রে,
ঙাকপ ঙমজ্রে মুপী অঙাং শোকলে।
মুমিদাং ওইরে ইকোপ্ত কুমথখি,
নোংছেক ঙানবদগী'ন মহুকাওব
মীগী লৌ মীগী মনা-মশিং থারিব
মকম মকমদ চংহন অকিব নৈতম
মান তৌনিংবত তোখরে, লোইয়ে অজ্ঞা।

খোংলেন—কাও অহুদি কয়া চাউই মনাও ইবুঙো?

যুবরাজ— ঐমক্নদি কিবনিন উরুক্রি ইপু !
ননাইশিংন হাঙৈব তাবদি চাউরেদা।
মরেং তারব ইরোই লাব অমগ
মাসিগ থোইন খেন্নদ্রে হাঙৈনরে।
চেনবদ শগোলদগী হেন্ন য়াংই হাঙৈ,
লৌরাক অমগী লৌ নোংমদ চাথোকই
মচিন অমুক্তং য়াইবন উপাল অচৌব
হেক্ক মতেকই হাঙৈ, অমুক্তং চোংবদ
ইকোপ্লাং থক থক নিকই. কিরেদা
করম তৌসিগে ইপুখোই ?
নিংথৌ— মান কনবন্থ কল্লো চাইবন্থ চাউরো,
লুবদি মাবু কাহ্নন শরেন চন্নব
ইবুধৌ থাংজিংদ কৎপ, অসিনি
শিনবদি লাঙৈ, থাংন য়ানগনি তান থিনগনি
তেন্ন কাপথুগনি ময়াম চংহ্নন হাৎকনি ।
হাৎপদি য়াদে চংন নমহ্নন কাব
কনানো মাবু কাবিগদব ?
থোংলেন— সেয়া বন্নাউ অম কাবদ ইনিংথৌ
অহ্নক য়ান্ন কিরুব মীন তাথিনি ইকাই।
যুবরাজ— যণ নত্তে লাইযন্নি ইপু !
তারেদন নোংবান মাইবী চংলে হাঙৈব
ইবুধৌ থাংজিংন মাঙোন্দ তোংহ্নন কাওরে
"যণ অসি হিংন কাও শরেন চন্নু,
অহু নন্নবদি মোঙৈরাং মথক মখা ওলহনগে
খুৎলাই থাব য়াদে খুৎন কাগনি,

চহি কুম্ব। তেরবা মীন শোকখদে”
কয়া লুরব রানো? যম অচম্ব নত্রে।
অসিদ কনানো মাবু থোইবী থাংলুগদবা?
থোইবিসু হুক্লো করম মাবু চিংলক্কব?
অকনব ইপু খোংলেন শোকউব রাত্রে,
অশিংব ইপু নোংথোগ চঙ্ডুবা য়াত্রে—
নহা মরক্ত খম্ব নোংবান অনিত-মঙাই,
নোংবান্দু হাঈয় মাইবী চংহুন লৈরে,
মীরোন লোম্রে মশা জ্ঞান লৈত্রে।
খম্বন অহুক চংহুন লংইবক যেংলুগজ্রা?

নিংথৌ— অহুসু মহাক্তি ঙরাংত মঙাইরি
নিংথৌ খংহুন মুঙাইন পাঙ্গরকপ।
লুপ্রেদ ইবুথৌ ঙম্হোকপনি? নংন
ঐবু লুরব ইপাক্ত থাদবিবেদকো?
ইপু খোংলেন, ইপু নোংথোল! হাঈয় ইপু,
অশিংব অঙম্ব অনিন করি খল্লিব?
খম্ব'সিবু মরাইবক অমুক্ত যেংহল্লসি,
মান মাংখরে মোঈরাং মাংলে
মান ঙম্লে মোঈরাংসু পাঙ্গব।
করি হাঈবগে অকনব অনি?

খোংলেন— অজ্ঞা ইনিংথৌ! মরাইবক কবনি খম্বগী,
যম্লাও শমবু কাব ঙমত্রবদি
মী নত্তে।

নোংথোল—[ শোঙ্গব মরৌ লৈদ হুন্দকী থবকসে,
বণসি অরাইব যণ নত্তে ঐসু খঙতি

শিংভিদ নোংবান কদাইদমু উরুব ?
মহাক্ মাইবী থোক চংশিন্নরুন
খম্বনু কাওদ থাজিন্দুন মাংনব শিনব !
অত্তবু মীন অম নিং লাইন অম শেম
নোংবান্ন খম্ব মাংহনগে লাইন খম্ববু শেম্বিগে
মুণ্ডাইদা—অভৈনা কাব য়াব যণ নত্তে
খম্বতন কারণ মবৌ চৌয়োইদবনি ।
মপা পুরেনবন লোইরম্ব যজ্ঞাওনি ।
অত্তুন খম্ব মাসু যণগী যণবুনি,
যণবুন মযণ কাবদ করি লুব লৈব ?
অওইবসু খংদে ওইদব \ খংদে, থাংজিং !
লৈতুম অমন উচেক আনি পানব থোক্লেদো !
অমরোমদ মবৌ চাউব যণ ক জিনব
অমরোমদ খম্বগী মনা মবৌ চাউব
মুণ্ডাইরেদ ! লাই নংনা শিনবসে ।

[ কোংন ] অজ্ঞা ! খম্বন শোঙ্গদন কাগনি,
ইকোপ্তি খুমনগী লমদমনি খুমন তাক্তন
যণ কাব চুম্নোই চিঠি পত্র ইবিরো,
সোমদ লোক্তাক নরুপ্ন মোইরাং নিংথৌগী
শগাই ইকোপ মপান্দ শাগনি,
খুমন মোঙ্গরাং নাকপাক তান কুম্মৈ রেংগনি ।

থোংলেন—মুণ্ডাই হাই ইত্তাও।
শিম্নু শিম্নু কুম্মৈ মুণ্ডাইনগী দমক
চোপ্পয়াদে নংগী থৌরাং কম্ন হোৎনৌ,
লৈকাই মরি পাউচেন্নু কেগে মচা অপুক্

লোইন ভাবোক ওইগদবনি, নিংথৌ যুবরাজ
কনাগী অশুম অথৌ লোইনমক,
মহারাণী লৈম-শিজলিং পুন্নমক,
অমত্ত চিত্থব য়াদে খওড়ুকো।
শগাই শগাই শাহুন লোইন ভাবক ওইগনি,
কনা লৈ খম্ব কৌরুচো।

[ লোলাইপাব অম চংখিব ]

নিংথৌ ইপু নখোইদি কাও ফাবগী ভাবত
নুঙাইন তামাসা তৌরি। করিগুম্ব,
কাওন খম্ববু লাহৎপ্রবদি কমদৌনি।
লাইগী শাপুগী মোইরাং মাংব তাইদকো?
ঐদি রাইদ পুক্লীং মরা তাদেদ!

থোংলে—মহারাজ চিংনবিগমুনে।
ননাই খম্বসে মপাদগী হেন্ন কন্নি
ননাই ঐন মগুণ চাং য়েংলবনি।
ননাইন শোঈদন কাও ফাব ঙমগনি,
মোইরাং নৈশেম নুংশেমঙৈদগী
নবুধৌ থাংজিংন মোইরাংগী মাংনব তৌদ্রি,
শোঈদন নবুধৌন খম্বদ কাওগুম্ব
পাঙ্গল হাপ্পিগদবনি।

[ খম্ব চংলকপ অমসুং থুরুব ]

নিংথৌ ওন্থুম অচানব চংলকউ।
হন্দক্তি নংন ওন্থোক্ল লুম্নব থৌ
পুবতারে হৈবুভো! ইকোপ মপাল্দ
চারিব কাওসে নং থংব্রা?

খম্ব— অঙ্গা ননাইদি খ'ঙজিং, উত্তঙজি ।
ননাইবু কমদৌজো হাঙ্গীবনো তাকপিয়ু ।
নিংথৌ— অতো কাও অসে নহাক্না
চংনা ফাব তারেনে, নথুত্ত
খুৎলাই পাইব য়াদে, থৌ'ায় অমত্তন
মগুক হুক্ত্ন ফারকদবনি ।
খম্ব ইনিংথৌ ঘণ ফাবদবু
করিগী খুৎলাই পাইরুগদগে ?
ঘণ অম ফাবগা দনক ওহরে
ননাইবু কৌবাদ ?
নোংথাল—অঙাং ঘম্নি হাঙ্গীবতান অরুব ঘম্নি,
শামু লাবগী পাঙ্গল লৈরব যাম্নি,
অহুন নংবু থিবকপনি খণ্ড্ড ।
খম্ব — ইমান্ ইবুঙো, ঘম্ন কনবাদ
লৌখোইব পোৎ চিংবদা কনবানি,
মাগী পাঙ্গল মা শোকপদি
ননাইদি তাজি । করিগুম্ব অঙাংমুবাঁ
ঘম্ন রাইরম্মা হাঙ্গীবদি তাই ।
থোংলেন — মান্নদি ইবো লাউ হাই
ইপা পান ইনগে লাউ । [ পান পিব ]
ওসাইমখৈ এন মাঁচং লৈতবগী
রা য়াম্ন ঙাংলমদবনি হৌজিক্তি ইচা লাক্রে
ঐ রা ঙাংলগে । ঘণসে কাও,
কাওনে হাঙ্গীয়ে কন চাউরে হাঙ্গীয়ে,
অহুদ নপাঙ্গল চাং য়েংথোকউ ।

ইহান হানবদ অতো মমৈ পাঙ্গনু,
মমৈ অতু লাক্কুন লাক্কুন চিংউ,
মপাঙ্গল ময়েং তাহল্লু নো মো খোংহল্লু
অতুদগী মচি নাম খুৎ ওইন পাঙ্গু
নখুৎ য়েৎন মতক্ত থৌরি থু,
অতুদগা শাক্তে থাত্নুন হোইরকউ।

নোংথোল—নুঙাইদ হনুবা!
চুমগী যম্রামচা অম কাবগুম
হোইরকউ শাক্তে পাউকা হায়বি;
খম্ব নপান তাংবসি অতাওবনি
হাকচনু চেকশিল্লু অকুব যম্নি
শাক্তেন থাব যাব যণ নত্তে
চেন্নখিত্নুন নথরাই মাংগনি

খোংজেন—থৌ নত্তে নোংথোম্ব।
ইচাবু যম্ম চেংব তমগত্রা?
নংন খংবরা? খম্ব তাও,
থৌরিমু পাঙ্গগনু মচি অনিদো
নখুৎ অনিন লাক্কুন চিংলকউ।

নোংথোল—তৌগনুনে হতাও নংবো!
নচা অসি মাংহল্লগেরা? খম্ব,
ইবুঙো লাইরোইরবা যগনি হাই খুরুম্মু
নংগী নকমদা চংজরকইবনি হাঙ্গজো—
মচিন্দ শক্তিক হাপ্পল্লু মন্ত্রসি লো
“খুমনগী যণ লাইরোইব, খুমন ঐ লাক্লে
নহনকমদ হক্তিল্লো নতেকমদ তেরো।”

অহুদগী কত্রংগী থৌরিসে
মগুক্ত হুক্তুন নংন তুংদ ইন্দুন
হোইহু- পুরকউ। [থৌরি পিব]

খম্ব – ইবুধৌ থাংজিংগী কৃপানি,
মোঙ্গৈরাং নিংথৌগী থৌজানি।
ইপাইবুঙোন হাঙ্গৈবস্থ লৌজরি
ইমান ইবুঙোন তাকপস্থ ইগুরি
হয়েংগী কোয়ৌ যেংথোংলকপদ
ননাই ইকোপ্পাং যৌন চচ্চগে,
কুম্মৈ য়েংবিয়ু ননাইন তৌজব।

নিংথৌ সুঙাইদ অকনবগী মচা
ইবুধৌ থাংজিংন লাইওইরব
নিংথৌ ঐন অশেংব ওইবব
খম্ব নংন পোকপদগী লাল্লক্তুব
খুমনগী ঈ অশেংব ওইরব
কাও ফাব ওমজরো।
ইপু নোংথোল বড়মন্ত্রী।
লৈকাই মরিমক পাউজেনবিয়ু
অমত্ত চিঙ্খব য়াদে হাইবিয়ু
হয়েংগী কুম্মৈ সুঙাইন য়েংগনি।
হৌজিক্তি সভাস্থ কাঙ্গৈনরসি,
হয়েংগী থৌরাং তৌরবসি।

ময়াম য়াম্ন ফগনি অজ্ঞা।

[ময়াম নিংথৌ খুরুমজ্জন থোকখিব]

## ৫ব উৎপ।

### অয়ুক—ইকোপ মপাল।

[ খোইবী, সেনু রারী শায়ম্বী ]

সেনু— ঙসি সুমিৎসিনিদো মজাইবেমগী অরোইবী !
করম্নবু য়েংসিব রাখরেদ ঐহাক্ত !

খোইবী— করিগী রারিবনো অচানবী ?

সেনু— নতৌ য়েংব ঙমজরোইদৌরিয়ে স্নাইবেম্মা।
নহাল লমজেল চেনঙৈদ তৌখিব কুম্মেদো
ইমাইপেমা কাউজাত্রয়ে। ঙসিস্থ মাহুদগী
শরুক চাম হেয় তৌরকদৌরিবনিদো।
কাওদি ইবুঙোতোন তোম্পোক কাত্রহুন
মজাইবেমন অসিদ কাগদৌরি।

খোইবী— অহুমঙাইদন ইতা করি তৌবগে ?

সেনু— করিবুদি তৌরুগবনোদ স্নাইবেমা,
অহুদ, য়াওজগ্রব হাণ্ডনিম থরাইদো ;
স্নাইবেমদ চোংলিগদব মিহুল মতাদো,
ননাইদি লোইন উজরেদো !

খোইবী- অরোইবনি ইতা, রাখরে থরাই অসে,
মিহুন-থাহুন পুম্নমক থক থক নিক্লক্লে ;
লাইগী করিগুম্ব ফত্তব নোংদম অমন
নবুঙোতোনগী অশোইব অঙাম্ব খোক্লবদি
মুংশিবী ইতা ঐদি মাংব হাইবহ ওইরেদো

সেন্নু— ইবুধৌ থাংজিংগী কৃপান শোঙ্গদবত ওইসন্নু।

থোইবী— শোঙ্গদবত ওইসন্নু ইবুধৌন থৌজ্জানবিসন্নু।

সেন্নু— শোঙ্গরোইদ ন্নাইবেমা সতীন অত্থু য়ৌন
কন্ন নিংথ্রবদ লাইন কন্দব হৌনদে;
তাবিজ্রনে ন্নান্নী অত্থুদৈদ সত্যযুক্ত
অশ্বপতি মমোন্নোই সাবিত্রী কৌবী সতীগী
লাইনীং পরৈ চেৎপন, শুক্রব উমং মন্নুংদ
য়াইবী মাংথ্রব মবুঙো সত্যবান কৌবন
যমগী থৌরি কিশিদগী অমূক নান্থোরক্তন
তাইবংদ অমুক হল্লকপ, ন্নান্নী নৈনে ন্নাহল।
লাইমক্ক কিন্নব সতীগী ঐক্রব শুপনি,
সতী নৈথেৎ ওইন্নবী ইবেমগী নচান্ন
খুমন নোংমাই অথৌবন ওসিগী নোংজাদ
ইকোপ্পুং লম্পাকসিদ জয়গী ফিন্নান থেৎলনি।

থোইবী— জগৎকী মমানি, সাবিত্রী কৌবীদি লাইনি,
লাই মহাক্ক মীনুজা ঐগদি মান্নদেদো!
অত্থুদি ওইন্নগ ইবেমা মাগী থৌগন্দি
থোইবী ঐন্নু তত্তন তৌজন্নিবীনি ইতা,
মহাক্ক নত্তে জগৎকা লাইন্নেম্বী পুন্নমক
ঐহাক্কী থম্মোই মন্দিরদ শেংন ঈড়াচ্ছন্নি।
মথোই পুন্নমক্ক ঐহাকপু থৌজ্জানবিসন্নু,
মথোইগী থৌজ্জান ঈন্নান চাংজো পান চেন্দুন
নবুঙোগী পাঙ্গল হাপকৎপিসন্নুকো চান্নবী।

[ মতম অসিদ থোংলেন নোংথোম্ব চংলকপ ]

খোংজেন—ইরাঃ মপু মনাইসু য়োরম্মেন'সিদে !
লেংশন্নু লেংশন্নু কুম্মৈ মুণ্ডাইন য়েঙু।

থোইবী— ইপুখোই, কুম্মৈ অসিবু কয়া রাংলিবনো ?
ভাইবদ ঐখোইদি চরি হাপ্লে ; ঙক্লি নারে।

নোংথোল—নিংথৌগী মচান্নুপি ! মুণ্ডাইতেদা রাতাদো,
নোংত মণ্ডাল্লকই মুমিৎমকসু রাতোন লোমত্রি।
অঙম অথৌ কারক্তি লৈপাক ভাবক তিল্লত্রি।
সনান থরাই য়াওবগী অহিং হৌন লাক্লগ
কুম্মৈন থেঙঙে তাইনব করি রানো সনা ?

খোংজেন—থরাই য়াওদদে ইবো ! মথৌ নত্রা সনাগী,
ঙরাংন য়ারেক্কুন লৈগদবা নত্রা,
হৌজিক্তি থেংবু থেংমনখ্রে।

থোইবী— ইপুখোইন ইথৌ ওইহনবিবনি থংবিয়ু,
কেগে থাংজিং হরাউবদ ঐবু লৈবাক মমাংদ
ইপুখোইন জগোই শামিয়্রহনবিখরেদো ;
শামান ইমায়্রব মশেন শকথং মাইখংনরুরে।
মচেম খয়ু অহুসু থোইবী ঐগী পিজানি,
'ছুগী মথক্তা মখোইদি লাঈর-চেনগাওনবনি,
অসি খিবিক অ'সিন হন্দক্কী থবক'সিদ
ঐগী ইথৌ ওইন থরাই য়াওদব ঙম-দনে।

সেন্নু— মজাইবেমগী থরাই ময়াওদি ঙক্কনি।
ঙরাংদগী য়ারেক্কন লৈরক্লব পোৎনি।
সেন্নু ঐন পাখোল্লোইত ওইবদ শিরব !
ইবুথৌ থাংজিংন সাক্ষীনি তমগে ভাবিয়ু,
চান থক্লব হোল্লি শেৎন থোয়্রব পিরুই,

পানন কয়া তপ্নে হৈরাংন কয়া শেপ্নে
লোইরে লোইরে যুবরাজগী পুক্কে ময়েং তারে।
লৈগী নাচোম পরেংদি কনানবু থাগনি,
খোংন শাংপ তখেল্লে পুম্নমব থরোগা,
চিগোংলৈগী মপুম্ন যুতী শকমান্নবীগ,
নাচোম কথন্ তান্নব ঙবহল্লি মীগী পুক্নীং।
নিংথিজব কুন্দোদো ম্নাগী খুৎশা চরোংন
পরেংগী লৈথেন্ শেম্বদি কনান তমগনি।
পুক্নীং হূব নাচোমগ নিংথিজব পরেংগ
তাঙ্গ থক্ত থমহুন অংক অলক্ থেঙ্গৎলে।
ইম্নংদ হেক তৈবদ ম্নান ঙনচাই চাইথবে,
লুকহৌ-শংদ চংহুন লুক তসহৌ হৌগৎলি,
নোইনিং কৌন শুব চেং চাবদ তাইবং কাউব
তন্না নিংথিন থোঙ্গৎলে ইবুঙোতোনগীদমক,
মথেম্ন চামনিপাল্লি থাবদ ঙক্কনি।
ঙক্রো ঙমু শরেং খাবক ঙাতোন শুম্মাই ঙানপ,
অতেকপগীন মথেল অকংবগীন মখল,
অতাউব অয়াইব অরোবগী মখল মখল,
হন্নাইগী মথেম্ন অম ঙোথোংগীন কয়া
ওম্মোক্নম্ন হৈথ্রেদা ওম্মোক্নম্ন থুথ্রেদা।
মিৎন কুপ্পদ লোইরকই সেম্নু ঐবু কৌরকই
মনমা থমম্নু কৌনব পাখোন তংঙ্গু হেক-শি
লুকথোং তম্ন শেমহুন মনমদ হেক শিন্নে,
অহু লোইরে হায়রগ লুক্তু তনহা হাহুন
ফিজোন লোইন হোংহুন কুম্মে য়েংব লাক্লিবনি।

খোংলেন— উম, হাউরিনিদা ইতাও নোংখোল।
ঐখোইস্থ মজাইবেমন হৌব লুকখোংদো
অমুক্কদি চাখিসিনকো. কদাই ঐখে'ইগীদি
পান শরুক্কাদি থক য়াওরক্রবরা স্নাহল ?

নোংখোল—মাসিনা অমুক করাম্রিব অসে য়েঙ্ঙু,
নংগী শরুক তম্মক্কে, নংগী শরুক য়াওরক্কে।

খোইবী— এঃ য়াওই য়াওই, ইপুখোইগী শরুক লৈ,
অশোইবন তপ্প ইপুশিংগী শরুক্কো ইতা,
পুখোরকউ ইপুশিংদ লাম্লো-লাও।

[ সেন্নুন পানা কাগোক্কগী পান মতপ খুবাম অম পুখোক্কুন খোংলেন নোংখোম্বদ পিব ; খোংলেন নেংখোম্বন মতপ অমম্মম চারগ অরেম্বন পান থাউ মমুংদ হাপচিনব ]

খোংলেন— খোং চোৎলগ চিন চোৎলি, হাউরেদ স্নাহল,
ইতাও নঙ্কাক্কী মঙ্গল ওইরনি শোঙ্গররোই।
সতী মরক্ক চ'খোনবী মজাইবেম্ম খোইবীন
হৌব লুকখোং চারব থম্ব মাগী পাঙ্গলদি
শামু লমশা তরান পাব য়াররোই ইতাও।

খোংলেন— মাম্নি চুম্নি ইতাও।
নচাগী মঙ্গল ওইরনি, নচাগী পাঙ্গল চাউরনি।
স্নাহল। নপুখোইদি থবক শিনব লোইত্রি,
চৎলগে, ইতাও চৎসি লাকও থবক তৌরুসি।

খোইবী— ঐখোয়গী কুম্মৈ য়েংকম তাকপিরম্মু ইপুখোই।

নোংখোল—সে-সে অরাং পাংন শারিব শগাইসে

খোইবী— থংজরে ইপুখোই লেংবিরো।

নোংথোল—[চৎন চৎন ] ইতাও নংদি খঙভিরোইদকো ঙসি,
মজাইবেমন তৌখিব ইঙ্গিততো ?

থোংলেন—[ নোক্তুন ] হোই ঐদি খংদে, নংদ মখংবনি
অখংব নংদ মখংজৌ, খংদব ঐদি খংজরোই।

নোংথোল—খংত্রবদি তাকপিগে হাঙ্গবনি।

থোংলেন—তাকপিগনু নংন তাক্তুন খংবদি
ঐ পামজদে, খংদদন তোকচগে।

নোংথোল—ইহে য়াত্রেদন অহল অসিদে ?

থোংলেন—ঙাইখো ইতাও, নং অসিবু
ঐঙোন্দগী শিংভি হাঙ্গন নিংবরা ?
নংন খংলগ ঐন খংঙোই হাঙ্গব
নোংথোম্বন শিংলগ থোংলেন্ন পঙভি হাঙ্গব
কনাগী পুয়া লাংলোন্দা য়াওই ?

নোংথোল—শাউইদ, খংলগ খংভি মহাঙ্গয়ু।

[ অনিমক থোকখিব ]

থোইবী- ইতা লাও, নবুঙোন লাকদব লম্বিদ
অতুক ঙাইরুসি, নবুঙোগী মঙ্গল ওইনব
ধুপ থাউমৈ থারকউ ঘোং লফু পুরকউ।

[ সেম্বুন থৌরাং তৌব, খম্ব চংলকপ ]

খম্ব— [ উত্থুন ] নিংথিজৈদা।
সতীগী মরক্ত শক্তিকুম মশোং চাউবী
থবাগুম মঙান্নাইবী, ভারত লৈমগী নোংপোক্ত
ঙাম্মোইরিবী ইবেমা। নহাক্কী মক্রুব নঙালসে
মুমিথান থোক্লিঙৈ, লৈব খিবিক মতমদ

অমা অতা লৈতন ঙাল্লসন্নকো সতী।
খম্ব ঐগী লাইবক্ক কয়াগী মতিক ফগ্রব।
সনজিংগী লোক্লংদগী হেন্ন চংখোল্লবী
নহক্কী থম্মোই তময়াদগী চেম্থকক্লব
লুরব অমৃতগী ধারাদো, খম্ব ঐহাক্ল
হৃদিদ য়াব ফংজব কয়া ফব লাইবক্লো।

সেন্নু— ইবেমা লেম্থংলো, ইবুঙো লেংলক্লে।
ঈবুঙো, নহাক্কী মঙ্গল ওইনবগী দমক
ইবেমন তৌরিব থৌরাংসে য়েংবিয়ু।

খম্ব— মুঙাইদ সেন্নু, রাঙাং খোল্লোই নিংথিবী
সতী মহাক্কী লম্মনসে হন্দক্কী মপোক অসিদ
খম্ব ঐন শিংব ঙম্মরোইদবনিকো ইবেমা।
মহাক্ল পুক্লীং শেপ্পুন লাইনিং পরৈ চেৎপন
খম্বন অসি য়ৌন কেগেদ মাই পাকচবনি।

থোইবী— শেপচন্ত্রি পুক্লীং নিংজন্ত্রি লিচিং অমত্তদ,
থাংজিংগী কৃপা ঙাইজরি মঙ্গল পিবিসন্নু।
হন্দক্তি ইবুঙো অরুব তাংকম অমনি,
ইতিক্তি নচ্ছদে তাকচব, অহুবু খরদি
থুকউ শেনবিয়ু।

খম্ব— চিংনগন্নু স্নাহল। থাংজিংন সতীগী গুণ ঙাকনি,
নংগী নিংথিব ধর্ম্মগী পাজলন,
কেগে লৈপাক্ত খম্বন মাই পাকদবনি।

সেন্নু— হন্দকপু ইবুঙোতোন্ন জয় ওইরবদি
মনা মরোদি চাউগদোরিদকো স্নাইবেমা।

হয়েং মুঙাই য়াইকন পাল্লব কান্দ
ইপু ইনাইকাসিবু অতুক নীংশংবিরক্কদবা ?
খংত্রেদা মীওইবন মুঙাইরগ কাউনবসিনবু !

থোইবী— কাউবিগ্রবসু রারোদে পুক্নীংদ
ঐন চচ্চব লম্বিদি পুন্সীদ মতোন লোম্নবসু
অমুক হোংগদব লৈতে ; মহাক্কী মঙ্গলন
থোইবী ঐগী মুঙাইবনি, মহাক্কী য়াইফবন
ঐগী নিংবগী অরোইবী লমথুংফমনি।

খম্ব— তৌবিমল খংদব শাদি খম্ব ঐদি নত্তে।
য়াইফবী ইবেমা ! পৃথিবী লৈপাক লৈ মসে
সতীন তাংন লৈবনি, ঈশিংদ মুক্তা লৈ
হাঈহুনসু ঈশিং খুদিংমক্ত মুক্তা ফংদে।
অতুক তাংন ফংব সতীগী অমৃতদো
লাইবকফব খরতন ফংজবনি ; অতুম্ব সতীদ
তৌবিমল খংদব উৎপদি শাদগীসু হেন্ন তোল্লি।

থোইবী— ঐগী ইতিক চাবদি ঐহাক্তি খংজদে,
নিংজবদি ঐগী থম্মোইসে নঙোন্দ কচ্চরে,
মতিক চারে লৌবিযু ননাক্ত লৈজগে,
অরা মুঙাই পম্থোং পম্থোং খুদিংদ
নহাক্কী খোংথাং ইঙ্গগে। মতিক চাত্রে
নহাক্কী মীনাই মশিংদ লৈজবদি পিবিয়ু,
মাতুদ নংগী সেবা ফংজব অদুনসু
থোইবী ঐগী মুংঙাইবনি।

[ খম্বগী মখোংদ কোনব ]

খম্ব— [ লৌখত্তুনা ] লেম্বৎলো হৌনদে ইবেমা।
ঐদি অসম্বনি, নংদি নিংথৌগী মচানি
করিগী অহুক তোম্ন খনবগে ? ঐগী থম্মোইসে
নংগীনি, নহাক্কী শান্নবুংনি।
[ মখুৎ পাইদুনা থবাক্ত হাপ্প ]

থোইবী— নৌঙ্গব উনানি কনবিয়ু ইবুঙো।
মত্তম চাদন মুংশি হৈত্তব মুংশাবু
চাকথেকহনবিগনু. কনবিয়ু [ খম্বগী শেগাদ লৈব ]

সেন্নু— [ মুমিৎ য়েংদুনা ] লাইনিংথৌ কোরৌহনব।
ওম্বোক্লসু খম্বন চাউইদকো নহাকসে,
নিতিগী খোংলৈ হেঙ্গৎলি ঙাসদি
শাবী শাংগৌগী মুংশি কুম্মেসে
ঙাহাক্তসু য়েংখিসি কৈদৌগে ?

খম্ব—[ তাদুনা ] ইবেমা, কাল থেংজিল্লক্রে লেংলো,
শগাই মথক্ত মুঙাইনা কুম্মে য়েংলুরো,
ঐসু নিপা থোকপা লাইবক য়েংলুরগে।

থোইবী— করে ইবুঙো মঙ্গল ওইবিয়ু
চান্নবী ইতা নবুঙোগী পুরক্লো
চান-থক্লব ময়ামদো।
[ সেন্নুনা পুরকপ অমসুং খম্বদ পিব ]

সেন্নু— লেংলসি ইবেমা, ইবুঙো চচ্চরগে
কুম্মে মুঙাইহনবিয়ুদো। [ অনিমক চংখিব ]

খম্ব—[ মুন্ন য়েংদুনা ] নিংথৌগী মচান্নুপী।
নংগী থম্মোই-থম্বাল্লকাগী খোইমুসে

মরাইবক কৈদ, থম্বালন পোম্বোম শাংলকপদ
মতম চান পাইরকপ খোইমুনি, হে লাই!
থম্বালগী লৈহী চুমহল্লু খোইমুগী থরাই চাউহল্লু।
[ পান চাহুন ] ঐন লমজেন চেনথৌদ কনখিব পাল্লদো,
মাহুগী শরুক চাম হেন্ন কল্লি ওসিদি।
মহাকী মশক উবদ মরাহৈ মখোল তাবদ
মচুমতাব শামুগী পাল্লল ঐখোন্দ হাপকৎলি,
মরোল তরামন্নিন নাম ওইথ্রবস্নু
থম্ব ঐন পাবদ ভুশিত্তন উই।
ওকইদকো সতী! নহাকী নগুপসে!

[ কোইচং চন্তুন লৈ ]

[ শঞ্জেন্নহা মন্নাম ঈশৈ শকুন চংলকপ ]

## ঈশৈ

মোঈরাংগী অকনব তিল্লে কেগেগী অথোব পুল্লে
চংশিল্লকউ মরূপ 'পুম্ব,
য়েঙওুস কুম্মৈ ন্নুঙাইব।
ইকোপ্প্রংদ চাব কাওরেন চনগনি থাংজিংগী শরেন
খুমনগী অকনব থোদা
য়েঙওুসি ঐখোহ চন্তুন।
খুমন্ন পোকপ লমজানি মোঈরাংন য়োকপ পিজানি
নোংথাংগী মৈন্নিক পাইবগুম
পাইরকপ মৈরাগী মতুম।

কেগে মোইরাংগী মপুংয়াই অকনব পোকপী মরালয়াই
প্রকৃতি দেবী' শান্নকম
মুণ্ডাই খিবিক তুংনফম।
মহাক্কী চেংলৌ য়েংবদ মহাক্কী মগুণ তাবদ
অরাব কোক্লাই কাউইদো
চান্নব থম্মোই ইঙভিদো।
সতী খোইবী শকহেনবী নাইতোম হুনবী থাগুম্বী
মুপীগী লুহুপ মণিদো
মহাক্কী মমোম্লোইনিদো।

খম্ব— মুণ্ডাইদ শঙ্গেম্নহা-শা, নখোইন কদাইদনো?

শঙ্গেম্নহা— ঐখোই কুম্মে য়েংবনি.
ঙসি হাঙ্গৈব মুমিৎসি ঐখোইগী মুণ্ডাইবগী
মতোম্লোম্ব মুমিৎনি। মতম কুইনা
অরাবগী ঈচাউদ লুপ্তুন লৈকব ঐখোইবু
পুরেম্বগী মচা খম্বন, অরাব কোকপিদৌরে।

খম্ব— উম নখোই য়াম্ন রারুব্রবোইরে,
চৎসি চৎলু, ঐ খম্ব হাঙ্গৈব অহুনি।
নখোইম্ন কুম্মে য়েঙঙু পাৎয়াই রোন চংশিনসি,
ঐন কাওরেন ফাবদো নখোই মুণ্ডাইন য়েংঙু।

শঙ্গেম্না মরাম [ চৎন চৎন ঈশৈ শকপ ]

ঈশৈ

চৎশি লাক-ও খুমন অথৌব।
উৎলু নংগী পাজল অপুম্ব॥
রান নংন পান্নব ঐখোইনি।
কনবিয়ু নঙোন্দ চংজবনি॥

ঙসিগী লাইরেন নোংজাদ।
কেগেগী অকব কেমকমদ।
অকনব নংন চোংথোকপিহন।
কাওরেন মচি য়ৈথেক্তুন।
অরাব পথে লানবিয়ু।
অশোনব মখৈ কনবিয়ু॥
[ খম্বন তুং ইন্দুন থোকখিব ]

## ৬ব উৎপ।

মুংথিল—রাজদরবার।

[ নিংথৌ যুবরাজ অমসুং অঙম্বশিং ]

নিংথৌ— য়াম্ন উনিংলে খম্বগী মশক,
মোইরাং পুম্নমক প্রলয়গী ঈশিংন
লাকহৎলব মতমদ মহাক্কী পাম্বোম্ন
তরাহ তরাই কনবিগ্রব মহাকনি।

১ব অঙম্ব—ইনিংথৌ লাইন তৌগ্রেদ ঙসি খম্বন
অথুক চাওরব অথুক কল্লব কাওরেন বন্দো।
য়াউশেনবন য়াউমচা য়োইবত্র মঙাইদা।
অহানবদা কাউদো নিঙাই খর তৌরম্মি,
খম্ব উবদ মমিত্তো কোইরৈ হেক লৈ
থুমাং অনি থোরে। থোরো হেক হোং
মমৈ ফিরান শাহন মচি অনি হাঙ্গগত্তুন
পাইশিল্লকপ অহাদ. হে হরি খম্বদো।
তোইরদবোই নিঙভিদা।

২য় অঙম—অহানবগী • নাইন্ন

মন রান থাংলম্মি, থম্বনস্থ তেম্বমে
কাওরেম্নস্থ লাকচদে অনি অত্থ চপ মান্নে।
অমন শা ওইবন মথৈখংদ থম্বন
অশিংব মী ওইহুন লাকচরকপ পোত্তনি।

৩য় অঙম—ওকইদ যণ অত্থস্থ,
ভাইবং মীয়ম্নেনগী যণ ওইন তৌখিম্নে,
মহাকুম্বদি পোকথৌদগী উজ্জরক্তি।
মহাদেব কৌব লাইগী যগুংব হাঈব
অত্থবু ওইরবোই নিংইদ ওম্থোক্ল কনথ্রে।

নিংথৌ- কল্লব যণজাউত্থ কল্লব থম্বন ওম্নে,
মোঈরাং দশা কোক্লে থাংজিংনস্থ কুবিরে।
তাংলৌ অসি ফাওববু থম্বন লাক্তবসে
করি অশোই অঙাম থোক্লগব থম্বদ,
চিংনরে, পুক্লিং অসি ওম্থোক্ল লুম্নে।
[ থোংলেন নোংথোম্বন খুৎশমত্থন থম্ব চংলকপ ]

নিংথৌ-- চংশিল্লকউ অচানব। ইপু অনিমক,
লেংশিনবিরকউ, কুইরে ঐহাক্ল ভাইরম্ব।
নংগী নশক উনিংবন থোয়াংলব ঐহাকনি,
লাউ কম্মো-রাউ, নরা নপাউ তম্মু
নংগী নশাদ অশোই অঙাম য়াওদরা?

থম্ব— ননাইবু লোইব ইনিংথৌ!
চিংঙুম্না কৃপা লৈবন ননাইগী কাদ
অশোই অঙাম থোইদোকপ য়াওদে অম্মা!

নিংথৌ— মুঙাইদ তযুম ইপু থোংলেন,
ইপু নোংথোল ! অঙম্ব অনিমক।
মোইরাং নিংথৌ ঐহাক্ নখোইগী নকমদা
তোল্লিব লমনসে করম্ব কান্দ শিংগব ?
নিংথৌ ঐহাকপু মোইরাং অপুম্বগ লোইনন
থাংজিং লাইগী মৈচাক্ চাক্লকুব মতমদ,
নখোইতগী লৌশিংন
অকনবগী মচা অকনব খম্বন কনবিরে।
পেল্লে ঐহাক, করি পিত্নন খম্বগী লমন
শিংলসিগে ঐহাকপু, হাঈম্ব ইপু অনিমক।
থোংলেন— মুঙাইদা, মোইরাং নিংথৌ !
ননাই অসিবু শেম্বিব ` মথক্ত শেম্বিব,
নিংথৌ নহাক্কী ননিংনি। স্না নোংদমদগী
ননাইন লৈরোইহন্জরে যুবরাজ পানাদ
পাম্বোম ওইব কংজরে, অসিগীদি মথক্ত
কাওকামন্ করি অমুক পিবিগে হাঈব
স্নাবুদ্ধি তৌবিযু, নিংথৌ নহাক্কি লাইনি,
নঙোন্দ অমুক করি হুঙ্গৎকম লৈবগে ?
নোংথোল—অজ্ঞা, মরক'সিদ রা'মতং হুঙ্গচ্ছহোগে,
মুমিৎকী মঙান্ কংবন সূর্য্যকান্ত মনিন
মগুণ কোংন ঙানবগুম, ননাই ঐখোইগুম্নব
নিংথৌ মনাই অঙম্ব হাঈব জাং'সিমক্কবু
নিংথৌগী মঙাল্লেবন মঙন্ মনিন কংবনি।
নহাক্কী নপান্দগী নিংথৌগী কৃপাদগী
থোংলেন নোংথোল অনিগী মোইরাংদ মরা চৎপনি

ঐখোইদগী হেন্ন শিংব হেন্ন কনব অাংন্থ
কেগেদ মোইরাংদ মশিং লাকগুমদন লৈরমগনি ;
অদুবু নিংথৌ নহাক্কী মঙান্ ফংদবন
মখোয়শিংদো ঈশিং মন্থুংদ লৈব মণি মুক্তাগুম
মীরন্নেন্দ কান্নদন মরা চত্তন লৈরিবনি।
সমুদ্রগী হিহোনবন মাঙৈগে শান্নব মতমদ
অরাং থরানয়েংলগ মাইগৈ ফিরেপ লেপ্লগুম,
নিংথৌ নংন শিনবন নিংথৌ নংগী ফিদম্ন
ননাইখোইন লৈবাক্কী থৌ পুজব ওম্বনি।
নহাক্কী নঙান্ন ঐখোইদগী থিজ্জং লাপথিবন
ঐখোইবু মোইরাংদ অঙাওব মশিং চনগদবনি।
লুপ্রেদ নিংথৌ হান্দব অসিগী মগুণসে
মাহুগী মনিন্ মঙান্ থিজ্জংদ রাৎপদ
লৌশিং লৈবন কান্নদে পাঙন্ন চন্নকম লৈত্তন
মী পুন্নমক কাংথথাং ভাহুন চৎনদে
মাংহুন তোকই, খম্বদগী হেন্ন কনব
নহারোন মোইরাংদ পিকথন্ন লৈরম্ব য়াই ;
অদুবু খম্বতবু চানবিবন খম্বন কাও ফাই।

থোংলেন—অহুন হঙৎলিব অসিনি ইতাও,
খম্ববু শেম্বিরো, খম্ববু চাওহনবিরো।

নোংথোল—অহুগ মতিক চাদব মীবুন্থ
নিংথৌন ঐদি নিংথোনি হাঙৈহুন
পংচাও চাওন শেম্নবন্থ নিংথোগী মাওতি।
হি অনিগী মপোৎপু অমত্তদ হাপ্লবদি

ছি অহু লেপ্ন ঈশিংদ লুপ্তুন তোকই,
পোৎসু ঈশিং মনুংদ লুপ্তুন মাঙডি।

থোংলেন— ইতাওন হাঙ্গৈরিব অসিবু
খম্ববু নিংথৌন শেম্বিবদ
মতিক চাদে হাঙ্গৈরিবরনে ইতাও।

নোংথোল—মতিক চাই চাদে খনব
নং ঐগী ইথৌ নত্তেদ ইতাও।
খম্বদি নংগী নচানি ঐগী ইচ্চাকনি,
ঐখোইন মাবু থাগৎপদি নিংথৌগী রাখল
অমরোমদ চৎখিবস্থ য়াই।
লৈপাক লৈরি অঙাং তিল্লি,
খম্ববু মতিক চাই লৈপাক্ত খন্নগদবনি
মতিক চাদে লৈপাক্ত হাঙ্গৈগদবনি।
ঐখোই অনিগী ইথৌ নত্তে।

নিংথৌ— নিংথৌ ঐবু মাংলমগদবদগী কনবিব,
মোঈরাংবু খুন্তাক লৈতাক্লগদবদগী ঙাকপিব
খম্ববু অঙম্বশিংগী মরক্ত মকোক কান
কমকম পিবদ মতিক চাদে হাঙ্গৈবসি
নিংথৌ ঐদি হাঙ্গৈরম্ব ঙম্লোই।

অঙম্ব অম—স্নাবুদ্ধি তৌবিব চুম্মি অঙ্গা,
খম্ব হাঙ্গৈবসে ঐখোই অঙম্ব থিবিকপু
ওম্মোক্ত য়াম্ন হেনগ্রে ইনিংথৌ।
মহাকপু ঐখোইগী মরক্ত লুচিংকম
পিবদি ননাই ঐবু শেম্বিবমুক মুঙাইজে।
খনবিয়ু, মোঈরাংন হাহাকার লাউরবদ

ঐ লৈ হাঙ্গৈহুন চোংথোরকপ
কেগে মচা কনানো ?

যুবরাজ [ শোপ্পব ] নোংবান ! নংন অয়েম্বদ
মাইবী চংহুন লৈরুরেদকো, নংন কাওহু
হেক ফাব, নিংথৌন মনা-মরৌ হেক পিব,
কমথোন মথং মথং কাহুন মোঙ্গৈরাংদ মাই পাকচব
ঐন অহুদ ইচান্নুপী হেক পীথোকপ
মুঙাইপ্রনিদ, যুবরাজ ঐ পেনপ্রনিদকো।

ময়াম— ননাই ঐখোই খোঙ্গেল রাংন লাউজরি,
নিংথৌন খম্বব্ কমথোন পিবদ
ননাই ঐখোইগী আপাত্তি লৈজরোই।
শেম্বিয়ু ননাইসে মতিক চাই অজ্ঞা।

[ থোংলেন মচিন থোই শাব ]

নিংথৌ— লৈপাক্সু য়ারে অঙম্বশিংনসু য়েঙ্গে ;
মুঙাইয়ে ঐগী নিংব থুংলে।
ইনাওতোন যুবরাজগীসু রা'ম তাব চুম্মি।
হাঙ্গৈয়ু ইবুঙো, খম্বব্ ঙা'স নিংথৌ ঐন
ইনিং তৌন মনা পিব, কমথোন হাপ্পদ
যুবরাজগী য়ানিংদব করি লৈবগে ?

যুবরাজ—[ য়ানিংদন ] য়াম্বুং মহারাজ।
নিংথৌন য়ারব লৈপাক য়ারব
অঙম্বশিংনসু কনান য়েংলক্রব
মাহুদ ননাই ঐন করি অমুক
হাঙ্গৈরুকম থোকপগে ? স্নাবুদ্ধি
মুন্ন মতৌবিয়ো অজ্ঞা।

নোংথোল—[ শোঞ্জব ] অপংবদি অর্থ থংলরোই,
খম্ববু যুবরাজন য়াদে হাঈবসিদি
নোংথোল ঐতন থংগদবনি ;
অচাউরম কাব খম্বগী লম্বিদ
তিষ্ঠংগী মকপতি ঙসিদগী হুল্লেদন।

যুবরাজ— ননাই ঐহাক্তি হকচাং অসি
ঙম্লক্তবগুম ভৌরে খর মাংজোন
কুমজরম্মগে হাঈববু স্নাপুক্লীংদ
ননাইবু করি অতোপ্প থনবিগদগে ?

নিংথৌ— ইনাওন হকচাং ঙমত্রবদি লেঙভো,
দোলায়পাব নখোই'নি খর থোগল ভৌরু।

নোংথোল—[ শোঞ্জব ] ঐন থনব লাল্লবদি,
মহাপ্রলয় নকশিল্লরুবনি।

থোংলেন— অকব থবক্তি পলহনব চুম্মোই ইনিংথৌ।
ননাইদি খৌরাংলে, নোংদম্বিরো স্না য়াথং।

নিংথৌ— ইপু। চুম্মি,
অকব থবক পনফদে
মুমিৎস্থ ফয়ে ক্ষেমফমস্থ চারে
তাবিরো নৈপাক অপুম্ব।
খম্ব অসে মপান পুরেনবনি
মমান ঙাম্বৈমনি,
খুমল্লোমদ য়েংবদ নিংথৌগী ঈ-পক্লি
মমা মপা য়েংবদ অঙম অথৌশিং-লক্ত
কমকম কান কম্বদ মত্তিক চাদব নত্তে।

মপান কৈরাক থারম্ব মচা
মশান তোমথিন ঙাল্লকপ থরান্গুম
মপাঙ্গম্ন মমাম্নব মরক্ত
য়াইতোং কম্মেন্ কারব
নিপা অসিগী মকমদ
মতিকচাব সম্মান ব্যবহার উৎপদি
নিংথৌ ঐগী ইথৌ অমনি।
মরম অহুনা অঙম্বশা,
অহাংব কম কৈত্রবস্থ হৌজিক
মহাক্কী দমক অনৌব অম শেম্নগে।
শেঃ শেলুংবশিংগী মথক্ত
শেলুংহল্লব হাঈব কম অসি
থম্বদ ঙসিমক থিন্দোক্লবনি।
নোংবাম্নচিংব ঐগী লৈরিব
শেলুংব ময়াম অসিগী মকোক্ত
থম্বগী ফিদা থাগদবনি।

থোংলেন—শেলুংবগী হল্লব শেলুংহল্লব।
ইনিংথৌ। অসিন লোইরবরা?

নিংথৌ— রাৎলিয়ে অকনব।
কমতা মঙাইরি, মকমগ লোঈননব
ফিজোল, লৌচা, থুমজা পিত্রিনা ইপু।

থোংলেন—পিবিরো পিবিরো ইনিংথৌ।

নিংথৌ— ইখুৎমক্ল শেৎপিগে ইখুৎমক্ল থোনবিগে
থম্বগী ফিজোল, চংশিল্লকউ অচানব। [থম্ব চংলকপ]

সে— সে ঙসিদগী হৌহুন
থামেনচৎপ কৈজোম অসিম পিরবনি। [ পিব ]
চৎলু তম্নুম হৌজিকমক কৈজোম হোংলুচো।
[ খম্ব কৈজোম হোংহুন চংলকপ ]
মুঙাইদ কচেদ, সে রেশম ফুরিৎ
শাইজোনব অসিম ঙসিমক কংজরো। [ফুরিৎ লিৎপিব]
অহুগ অঙম্ব কয়ান কঙঙমদ্রব
কোকযেৎ লমথাংখুল্লক অসিম
নহা ওইরবস্থ নংন কংলবনি [ কোকে ৎ য়েৎপিব ]
কচেদ! ইপু থোংলেন!
কবম্ব ফিদান নচাগী খারোন ওইরগ
যজবগী মথক্ত কজ্রব হেঙ্গৎকদগে?

থোংলেন— অতৈদি পামজদরে, নিংথৌগী স্ন'হৎচাংদ

নিংথৌ— খংলে খংলে ইপু খা'ক্লরে ই ঙসিদি,
নিংথৌ ঐগী হকচাংদ পক্লিব পুন্নমক
খম্বদ লে'ইন পিরগে। [ খ্'ংয়েৎ লৌথোক্লুন ]
মপান্দ সনান কাম-তৌব মুগাংন্নে শাব
নিংথৌ ঐগী খ্বাংয়েৎ অাস তম্নুম,
ঙসিদগী হৌন কংজরো।
অহুগ ঐগী ঙকশমদ শিরিব
শনরিক পরেং, খুদাংদ শিরিব সনাগী খুজি
পাম্বোমদ হাপ্লিব সনাগী তাল,
নাকোংদ চি ল্লব স্নাগী কুন্দোর নাইন,
অচানব লোইন কংজরো।
[লোইন পিব—খম্বদ শিবিব]

আঃ কজৈদ য়েঙও, য়েঙও ইপু,
অঙম্ব পুন্নমকস্থ লোইন য়েংবিয়ু।
মপামক্কী মচানি নিংশিঙগুকই।

থোংলেন— অতো কিজোলদি লোইন শুজিল্লক্লে,
চরন শোক্লা অত্থক খু ম্মু।

নিংথৌ— শিংডিদ অঙম্ব, রাংলি হাঙ্গৈব খংহুন
শুজিল্লক্লে হাঙ্গৈব থোন্দা
শিঙ্ঘিন্নবিবনিকো ইপু;
সে সে তম্বুম অচানব!
সনান মযুংকাব লুপ'ন মকৈচনব
নিংথৌ ঐগী ইনঙ্গন্দ কুপ্প ঙ্গনফীসে
তম্মুম নংগী তম্নবনি। [ইন্নকী কুপ্পিব]
ইপু থেংলেন ফিজেল শুংবনকো।

থোংলেন— মশুজিল্লক্ল ইনিংথৌ! অত্থবু
ননাই খম্বন ওইক্ফখিব কম'সিবু
যুবংজা পাম্বোম, লৈবোইহন্নব,
নিংথৌরেনগী শেলুংগ্নব অসিদনকো?
অত্থনদি থাং তা শাকম লানকমদদি
ননাইদি অচম্ব মীনিদনা?

নিংথৌ— নত্তে নত্তে ইপু; শেলুংহনব
হাঙ্গৈবসি কুম্মৈ ফিয়োংগা কম্নি,
অত্থগা শাকম লানকম থোক্লবদি
নচা খম্বন ওইগদব কমদি, সেনাপতি
নংগী মথংদ সেনাপতি অরোম্ব,
লাঙ্গিংপুরেনগী লোইশংসি

খম্ব মাঙোন্দ পিথোক্লগেনে ইপু।
হয়েং ইপুন থুপথ্রগ নংগী নফমসি
নচান ওইহৌবদ অপনব লৈররোই।
শাফমদ লানফমদ থৌই হাঙ্গৈব খংনব
খম্বগী কোয়েত্ত পজেং কিরান অসিম
থেৎপিরগে অওম্ব। [ পজেং কিরান থেৎখিব ]

থোংলেন— হৌজিক্তি ইতাও নোংথোম্ব!
নথুত্ত চে-কলম পাঙ্গিরো, ইশিলহৌবো
নিংথৌন খম্বগী দমক তম্নকপ
লৌচা থুমজা নাই-শলগী মশিং।
ওসাইমখৈ পিরক্লিব অসি
খম্বগী মশাদ পকপনি। হৌজিক্তি
পিবক্কদৌরিব অসে, খম্বন পুব ওম্মবোই,
খংদেদো ইতাও! নিংথৌ মনাই কত্তব অমন
লোম্ন মবক্ত মাংহনব য়াব
পোৎসু য়াউরকপ য়াই।

নিংথৌ— ইশিল্লু ইশিল্লু মন্ত্রী,
অহানবদ শামুময়ান কাম তৌব লোলাই,
অকা অকুম কৈন তোংগদব।
অত্তদগী অকা অকুম অমুক থৌগল
তম্ব নিপা তম্বা মঙা, ইশিনবিয়ু।
অত্তগী মথংদ লৌচা থুমজাদি
মন্ত্রী সেনাপতিগ মাশং চপ মান্নগনি।
লৌপরি য়াথৈ থুমপোৎ চাম,

লশিং হাওপোৎ চ'ম অসিন খম্বগী
মনানি। দোলাইপাব মঙান
অমুক হুমিদাং খম্বগী থোগল
মিৎশেল খাংগদবনি। শগোল মঙা
ইরোই মঙা, ষণ্ডং মঙা, ষণবী চাজেনবী তরা
খম্বগীনি। ইশিনবিয়ু ইপু নোংথোল।
ইপু থোংলেন! লৌজো নচাগীদমক
ঐগী শগোলশংদগী চান পাহ্ন শগোল
ইরোইশংদগী ইরোই, ষণ্ডংদগী ষণ.
ইপুগী খুৎন খন্দুন লৌবিয়ু।

ময়াম— মুঙাইরে মুঙাইরে ননাইখোই পেল্লে।

থোংলেন— অরৌব মীদি পেন্দার.
ভাবোক্রদি পেনবিরে।

নিংথৌ— করি রাৎলি অঙম্ব ?
ঐন হৌজিক পিগদবদি থোইদোকপ রাত্তরে,
মনা মরৌদ থোংলেন নোংথোম্বগ মান্নরে,
ফজোল শাজোন্দ নিংথৌগী হকচাংদ পকপ
লিকোল ফরোল, শামুময়াগী দোলায়,
সিদগী করি অমুক রাৎলিব।
অমত্তং রাৎলি হাঙ্গৈবতবু নিংথৌকি,
মাত্তদি খম্ব নহা ওইমল্লি হাঙ্গৈহন থাকপনি।

থোংলেন— নিংথোকিদি লেপ্প ফংবগুম্বনি।
অদুবু অমুক য়াম্ন ফংলিব পুম্নমক অসে
মাংগদব লোইগদব ঙাক্তনি ইনিংথৌ।

ননাইন পাম্বদি লেঙডোইদব
লল অমত্তং নিজনি।

নিংথৌ— লেঙডোইদব লল ! মাথুদি কবিনো ?
নিংথৌ ঐগী লেঙডোইদব লল হাঈবসিদি
অতৈ করি অম লৈবি ?

নোংথোল—লেঙডোইদব লল হাঈবসি
তাইবংপান্দ পোৎশক অম লেপ্তে ;
মাথু পিগ অপিবগ অবৌবগ
পোৎ অদুগ লৌরিব মী অথুগ
থাদোক্লব যাত্রব মবি অমন
পুন্সী'অসিম পুন্নব মাথুম্ব লল ;
অমহিক্তি ঈশ্বরগী খুজিল যাওদন
পিনিংব মীন শেমথুন থোক্লব লল,
কনাগুম্ব তৌবিমল থংব অমন
মাবু কনবিব ঙাকপিব মীপী মকমদ
পোৎ অথু পিনিং মথুত্তদি লৈত,
নিংব কাইথুন মিত্ত ঈরাত শিন্থব
অথুম্ব লল, মাথুতবু লেঙডোইদব লল কৌই।

নিংথৌ— হে হরি ইপুগী অর্থ অথুন
অমুক হেন্ন লুখরে ইপু।

নোংথোল—হেঃ লাইথ্রবনি অসিনিম ইনিংথৌ !
হৌজিক মোঈরাং নিংথৌগী সনা কোন্নুংদ
নিংথৌগী থরাইদগী হেন্ন লুন তৌথুন
নিংথৌন থমজন্নব অথুম্ব পোৎ অমবু
ইরৈমক লৈত্রবরনে ?

নিংথৌ— ঐগী থরাইদগী ঐগী ইরনদগী
হেন্না লুন থমজবদি, নিংথৌ ইচিন ইনাওন
নুমিথ্বা য়েংবগুম য়েংহ্নুন লৈজরব
মথক্ত অম শাত্রবী মথ'দ অম পোমদ্রবী,
রারব মতমদ অরা পোথ্বানকম ওইবী
মহাক্কী মশক উরগ ঐগী লৌশিং চাওখৎপ
ঐগী অমত্ত ভাইবো লাংলেন থোইবীতনি।

থোংলেন—চুম্মিদো চুম্মিদা ইনিংথৌ!
নিংথৌগী লেংদব লন্দি নজাইবেমনি।

নোংথোল—ইনিংথৌগী ফৌরোই ইঙ্গিৎত য়েংলব
মমা মপান মতম কুইন নুশি হাঙ্গহ্নুন
মনাক্ত থম্ব যাব নত্তে।
মতিক চাব নিপাদ নিঙোলবু থাজবন
মমা মপাগী অথোইব ধর্ম্মনি।

নিংথৌ— চুম্মি মন্ত্রী! পোক্লবদি নিঙোনবু
থাজ-য়োঙ্গব হাঙ্গব লম্মনসিম তোল্লবনি।
মতিকচাব ইপুক্ত পিনংব বর অমত্তংবু
মতমকুইন ইচা থোইবীগী থিবনি।

নোংথোল ননাই খম্বসি মজাইবেমগী
লেংবা চদবদি ওইবোইদ ইনিংথৌ!
পাঙ্গন্দ নিংথৌন থংদব নত্তরে,
শক্ত মোঙ্গরাং পাবং হাঙ্গনিভাই লৈ,
লীচৎ ব্যভারদ মীন শেম্নব অভাংনি,
পারি পুবি য়েংবদ খুমন নিংথৌ থারানি,
নিংথৌ মন্ধাক ওইবদ য়াইতোংব পাত্রনি।

থোংলেন— ইনিংথৌ ! ননাই ওইব থোংলেন্নু
চহি অস্নুক থৌগন তৌজন্নকপ
অমদি মপা নোঙ্গাগ্রবন খঞ্জন্নখ্রদো,
মাত্তুগী মনা ওইন নজা ইবেমসে
ি জরগে।

নিংথৌ— খম্বদ লাংলেন থোইবী থাজব
সনাগী মথক্ত মণি থিনবগুম্বনি,
ঐগী লাইবক ফগ্রব পোৎনি ।
অতুবু অপোকপ মপামক্তি য়াউদরে
অসিদ কন্নু ঐন রা লোই সগে ?

নোংথোল—নিংথৌগী কৌবোই ইঙ্গিৎত য়েংলব
ময়াম্বু'বু লুন নিংব ননাও ইবুঙোনি
· ইনিংথৌন পিবিগে নিংলবদি
ননাও ইবু'ঙোগী আপত্তি লৈরোই।

থোংলেন কুম্নমদাইদসু খম্বগী মনা পিবদ
নিংথৌন তৌবদ যুবরাজগী বেবা লৈত্রে
হাঙ্গন রা কন্নম্নবনি।

ময়াম— মানি অজ্ঞা মানি,
যুবরাজগী রা ঙসাইন লোইরম্লে।

নিংথৌ— করে, অঙম্বন অপাম্ব
লৈপাক্ত অয়াব পাত্র থিহুন
িংথৌন মচা থাজব হৌনৈ।
ঙাস খম্ব অসে মপাঙ্গল্ল মগুন্ন
নিংথৌ মঙ্কাক ওইবদ মাতক চারে হাঙ্গন

অঙম্বন থম্নরে লৈপাক্ল য়ানরে,
নিংথৌ ঐগীস্থ পামজরে হাঙ্গৈব থোক্লে।
মরম অহ্নন মপামক য়াউত্রবস্থ
মপাগী মহুৎ শিন্দুন ঐন থাজরগে।
ইপু খোংলেন ঙসিদগী হৌন
ইপুগ ঐগ ঙাই-শেন ওইরবনি
নচাদ ইচা নিঙোল থাজরবনি।
অকব স্থমিত্ত অকব ক্লেনকমদ
মণিগী লুহোং কুম্মৈ তৌসি।

মম্মাম— স্নুঙাইরে স্নুঙাইরে মোঙ্গৈরাং নিংথৌগী জয় ওইরে,
অকনব খোংলেনগী জয় ওইরে, মজাইবেমগী জয়,
খুমন নোংম্নাইগী জয়।

নোংথোল—ইভাও। হৌজিক্তি হৌগৎলো
নিংথৌ খুরুম্মো, সভা খুরুম্মো;
ম্নাখৈরো স্নাটাঙ্গ লুপাটাঙ্গ থারো।

খোংলেন—[ স্না লুপা থাহ্নন ]
'সিমগী দমক্তনি মোঙ্গৈরাংনিংথৌ!
থম্নাই য়োম্দুনা নিংথৌ নংগী থৌগল
খোংলেন ঐন তৌজরকপসে,
ঙসিদি খোংলেনগী পুন্সী মহৈ য়াম্লেদো।

নিংথৌ— নিংথৌ ঐস্থ ইচা পোকপগী
অথোইব ধর্ম্ম অসি তানব কংজরে।
স্নুঙাইরে ইপু চংলকউ, ঙাই কোম্নসি। [ হৌগৎপ ]

খোংলেন—কোম্নসি কোম্নসি ইনিংথৌ কোম্নসি। [ কোম্নব ]

[ ম্নুখল থাদব ]

অহুমশুব তাক্কক

১ব উৎপ।

ঘুমিদাং থাবল—লৈকোন মন্নুং

[ খম্ব অমস্নুং থোইবী য়ারী শান্নম্মী ]

থোইবী— ওসি অহিং অসি ইবুঙো!
ওঙ্খোক্ক কজখরে, ঐন থেংনজরকপ
অহিং থিবিক্ত ওসিগুম্বদি য়াওখিদে।
শংবান্নব অতিয়া মকোইবুং অসিদ,
লুপা মপাক ভাবগুম মচেৎ মচেৎ পৈন্নিব
অঙোব লৈচিন মরক্ত থোক্লিব থা
মহোশা 'সুম ঙান্দে মহোশা 'সুম লংদে।
মাসি ঐগী পুক্নীংগী ভুং ইনবন্না?
ঐন পোক্লকপদগী ওসি অসিন
খু ইদগী ঘুঙ'ইব ঘুমিৎনি,
ঐন হুঙাইব মতমদ ঐন উব পুন্নমক
লোইন কজন থোকপরা?

খম্ব— কজন থোকপ নত্তে চান্নন কজবনি।
নিংথিব লৈকোন্দ নিংবগী ইপোমদ
ইবেমগী মাঙ্গথোং মকা লান্ন শাৎলি
মাহুবু য়েংজগে নিংজব অত্যাগী থাজ
লৈজব শক্তি পুথোক্ন ঙাল্লক্লি,
কন্নকচাউব লৈচিন্ন মাহুদ

ইবেমগী মাঙ্গখোং ঊহ্নদেবন
থাজবু খনঝিনগে তাম্নব্বি।

খোইবী— ঐন পিশক পিক্লিকৈগদগী শেমজব
কৈকোন অসিমু ওসিদ্দি মপুং ফারে।
য়েংবিয়ু নেম্ন নেম্ন হৌজরিব
মালিকা মালতি, পিঙ্গশাংপ যুথিকা
ওসিদ্দি লোইন কৈশাং শুরে,
কৈনমসু মহৌশাদগী ওসিন হেল্লে।
কৈরাংলক্ত শাম্নরিব মালংব
মহৌশাদগী ওসিন হেন্ন হুরাউরে।
পামেন হৈনৌথক্ত খোংলিব কোকিল
মহৌশাদগী ওসিন খোম্বাংশুব হেল্লি,
কোকিলগী খোম্বাংব তাম্ন খোংন তাম্না
মহৌশাদগী ওসিন হেন্ন থুম্ন তারি।

খম্ব - পুন্নমক সতীগী খোগন তৌজবনি।
সতীন মুঙাইব ঊবদ লোইন হুরাউরে
পুক্নীংন মকালাম্বদ পুন্নমক কজরে।
নিংথিব অহিংদ নিংথিজব কৈকোন্দ
নিংবগী অরাংব থাক্ত সতীন ঙাম্মোইরি,
মাহু ঊবদ কৈরাংন শুন নোক্লি,
খোগল পাম্ব মালংসু ইপোম শুন হৌজরি,
ঈশৈ হৈব কোকিলন সুর পিকপ তাম্নাগ
অরোব খোম্বাং লৌহুন সতীগী গুণ শক্লি।
সতীগী থম্মোইঁতিয়াদ প্রেমগী থাবল খোকপদো
অত্যা মকোইবুংদ তাংথক নাইদব থাজন

তমজহন নোকচবি, সমক্রস্ব মাহুদ
জোযার ঈখেং পুহুন সতী থম্মোই লাইজগী
ঈহৌ মতৌ তম্বদ পাঙ্গল মচাং তাজরে।
নহাম্বুক্কী মপোক্ত কর্ম্ম'কব তৌবগী
খম্ব ঐগী পূণ্যন অসিগুম্বী সতীগী
থম্মোই'তিয়া মকোইদ থোকপ থরাম্মিচাকপু
থুংন লাম্ব কংজব তাঙ্ঙমদব ঐহাক্কী
হুন্দমুক্কী মপোকনি।

থোইবী— মুপীমচা ঐহাক্কীসু
হুন্দক্কী মপোক্কী নত্তে, নহাম্বুক্ত
কম্ম তৌজখিব তোপ পরৈ চেৎপ লাইনিংগী
কঙ্ঙমদব ফলন হুন্দক্কী মপোক্ত
ইবুঙো নহাক্কুম্ব নিপাগা
নখোং সেবা তৌজবা করবনি।
ঙসিদি ইবুঙো! নিংজব থুংজরে,
কিগাউ শানা নিজব ভিক্ষা থুংজরে,
অহুবু ইবুঙো। পৃথিবী অসিদ,
অমগী মুঙাইব উরগ কল্লকপ
অমগী কজব উরগ শাউনিংব
হিংচা য়াইতম্বগী জাৎ খর লৈ,
মখোইগী য়েক্ক থম্বন শয়োদগী
চান্নমর্ক্ত হিংত্রিদো ঐখোইসে।

খম্ব— মাহুগীদি কিগম্ব ইবেমা!
জগৎ তাইবংপান অসিন নাম ওই,
খম্ব ঐন নাম ওইহুন লেপ্পদ,

নংগী মক্তব সতীগী ধর্ম্মন
ঐগী হকচাংদ ভাক্রৌ ওইরিবৈদ
ঐগী পাম্বোম অসে থেকুব লিশিং পাবদ
কল্লকপ লিশিং থুদেকপদ
ঈ মরিক অমত্তসু ময়েং তারোই।

থোইবী— মাতুসু ওইসনু, মাতুগী লাই নিংজরি।
অতুগনে ইবুঙো! নিংথৌনসু থাজরে
লৈপাক্লসু য়াবিরে অতুম্নদি ওইরবদা
তাইবং মীরম্নেন অসিগী
চৎনবী রায়েল তুংইন্ন
ঐবু পোকপ ইপান ঐগী থুদাং পাইহুন
নংগী খুত্ত হাপ্লগ সুহোং পরে পুনবদি
তৌত্রিদো ইবুঙো। নিঙোল হাঈবসি
মপা মমাগী মথা পোনবান।
ইপানা কারগুম্ব য়ানিংদব লৈহুন
নিংথৌগী নিংবগী ওন্ন-তৈনন চত্তুন
নিঙোল ঐবু অতোপ্প নিপা অম খন্নুন
থাজ-রায়েল্লবদি নিংজব'রেপ্পতারে।
খুত্ত পাঈরম্ব মণি নাম্বোকখিহুন
তোল্লবী ঐগী ইপুন্সী
লৈঙোইথক্ত য়ুমশাবগুম
মিকুপ'মগী মমুংদ কাঈখিদবোই চিংনরি।

খম্ব— নপাইবুংঙোন নিংথৌন নিংথগী
ওন্নন চৎপদি তৌরোইদ ইবেম্মা।

মোইরাংদ কনা লৈহ্রন কেগে যুবরাজন
সতী ওইবী মচা'মত্ত শাৎপী মমোমগী
পুক্নীং ইঙ্গিত য়াওদন ভম্ব'চম্ব অমদ
কৈথেল পোৎয়োন তমচুন সে-লাউন পিথোক্কদগে ?
নিংথৌগী মনাও ওইরগ অমদি
যুবরাজনু ওইরগ নপাইবুঙোন
নিংথৌগী পুক্নীংগ ভায়োন্নন চৎপদি
ভৌরমগনি নিংদে।

থোইবী— ভৌরমদনব লাই নিংবিয়ু।
অচুদি ওইরগ, তাবিজা ইবুঙো ?
মমিং য়োন পন্নিংদে পন্দবদি য়াদবে
পান্নুবন ধর্ম্ম কাইব ওইরবাদ
ঈশ্বরন ভাকপিসনু নহাক্নু ভাকপিয়ু'
কেগে'সিগী নিপা মরক্ত লৌচৎ লৈতব
মীগী মাংলব ভৌবদ হালেংজ্রব
অঙোম মৈতাপ অসিব নোংবান হাঙীবসে
ইপাইবুঙোন মাতবু মীওইরবোই নিংলি
মহাক্তবু নিপা ওইরবোই খল্লিয়ে।
মঙোন্দ মমোম ঐবু শিন্নগে নিংবন
ইপাগী পুক্নীংনি হাঙীব মুত্তক মুত্তক তারি।

খম্ব—[ নোক্লুন ] হন্দকী মপোক্ত খম্ব লৌরভৈদ,
থোঙীবীবু নোংবানগী ওইখিব !
ওইরয়োইদোব ওইথোক্তব রানি !
মহাকী করি মতিক লৈহ্রন

মহাকী করি মগুণ লৈছন।
মহাকুম শা-ঙাদগী তোল্লব জীবন
সতীগা শেংলব অমৃত চুম্লব।
খোংতেকপা চিং কাই হাঙীবগুম
যম্ম উরোকথোং লান্নি হাঙীবগুম
তাহৈদব থাজকম থোক্তব বানি।
ইবেমা! কৈদৌঙৈদস্নুং করিগুম্বদস্নুং
সনাগী শেম্বাক্ত হাম্ম তাউজিং হৈবু
লম্‌হুইন লাক্‌ন চায়ব হৌনদে।
নপাইবুঙোন থাজগেস্নু নীংসম্নু
লোবোম্ম কংজগেস্নু খনসম্নু,
থাজপোৎ ওঈগদৌরিব অদুদি
অপিবন পিব ওস্নোই,
মথক্ত লাই লৈরি লাইদি
ধর্ম্মগী মরুপ্নি সতীগী পাম্বৈনি।

থোইবী— মুপী ওইবীগীদি মপুম্নোইবন লাইনি
মপুম্নোইবগী রাহৈদ থাজবন
সুপীগী পাজন্নি। ইবুঙো!
নহাকী রাহৈ অদু তারগ
ঐগী তনিক্লব থম্মোইদ
নিংবগী মরোন চোংখৎলকই।
তোল্লবীগী থম্মোইদ পাক্ল আসন থাহ্নন
ঈড়াচ্চারিব ঐগী অমত্ত ওইব লাই।
কনবিম্ম পিনাবম্মু বরদো,

নংগী নখোং থম্বাল অসে
পুন্সী মতোম্নোম্ব কাওব শোংজব ফংজগে।
[ অসি হাঙ্গৈদুনা থোইবীন মশাম্ব থম্বগী মখোং নোইব ]

খম্ব—[ থোইবীবু হৌগত্তুনা ] চিংনগম্নু সতী।
থক-খাগী নোংথাং অনিন
কম্ম চিংশম্নরকপদ
মরক্ত লৈরম্ব অপুম্ব
তুম্ম উৎ ওইন মাংবনি। [ কোনশিনব ]

[ ফিজং থনাজনব ]

## ২ব উৎপ

অহিং অদুম্মক।

[ গুমাংদ নোংবাম্ম কোইচং চত্তুনা লৈরম্মী ]

·নোংবান— মীন অম নীং, লাইন অম শেম,
হে তায়োম্নব তাইবংপান!
নংবু কয়ম্ম মুংঙাইরিবনো?
মাঙ্গৈকে 'পুম্ব তিম্ফং ঙাক্ত,
থক্ত হুগী মৈরা, খাদ হুগী তুরেল;
কদাইদনো ঐগী লৈফম?
মীওইব হায়ব অসিগী
নিংব কৌবসে ইথুংমক থুংত্রবরা?
অদু ওইরবদি হে লাই

কল্লিগী অমুক শেম্মুরিবনো।
নোংবানগী নিংব কাঙ্গৈরে—নোংবানগী মং শোঙ্গৈরে
তাইবংপান থক-খা ওনখরে,
ওইদবন অওইবগী শরুক শিনখরে।
সে-রা লাকচৈদা।
মম্মক্কী মথুক্তগী য়েক্লবন হিংলকপ।
ঐগী লুন থমজব মনা মুনখিব।
মাচু য়েংহুন নোংবাম্ম হিংহুন লৈব।
ইস অরাবনি অরাবনি।
কয়াদনো মাগী মাংনব ঐন শিনব
লোইন উত্ত ঘি হৈব তাখরে।
হৌজিক্কি ঐগী মনা মান লৌখরে,
মাসিদ ঐন থরাই পুহুন লৈব
হে হরিঃ অরাবনি অরাবনি।

[ মতম অসিদ শৌরা চংলকপ ]

শৌরা— পুরম্নু থরাইদো, লংথপ্রো লোক্তাক,
ফুণ্ডাইদ ফুণ্ডাইদ, মতিক নত্তুন মগুন তানব,
মপোৎ নত্তুন মঁপোৎ পামলুব, চাকউ—কপউ,
নতোমত শিঙ্গব লাংদ নতোমত থুজরে।

[ নোংবান তাদে, তুমিন লৈ ]

নোংবান— আছু, খম্বসে নোক্লিয়ে।
নোংবান ঐত্তোম্দ য়েংহুন নোক্লিয়ে।
ঐন তৌজব পুয়মক অরেম্ব তাবদ
নংন নোক্লিবনিদকো খম্ব।
কৈ নোকউ, ঐ অসে নংগী য়েক্লবনি,

য়েক্লব ঐন নমাংদ চাং তাব উবদ
নংন নোক্লব নশিন্নি !
নংঃ নোকপ ঐন কপ্প
অমন মুগুাইব, অমন য়াবা সংসারগী নিয়ম্নি।
কদাই কদাই? মজাইবেম থোইবীন কদাই?
মুপী মহাক্কী মশুংলাংগী দমক
নোংবান ঐন কুম্বা কালেন খাঙ্গদন
য়ুবরাজগী থোংজিন্দ কুঞ্জরক্লব
অত্থুবা থোঙ্গবীবু খম্বগী ওইখিব !
করম্ন? সেঃ। কৈদগী য়া'দগে?
য়ারোই য়ারোই !
নোংবান্ন হিংলিউঁদ নোংবানগী শিংলিদ
ঈ মরিক অমত্তং চেল্লিউঁদ
থোইবীন খম্বগী ওইখিব !
য়ারোই য়ারোই !
অত্থুবু, নিংথৌনদি খম্বদ পিখরে
লৈপাক ফাউন লাউথোকখ্রে ;
ঐগী নিংব কাঙ্গরে তৌনিঙাই উপায় উদরে,
হে লাইবক লৈতবোইদকো?
নোংবান ঐগী ইমাংদ
খম্বন থোইবীগী খুদাং পাঙ্গত্থুন
লেয়গে লংনগে মতাগুম
তোঙ্গন তোঙ্গন থোরকপ,
মাত্থুবু য়েংত্থুন লৈউ তম্নিব বিধি
নংবু করি লমদ লৈব লাইনো? [ তুমিন্ন লৈব ]

শৌরা— মিৎন য়েংবদ মুণ্ডাইব
নান তাবদ মুণ্ডাইব
মহুবু কুম্মে কৌই।
নোংবান অসে,
মিৎন য়েংবদ কিবম চোইরে
নান তাবদ খোনকম কাঙ্গবে,
কুম্মেগী অক্ য়োব হাঙ্গবহু থোক্লে।

নোংবান — ইয়াঃ, মচোংপাক নাইদেদা।
হাই খম্ব। পিতৎ পাতৎপ মচা!
লাউ থোরকউ, শোকউম্নু, শোকউম্নু,
নংগী পাপ চেন্নব খুৎ অহুন
লুরব স্নাইবেম্মগী স্না হকচাং পাঙ্গব।
তৌরুম্নু তৌরুম্নু তৌহৈদে!
ইহেঃ হাঙ্গরিঙৈ মতুন্দ
মহাক্কী হাওখুং অসিন
সনা মাঙ্গথোং অসি মারিয়ে।
ইমাই ইমাই। মহাক্কী নমথিন্নব
হাওনম নম্নব মপাম্বোম্ন
মজাইবেমবু কোনশিনগ্রে!
মাংলে মাংলে, মাংবতারে।
সনাগী শেম্পাক লমহুইন মাংথোক্লে!
হায়রে হায়। মোঙ্গরাং অঙম্ব পানত্রবরা!
নোংবান ঐ নৈ খংত্রবরা?
নৈরম্মু, খুমন মচা লমজা শরা।
নশা লাক্কুন চিংথোকে! [ চেম্থোকখিব ]

শৌরা— কদোমদনো, কদোমদনো?
শৌরান কদোমদনো? [ থোকখিব ]

## ৩ব উৎপ

হুমিদাংরাই - যুবরাজগী শঙ্গাই।

[ যুবরাজ অমস্তুং নাইজহনব রারী শারম্বা ]

যুবরাজ— ঐগী ফুরিৎপু থম্বন লিৎপকো!
যুবরাজ ঐগী ফুরিৎ, মোইরাংদ অনি শুত্রব
মাত্তুগী মমম্ন মোইরাংসি লৈব ওক্লব,
মাত্তুগুম্ব ফুরিৎপু উকাই কাপ্পদ
থম্বন লিত্তুনা থোরকপ!
মাগুম্ব হাও অরাম মপা খংদব মচান
যুবরাজগী ফুরিৎ লৈপাক মমাংদ লিৎলকপ
সে-রাং, লাকচগ্রেদা! ঐবু উশিংখিত্রেদা:
ঐ লৈতবন করে, শিবন করে!
সনামকুন হুৎশব মণিমুক্তান থাম্নব
ঐগী পাম্মুরব ফুরিত্তু, লিৎপগী
মতিক চাব দণ্ডি পিত্রিবমখৈ
য়েঙও, যুবরাজ ঐ হন্নরোইদবনি

নাইজহনব—ননাইত্তুগীদি মরানবু থোইন লৈতবোইন,
নজাইবেমন খুদোন ওই-ক'রি ওই
খুমন মচাদ পিরুবোইন।

যুবরাজ— মান্নি থোইবীন পিরুবনি
খুদোন থোল্লুরিবনি, মহাক্ন পিদন
ঐগী য়ুমদ থম্বন শগু তৌরবদি ভন্মোই।

অহুবু ঐন হাঙ্গীবদি
পোৎ অসি ঐগী ইতিক ইপা
চাই চাদে শুকয়েং য়েংদন
পাক লৌরিব মহাক্তু নিনে
ঐন যায় শাওনিংলিবদি।

নাইজঙনব —খংত্রেন মনাক্ট ইবুংঙো,
নখ'ম্বু' মহানাক্তগী স্না নমদ থোল্লব
ক্বিবেন য়োন ক'খ্রব খম্ব মহাক্ত
যুবরাজ'া নমথোল লৌব হাঙ্গীবসি
কদাইক'ওব মতিক চাত্রিব
ননাইদি খনবদ লাম্ব কংদরে।

যুবরাজ— থোইবী মহাক্ত কযাদি লমহেনগ্রব!
মপাগী হকচংদ লিৎলিব, অমদি
অসিমক্তাইদে হাইন লুনা থমগ্রব
অদম্ব ফুরিৎ অহুবু মাগী চান্নবনি হাঙ্গীহুন
খুদোন থক থান্দোকপ
কয়াদ ত্তোব ভমগ্রবনো? অহুদ নত্তে
লোইবে ঐগী পুকৈ ময়েং তারবনি,
খিত্তং লংব খিত্তং লূব অ
থম্ব য়াত্রে চৈবক্ত হুরান্নুন
থুমল্লোমদ হেক্ত খিক্লল্লুই।
ঐনা হাউরনি হাঙ্গীহুন থমজব হৈয়াং
কমলা চপ্প্রা হৈঙ্গাং সোলোম
চাগে খিরুবদি হৈগ্র, হৈনিং

অহাওবন খম্বগী হাওতবন মপাগী
ওকুত্রা য়েংঙনে হুন্নব !

নাইজহনব—অন্না, নিঙোন হাঙ্গবসি
মাগী অহনি হাঙ্গব'ম হেক খংখিবদ
মপা মুংশিত্রে মমা য়েংনিংখিত্রে,
মমিৎ হেক চুপ্প মাগী ঙন্থমগী
মুন্ডাইনবা হোৎনবদ মপা
কাংখদ খম্ব অ'লু মতোনথে কপ কাওব
পুন্থন মরাগী ইংখোন্দ থানিংলকই

যুবরাজ— ঐন খাব মীদ ওইববদি
মান তৌনিং তৌবদো তৌজ্জানে
মতোমত পোকপ হমোম্নে
অহুব মাগী মশক উবদ
যুবরাজ ঐগী তন্নানি চাক খাত্রব,
মাগী মথোল তাবদ
নাকোংদ শিংত্রান থৈবমুক পারব,
মপা মমা মশক খংত্রব
লমজ্জা শরা অমদ ঐগীদি লোইরে হাঙ্গন
নিংলুরবসে অসিনিনে
ঐগী খোইদোসে কাব য়াত্রিব।

নাইজহনব—নজা ইবেমদনসু নত্তেদা, খম্বিয়ু।
কাওকামন্ মনা পিবগী মশক ওই,
নয়াম্মুং মহারাজন লে'মসু নত্তন কোংন
সভা ময়াইদ য়ারোইথোকপ্রবনি।
নয়াম্মুংন য়ারবদি যুবরাজসু য়াবনি

অসিনি লৈবাক্ন থংবন ।
রা'সিস্থ লৈব অনদি মহৌশাদগীস্থ
থর ন্নংশিনরকপ প্নন্নমক অসিন
থোকপ ওইরে মনাও ইবুঙো ।

যুবরাজ ঐ তাদন ঐবু হুংদন ইচান্নপীবু
কৈথেল্দ পোং হাবগুম থাজথোকপিব !
ইয়াম্বস্থ ওইসন্ন, নিংথৌস্থ ওইসন্ন
থুং খিত্তং হেনজিনমল্লি নাইজহনব ।
কাউ ফাবদো অমন ভম্ব নত্তে ঐ থংই,
মনা চাউন কংহুন লৈপাক্ন থাগৎসন্ন
ঐ বেরা তৌদে । অদুদি নত্তন
মথোইনবু তৌরবদি ঐস্থ য়ানি হাঙ্গৈহুন
ঐগী ইচাবু মনাপোং ওইনব !
ঐগী থম্মোইদ তাশোন্ন পাল্লে,
মাসি অমা নত্তে ঐবু ইকাইব পিবনি,
মাসিগী মতিক থোকপ রায়েন্দি
নিংথৌস্থ কংগনি, লৈপাকস্থ কংগনি ।
হৌজিক্তি ঐদি খক কত্ত অমত্ত য়ঙঙরোই,
নিংথৌন মাঙ্গৈথিব লৈপাক্ন ইকাইব
যুবরাজনি হাঙ্গৈহুনস্থ ঐদি য়েংলোইদবনি ।
ঐগী নিংব কাইহনব ঐগী থম্মোই থুগাইব
ঐবু ইকাইহনব—প্নন্নমক অসিগী মরূদি
খম্বনি, খম্বন ঐগী য়েক্লবনি ;
লৈপাকন য়ারিব নিংথৌন চাল্লিব
ঐগীদি য়েক্লব, য়েক্লব মাত

মরু কংন মাংহনত্রিমথৈ
ঐ লেম্ন তোক্লরোইদবনি।

নাইজহনব—মাহুনস্থ মনাওইবুঙোগী অকব ওইরোই,
খম্বন মাংপ্রবদি নজাইবেমস্থ হিঙগরোই,
খম্ব মাংনব তৌবদ নজাইবেমস্থ মাংহুন
উচি কল্লকুন মমুম মৈথাব
মীচা শিনব হোংনবদ ইচা শিব
তাহুন মনাওইবুঙোগী অন্নাব তাগনি।

যুবরাজ ইচাস্থ শিজন্নু, যুমস্থ মৈন চাকসন্নু
মাহুদ ঐগী মুঙাইতব করি মত লৈতে,
ঐগী হাঙ্গববু খম্ব মাংহল্লগ লোইবে,
খম্ববু মাংনব তৌবদ ঐঙোন্দ ফত্তব
লাকসন্নু চামথোক্ল মায়োক ম্নারমগে
কনাগী ইচা ইশা ঐগী ইযাম্ব
ঐগী লৈবাক পুন্নমক তুম্ন মাংসন্নু
ঐ করি অমত্ত পামুদে,
খম্বত মাংসন্নু খম্বত তুমসন্নু
মাহুতদ ঐ পেনগনি।
খম্ব মাংখিবদ লৈবাক অসি কাঙ্গহু
ঐগী ফত্তব চামথোক্ল লাকপদে
নোক্ল নোক্ল য়েংহুন ঐস্থ মাংকখিগে

নাইজহনব—অমুক্তগ খম্ববিথো মনাও ইবুঙো,
তুংগী য়েংদন থবক তৌব হাঙ্গবসি
অশিংবগী নত্তে।

কুরঙ্গনয়নী, রাজেশ্বর অনিমকস্ত নঠৈবাক্লা হল্লো। স্বর্গদেব। নংগী উপায়দগী ঐগী উদ্দেশ্য সিদ্ধ ওইবনি। নংগী তৌবিমকগী মশক ওইনা ঐগী চৈজেদগী লল অসেংবা, ঐগী ইচানুপীসে, নংগী নফমদা প্রেম উপহারগী কচ্চরবনি। মতম কুইনা মণিপুর অমসুং আসাম হ ইবসে, ভারতকী তুংগী ইতিহাসতা মরি লৈনহৌরসনু। ওসি নখোইগী মিলন মুখিং অসিদা ঐনা তাক্লমগদবদি— নুপীবু ইকাই খুম্মৌ, নুপীগী মর্য্যাদা থুগাইগনু, নুপীবু সম্মান তৌরগা ইমা মুংশিবা মশক থংবনি। ইমাবু মুংশিরগা মাতৃভূমিগী সেবা হৈগনি। মাতৃভূমিগী সেবা তৌদনা, তাইবংপানবগী মবুংঙোগী চরণ কংবা য়াদবনি।—

"জননী জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপী গরীয়সী"

মন্ত্রা মন্ত্রসি মতম পুম্নমক্তা কাওরোইদৌবনি।

অনন্ত— য়েংউ, য়েংউ তাইবংপান। ওসি পুণ্যগী মশক ওইরবা হরিগী মন্দিরদা, পুণ্যগী নিংথিজরবা অভিনয় অমা তৌরিবসে। লাউরো, খোঞ্জেন রাংনা——

"রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী জয়"

ময়াম— "জয় রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী জয়"

অনন্ত— "জয় মহারাজ রাজেশ্বরসিংহগী জয়"

ময়াম— "জয় মহারাজ রাজেশ্বরসিংহগী জয়"

অনন্ত— "জয় মহারাজ লাবণ্যচন্দ্রগী জয়"

ময়াম— "জয় মহারাজ লাবণ্যচন্দ্রগী জয়"




যবনিকা পতন